# মণিপুরগী অরোইবা লাল



DRAGON IN FRONT OF THE PAL[illegible]



শ্রীগৌরচন্দ্র সিংহ বি, এ,

অফোংবা :—

**শ্রীমাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ**

শগোলবন্দ, ইম্ফাল।



অহানবা খুৎনম—রথ যাত্রা ১৯৭১ ইং



১মল লুপা ৩০,

স্বত্ব অপুম্বা অইবগী

শ্রীক্ষুরাইলাৎপম বিমলকিশোর শর্ম্মা এম, এ, না
ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কসতা নখা, ইম্ফাল।

# কংচবা

"জননীঃ জন্ম ভূমিশ্চ স্বার্গাদপি গরীয়সি।"

—Mother and Motherland are dearer than Heaven—

—ইমা অমসুং ইমা লৈপাক স্বর্গদগীসু হেল্লি।—

পলেম ইমা পুকফবী!
মুংশিবী ইমা অপোকপী!

নপারি নগ্না ওইরিদৈ — মালেম মশক তাম্লিদৈ
নুংশি পাওতাক থংদ্রিদৈ — পনথৌ য়ারক উদ্রিদৈ
অরাঝ কোঙ্গাই পীখিবা — অথুকপা কয়া নংখিবা
মপারি রাঙমা লোনবা — পাইমা লৌশিং লোম্লিবা
অচুম চুমদা খংদনা অফবা ফত্তবা উদরি পলেম-ও!

অঙাং হৌনশা কাওবিনু — লমচৎ নাইদে নিংবিনু।
য়োনবা পুমবা লৌবিনু — লানবা খিবিক থিবিনু।

মালেম লৈনা থিজবদা — পলেমগী মঙ্গৎ ফংজদ্রে
কংনবা মচন য়েংবদা — তাইবং মালংদা লৈজদ্রে

মমল করি য়াওদবা — 'মণিপুরগী অরোইবা লাল'
শৈরেং শৈশক চাদবা — পাইমা মুঙগী খুদোল
খরাই থক্তা লৈত্থাপ্না লৈরোং লাইদা কংচরি পলেম-ও!

অরৈবা কংচবা পলেম — পোংকী পোংশক য়েংবিনু।
মতিক চাদবা খুৎশেম — লম্মন খুদোম্নি থাবিনু।

মিৎয়াগী লাইজ খুদোম্নি।
থম্মোইগী অথুম্বা লম্নি।

# হৌদোকপা মরোল

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরগী ৱারি ৱাতাই তাদুনা অকন অখোং-শিংগী অৱা নুংঙাইবগী পুন্সি থংবা য়াম্না পাম্লকই। নিংথৌনা খুৗইদগী চাওবনি, মাহাক্না হায়রগা, মাহাক্না পাম্নগা পুম্নমক ওইবা য়াই হায়না থাজরম্মি। অকনবা নিংথৌ, নিংথৌমচাশিং অমসুং লৈপাক্কী অকনবা, অশিংবা, মতিক লৈবা মীশিংগী ৱারি তারগা নুংঙাইবা পোকই। মতম অদুদা লৈপাক অতৈ হায়বদি ভারতকী মকম অয়াম্বদা নিংথৌ পাম্ব্রে, ঐখোইগী য়ুম্লোন্নবা আসামদসু থাইনদি নিংথৌ পাল্লম্মি হৌজিক্তি পান্দ্রে থল্লুরগা ঐখোইগী ফীবম্ য়াম্না ৱাংনা থল্লম্মি। মীনা লিবিবা নিংথৌরোল তারগা, অৱা খুন্তাকপগী ৱারি তারগা মতম খরা ৱারুরবসু অমুক হন্না হাম্নগী ফীবমদা তারদুনা নিংথৌ পানবগী মওং কাইদনা হল্লকপা থেংনরগা নিংথৌ পানবগী থাক অৱাংবা কাইদে হায়নসু নিংলম্মি। খোমজোম লাল মতুংদা ইংরেজনা লাল চেথি তারবদসু থাইনগী মতৌগুম্না মীনা খরা লাকচরুরবসু ঐখোইগী ফীবম ফগৎলক্নুনা নিংথৌ পান্দুনা ঐখোইগী নিংথৌ অদুম চাওরি থলম্মি। মণিপুরনা অরোইবা ওইনা শোক্লখিবা লাল অসিবু মৈতৈনা কমিসোনগী লাল হায়না কৌই।

চহিনা ... য়ামথৎলক্লবা মণিপুরগী ফীবম ভাব তারক্লবদা মণিপুরগী ইকোন কোনবা লাল অসিদগী মণিপুরনা হৌগৎপা য়াদবগী মওং থংলক্লবদা করম ভৈৗদুনা অসি য়োৗথিবনো, করিনা মাসিগী মরুনো, কনানা কয়া কন্না মণিপুর কন্নবা লাক্লখি, লালনা কদাই য়োনা য়াম্নখি, কোইরেং যুবরাজ অমসুং থাঙাল জেনেরেলনা কয়ামুক য়াম্না লান্দুনা অরোইবা চৈরাক মাখোইনা ফংখিবনো অসিনচিংবা মথল মথলগী ৱাহং অমুম অমুম থোক্লকই। অতাবা, অথংবা খরনা ইতোমতা খুদ্বা লাক্লে—পেনবা ঙমদে। মীনা লিবা ৱারিদা অমুক্তসু কুপ্না থিদুনা য়েংই অদুদসু পেনবা য়াবা মচাক ফংদে। মিৎনা উহোবা, উবা য়াবা মচাক নত্তনা মসুং য়াওনা থংহনবা য়াবা ৱারি ফংবা য়াম্না ৱানা থোকই। চান্নগা থংকম থোক ... মীওইদা হৎনিংঙকপা অমদি মাসিগা মরি লৈনবা লাইরিক উনিংঙকপা অমুম অমুম হেনগৎলকই। টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙালগী মরমদা মশা মশানা উহোবা, থংহৌরা ৱারি তাবা ফংই। সুরচন্দ্র মহারাজ, কুলচন্দ্র মহারাজ অমসুং অচৌ অশাং অতৈ অতৈগী লমচৎ, মওং মতৌ, শাজং শাওং,

মথৌনা, মরিজনলগী ৱারিস্তু তাবা ফংই। লালগী ৱাফমদদি পাওনা তুরবগী মতুংদা অতোপ্পা মফম অমদা অকনবা লাল অমা অমুক] থেংনখিবগী ৱারিদি তাবা ইফং ফংদে। মমৈদদি লালফম অমদা থৌদোক অসিগী লাল অমা অমুক থেংনখিদ্রে লেপ্পে।

পাওনানচিংবা থৱা নত্তনা মতম অদুদা মীনা শিংথানরিবা অকন অথৌ অতৈনা লাল শোক্লখিদবা করি মরম্নো হায়বা অসিমা ঐগী মরুওইবা খংলিংবা অমা ওইরকই। ৱাহং অসিগী পাওথুম খুম্বা ঙম্নবা লম্বী থিবদা মৈতৈনা ইজরগা খমজবা চৈথারোল কুম্বাবনা হায়বা ৱারিদগী ফংবনা মৈতৈগী নাকলদগীদি অচুম্বা ওইফম থোকই নিংদুনা অসোমদা কম্না য়েংনিংবা পোক্লবপা হৌরকই। মতম্না মতাং চাখিবদগী মাইকৈ অসোমদা চথবা ঙমদদুনা লৈখিবদগী ৱারমশিং অসি কাওখিবগুম তৌক্লরে। মতুংদা কুম্বাবগা মরি লৈনবা থবক অমা শুরুবদগী ঐগী মমাংঙৈগী ৱাহংশিং অমুক্কা নোনা থোরকই। অদুগী মথক্তা লাল অসিমক থোকফম থোক্কনা করিগী থোকখিবনো হায়বা ৱাফম অসিমস্তু কম্না চংশিল্লকই। ৱাফম পুম্নমক অমস্তুং মাখোইগা মরি লৈনবা মরম থরদং নৈনবদা ঐগী ৱাহংশিংগী পাওথুম থৱা ফংলবোই নিংলে। অদুবু মাখোই অসিমক্কা মতিক পুমচা চারবা পাওথুমশিংনি হায়বদি নত্তে। হোৎনবা হৌগৎপা হায়বা অদুনি। মথংদা পাওথুম অতৈ মথং মথং পুথোক্কুনা মপুংফাবা হেনগৎলক্কনি হায়না আশা তৌজরি।

লাইরিক মচা অসি ইবদা চৈথারোল কুম্বাবগী ৱা মরু ওইবা ওইনা লৌজরি অতোপ্পা কাংবুশিংগী ৱাগা চাংদম্নিংঙকপা অমস্তুং মাখোইগী ৱা পুশিম্লিঙকপা মতাংস্তু য়াওরকই। অদুৱাইদনা মিসেস্ গ্রিমৱুড্‌কী লাইরিক 'Three years in Manipur,' স্যার রোবার্ট রিড্‌কী 'History of the Frontier Areas Bordering on Assam,' স্যার জেম্স জোন্‌ষ্টোন্‌গী 'My Experiences in Manipur and the Naga Hills,' স্থবলচন্দ্র মিত্রগী 'সরল বাঙ্গালা অভিধান' নচিংবা লাইরিক থরগীস্তু নৈনরি। ঐগী মরু ওইবা ৱাফমদি মণিপুরগী অরোইবা লাল থোকপগী মরম, থোকখিবা লালওং অমস্তুং মাখোইগা লোইনরকপা থৌদোকশিংনি। অৱাৎপা মতাং অমদি অশোইবা অৱানবা পুম্নমক উৎনরক্কুনা ঐখোইগী অরোইবা লাল নিংবা থুংনা শোক্লখিদে নিংবা, মতিক চানা তৌফম থোকপা তৌখিদে খম্নরিবা মেনখৎনরক্কনি নিংই। ঐগীদি ইতিহাসকী মওং কাইদনবা ঙাক্তা খন্দুনা ইবা নত্তে। ইতিহাসনা যুম্ফম ওইরগা 'ঐতিহাসিক সাহিত্য'গী মওং ওইনা ইজবনি অদুনা মমুং য়াম্না থিনজিনবা ইতিহাসকী মচাক ৱাৎনিংঙাইস্তু অদুম মরৈ।

মরূপ মপাং, অথং অহৈশিংনা লাইরিক অসি ইবদা মতেং পীবিখিবা অমসুং কংজখিবগী দমক কময়ন তোঞ্জরি। অসিগী মথক্তা ঐগী ইপাগী মশক ওইরবা ইয়াম্বনা ভস্তনা থোগংপা পীবিবা অমসুং খু-ইদা পাবিরগা গুরু-ফম্ভ পুথোকপিদুনা তাকপিবদগী লাইরিক অসি লোইশিনবদা অচোবা মতেং অমা ওইরি। মাসিগী দমক মপোক অসিমগী কমল তোঞ্জরি। লাইরিক ফোংনবগী দমক মণিপুর সরকারনা মতেং পীবিদুনা থুনা ফোংজবা ঙমজবনি।

অয়োইবদা, ঐনা লাইরিক ইবদা থ্বাইদগী অরুবা ওইবা শরুক্তি বানাননি। য়েংনবা বাহৈশিংগী করি ময়েক্তা চন্নগা, ইরিকা বাহৈ অদুগী থোম্থোক চুমগদগে, চংনরিবনা করিনো থক্লিডুদা বাথলগী মরি মাংখিদুনা শমজিন্নবা লাক্নবদা মতম য়াম্না চংঙি। থন্দা থজিল্লুরবদসু 'ং' দা 'ঁ' কার, 'ঁ' কার তপকদবোই নিংবা মফমসু য়াওরম্বগুম তৌদুনা ঐনা হৈনজবা মশানা থোকচরকপা বানানদা ইজরি। পাবিবশিংনা অর্থগী মওং য়েংদুনা থোম্থোক পীবিদুনা পাবিগনি হায়না আশা তৌজরি। মতুংদা ইজগে নিংলিবা লাইরিকশিংনা করিগুম্বা পাংথোকপা ঙমজরবদি বানানসু হৈনবা হোৎমগে নিংজরি।

সগোলবন্দ, মোইরাং ময়ুম লৈরক। গৌর

৭।৬।৭১ ইং

# —লাইরিক্কী মরমদা।—

"মণিপুরগী অরোইবা লাল" কৌবা লাইরিক অসি প্রেসতা থাদ্রিঙৈদগী হৌনা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা পাজরে। লাইরিক অসি ঐতিহাসিক সাহিত্যনি। লাইরিক অসিদা লাইরিক ইবনা মশাগী মত উত্তুনা থোকখিব্রা মণিপুরগী অরোইবা লাল অতুদা য়াওখিবা মরু ওইবা মী অমসুং থৌদোকশিং অতু মপুং ওইনা নৈনরিবদি:—

(১) মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নোংগাববদা মণিপুরগী খুদোংথীগদবা থৌদোক অসি থোকলক্কদবগী মমি তম্বা হৌবা।

(২) সুরচন্দ্র মহারাজবু মনাউ ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎনচিংতুনা তাম্থোকলবদা আসামগী চীফ কমিশনার মিষ্টর কুইণ্টন্না ভারত সরকারগী হুকুম মতুং ইন্না মণিপুরদা লাক্তুনা টেকেন্দ্রজিৎ যুবরাজবু নমথাক তৌতুনা ফানবা হোৎনবদা ঙমদ্রতুনা অহিংদা হুরান লান্না তৌতুনা মথোয়গী মথা পোনবসু নত্তবা মনিং তমলিবা মণিপুরগী যুবরাজগী শঙ্গাইদা লান্দাতুনা নুপী অঙাং অমসুং মরান লৈতবা মী কয়া হাৎখিবা।

(৩) লাল অতুগী লাল্লোংগী মরম নৈনবা।

(৪) লাল লোইরবদা বিচারদা হান্নবা মথোয়না অসুম ওইহনগে হায়না নীংবা পূকনীং মতুং ইন্না বৃটিশনা নম্ফুগী বিচার ওইনা তৌখিবা।

(৫) কাংঙবম মচা থঙ্গাল জেনারেলগী অশম্বা পুন্সি অমসুং হৌরকফমগী মতাংদা শমলপনা নৈনবা।

(৬) করিগুম্বা সুরচন্দ্র মহারাজ অমসুং বৃটিশ অফিসার মণ্ডা অতুদা থোক-হনখিবা থৌওং অতু থোকলমদ্রবদা মণিপুরগী করি ফিবম ওইরমগদগে হায়বন-চিংবা অসিনি।

মথক্তা হায়রিবা অসিগী মরমদা য়ামনা মচা থায়না ইতিহাসকী থৌদোকনা য়ুমফম ওইতুনা নৈনরি। লাইরিক অসি পাবদা কান্নগনি; মণিপুরী সাহিত্য অমসুং ইতিহাস নৈনবা মীওইশিংদনা থোইদোক হেন্দোকনা কান্নগনি হায়না থজে।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিং
তাং ৬। ৬। ৭১ ইং।

# মণিপুরগী অরোইবা লাল

## (১)

শকাব্দ ১৮০৮ (খৃঃ ১৮৮৬) গী কালেনগী ১৭ নি পানবদা স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে, সি, এস, আই, মশাগী চহি ৫৫ শুগদা মপুংফা। চহি ৩৬ মচেত্তা ৩৭ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লগা নোঙ্গাগি। মচা ইবুঙ্গো অহল সুরচন্দ্র সিংহ যুবরাজনা মপা ইবুঙ্গোনা থুংখিবদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নরসিংহ মহারাজনা পাল্লিরৈগী মমাংদা মবাইবুঙ্গো গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নোংগাথুগা চহি ১০ অমগা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা পানখি। মতম অদুদনা মাহাকপু নিংথেমপিশক হায়না খংনৈ। মরম্দি মবা ইবুঙ্গো থুংখ্রগা নরসিংহনা ভাকশেনবা ওইদুনা পানবা মতম অদুদা মাহাক্কী চহি ২ তা মন্ডাইরম্মি। মবম অাসদগী মাহাকপু মতম অদুদা নিংথেম পিশক হায়না খঙনখিবনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী ইবেম্মা তরুক্ক মচা ইবুঙ্গো তবা পোক্লম্মি। ইবেম্মা ইহন হনবী অঙোম চনু মহারাণীনা শুাইদগী ইহন হনবা মচা ইবুঙ্গো সুরচন্দ্র, খম্পৌসনা শামু হঞ্জবা, পাকাসনা শগোল হঞ্জবা অমসুং গোপালসনা ফুঙ্গানাই শংলাকপা মরি অসি পোকই। ইবেম্মা চোংথা নিংঙোল নাহানা কুলচন্দ্র অমসুং গন্ধারসিংহ পোকই। গন্ধারসিংহদি নোনা লৈখিদে। ওইনাম চনু ইবেম্মনা কৈজাওসনা নত্রগা ঝলকীর্ত্তি পোকই। চোংথাম নিংঙোল অহলনা কোইরেং নত্রগা টিকেন্দ্রজিৎ[১] পোকই। হাওবম চনুনা অঙৌসনা (ভুবন সিংহ) দোলাইরোই হঞ্জবা অমসুং অকোইজম নিংঙোলনা জিলাঙম্বা পোকই। ঝলকীর্ত্তি (কৈজাওসনা) মবা ইবুঙ্গোগী মতমদা শামু হঞ্জবা ওইরম্মি। মাহাকসু নোনা লৈখিদে। স্যার জেম্‌স্‌ জোন্‌ষ্টোন্‌না মাহাকপু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মচাশিংগী মরক্তা শুাইদগী শিংবা, হৌনবা থংবা, লমচৎ ফজবা নিপানি হায়না য়াম্না নিংথিনা মাহাক্কী লাইরিক্তা[২] থারম্মি। স্যার

১। মশামক্না সহি তৌবদা 'টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহ' হায়না তৌরম্মি। অদুনা মাহাক্কী মমিং অশেংবা মাসিনি। মিং ওইনদি 'বীর' না মাং থাদে। হৌজিক শিজিন্নরিবা 'বীর' না উপাধি ওইরবদি মাহাক্কী মমিং 'বীর টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ' ওইগনি।

২। **My Experiences in Manipur and the Naga Hills,**

জেম্‌স্‌না পোলিটিকেল এজেন্ট ওইদুনা মণিপুরদা লৈরিঙৈদা মাহাক শিখি। মাহাক্না নৌনা লৈখিদবা অসিনু মণিপুরগী মরাইবক খিবনি হায়বা য়াবা অমনি। মাহাক্কী লৌশিং অমসুং মথৌনাদগী মণিপুরদা থোকখিবা ফত্তবা থৌদোক থোক্লমদবা নত্রগা অয়ামবাখৈ পিকশিনহল্লবা য়ারমগদ্রা নিংবা য়াই। মাহাক কোইরেংগা থংনবা ময়াম্নুং মহারাজগী অহুমশুবা মচানি। সুরচন্দ্র মহারাজগী হাক্তক্তা সেনাপতি ওইনা শকাব্দ ১৮০৮ (খৃ: ১৮৮৬) গী ইঙাগী নিনি পানববা লৈখিদে।

অদুগা মবাইবুঙেঙানা থুপথবদা সুরচন্দ্র মহারাজনা মহুৎশিন্দুনা নিংথৌ ওইরবদা মনাও ইবুঙেঙা কুলচন্দ্রনা যুবরাজ অমসুং কোইরেংনা সেনাপতি ওইখি। মচিন মনাও য়াম্বগী থম্বকুরবদি সুরচন্দ্র মহারাজনা খুৎকনবা ইহেল হেল্লি। অতৈদি মতোম মতোমদা ভাইবা ভাক্লনি। লোয়বী মচা ওইনবগা, নিংথৌ ওইবগী মিকানবগা সুরচন্দ্র মহারাজনা পানবা হাক্তক অচু পংইং ইংনা পানখিবা কৌবা য়াবা মতম নত্তে। টিকেন্দ্রজিৎকা পাকাসনাগা অমসুং জিলা-ঙম্বগা পাকাসনাগা য়াম্না য়ানরংদে। অসিগুম্বা মরি অসিদগী তুঙ্গোইননা কাইনবগী মরু হুনখি। মাখোইগী মুংদা ভংনবা অসিনা কোনুং অমসু মচিন মনাওশিংগী মরক্তা অইংবা ইকং ফংলমদে। সুরচন্দ্র মহারাজগী থবক পুম্নমক্তা মাহাকপু য়ানিংদবা মীওইশিংনা পোকমিন্নবা মনাওশিংগী মীচংত ওইনা উরম্মি অমসুং মচিন মনাও অতৈনা অচুম অরান য়েংদনা পোকমিন্নদবগী থরুম্না মীচং চংবনি ইলৌত লৌরম্মি। কেমৌবা পামলবা, থবক ইনথাং কয়া তৌ-নিংদবা, শাওগল্লিসু হায়নবা মনাও ইবুঙেঙা পাকাসনাবু[৩] সুরচন্দ্র মহারাজনা য়াম্না লুনা তৌরম্মি অমসুং চেকশিল্লকুবদা মাহাক্কী বা লৌদুনা মীচং হেক হেক চংই নিংই। অসিগুম্বা মীচং মীথাই নাইবা অসি চুম্না মানবত নত্তনা মতুংগী অশেংবা উনিংদবা কাংবুদা অওইবা ওইনা ওইনা থোক্লকপদা মচিন মনাও অতৈনা য়াম্না শেম্নরমদে।

৩। পাকাসনা লাইরিক লাইগু হৈবা, বুদ্ধি লৈবা নিপা ওইরমদুনা সুরচন্দ্র মহারাজনা অরুবা রাফম লাক্লগা মাহাকা হেক হেক তান্নবা অমসুং মাহাক্কী অকবা পাও-তাক নিংথৌবা লৌদুনা লৈপাক্কী রায়েন থৌদা চথবনু মীচং মীথাই নাইবগী বা ওইনা লৌবনি হায়বা মোৎসু লৈ। মিসেস্‌ গ্রিম্‌উড্‌না সুরচন্দ্র অমসুং মনাওশিংবু মিংথিনা য়েকপিরমদে নিংই। অদুনা গ্রিম্‌উড্‌পু কোইরেং সেনাপতিগী মীচংনি হায়না মাহাক্না থনবদা লাল্লি হায়বা য়াদে।

পোকমিন্নবা মচিন মনাও লৈত্রবস্নু মাহাক্কী শাজং শাওংনা মরনাই মতোমতা তাবদা মীনা লুন্না থনবা অমস্নুং মচিন মনাও অমদি নিংথৌমক্কস্নু করি অকাইবা থোক্কক্কদগে হায়না হঙোইরনম্বনা কোইরেংনি। মাহাককুন্না মরনাই মওং তানা লৈরিবা মচিন মনাওনা অঙৌসনা অমস্নুং জিলাওখনি। মচিন মনাওশিং অসি লৈপাকমচা তাবা অচৌ অশাং নিংথৌ মচাগী হৌনবা লমচৎ থোন্দাদি ইকায় কায়নদবা ওইনা উরবস্নু মন্নুংদদি অমনা অমবু ইথা থানদবগী মওংদা লৈনরকপা মবা ইবুঙেঙানা থুপখিবদগী হৌরক্লবনি। অসিগুম্বা মওং অসিদা কন্না য়াওদবা মানবনা কুলচন্দ্রনি। অস্নুন্না অমনা অমগী অচেংবা থিদুনা, অহাংবা তাঞ্জা য়েংদুনা, অহোবা ফীবম ঙাইদুনা লৈনবগী মওং নোংম নোংমগী থরা থরা কনখৎলকই। মপুক্লিংদা ইরাং পুরিবা মহারাজগী মনাও ইবুঙেঙাশিং অসিনা সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা পামদবগী মওং মান্না মথং মথং চখরকপা, নিংথৌ পাল্লি হায়বা কাওথোকপগুম তৌশিল্লকপা অসিদগী লৈবাক্তা অকাইবা অমা থোক্লকপা য়াবগী মওং ওইরকপা হৌরক্লে। লৈপাক কাইবগী মৈশা তোইনা লাংলবা মৈতৈনা অনৌবা মৈশা অমা অমুক লাংগবরা থনবা মহৌশাগী ৱাথলনি। অদুনা করি থোক্কদগে থনখি। মতম অদুদা লৈপাক্লা, নিংথৌনা, মপানগী মীনা শিংথানরিবা অমস্নুং মাঙোন্দগী করি ওইরক্কদগে, নিংনরিবা অমস্নুং কিনারিবা মনাও ইবুঙেঙা টিকেন্দ্রজিৎতা মন্নামগী মিৎয়েংকম ওইরাম্ম।

নিংথৌগী অচান অরাই নাইবা শাক্সংনি নিংদুনা পেন্দবদগী মনাও ইবুঙেঙা কোইরেংদগী কাহেনবা উশিত্তবা মানবা শাজং অস্নুম অস্নুম উনরকই। ইংরেজশিংনা মক্ক ওইনা পোলিটিকেল এজেন্টনা শিংথানরিবা মীশকস্নু মাহাক্লি। মতম অদুদতা নত্তনা মবাইবুঙেঙাগী হাক্তক্তস্নু লাক্ক-কানবা থরা ৱাবা, কা থরা হেনবা দীওংদি অদুম মওইরকপা অমা ওইনা কুম্বাবদস্নু ফংই। অদুগী মথক্তা মাহাক্লা কুলচন্দ্রবু নিংথৌ ওইহাম্নবা, হেন্না লুনা তৌবা ওইক্কম থোকই হায়না মচিন মনাওশিং অমস্নুং লৈপাক্লা থন্নবগী অমস্নুং চিংননবগী মরমস্নু লৈরম্মি। কুলচন্দ্র যুবরাজস্নু চোংথাম চন্নুনা পোকপনি, টিকেন্দ্রজিৎস্নু চোংথাম নিংঙোলগী মচানি। অদুনা মমা মমাগী মরিন্নিনা মন্নুংগী চান্নবস্নু মশানা হেনক্কম থোকই। ঐথোইনা হৌজিক হৌজিক উরিবস্নু অসিনি। মমা পোকমিন্নদবা মচাশিংগা মপা তিন্নদবা মচাশিংগা অনি অসিগী মরক্তা অকোন্নবগী অসিনা চান্নবা হেল্লি। মমা তিন্নদবা মচাশিংদি য়েক্লগল্লি, তিন্নবা য়াগল্লে।

মপা তিম্রদ্রবস্থু মমা তিম্নবা মচিন মনাওশিংনা চায়ে, লুমা তৌনৈ। অসিগুম্বা মরম মমা মমাগী মরিগী থাখন্দগীবু ওইরবস্থু, সুরচন্দ্রগী মীচং মীথাই নায়বা মানবা শাজত্তগীবু ওইরবস্থু কুলচন্দ্রগী দমক টিকেন্দ্রজিৎনা করিগুম্বা অমবু থোক্লক্রবদি শোইদনা মীচং অমা ওইনা লেপাথিগনি হায়বা অসিমদি মীপুম খুদিংনা থাজনরম্বা অমনি হায়বদা লাল্লরোই। সুরচন্দ্রগা কুলচন্দ্রগা চহি ২/৩ তা হন্নবনি। অদুবু যুবরাজ কুলচন্দ্রদা ইরাংশিং আসদা য়াওবগী মওং অমসুং মশক থোইনা উবা ফংদে।

অসুম্না মতুংদা ওয়রক্লিবা মৈ কুইনা ওমশিনবা য়ারকত্রে। নোংম নোংমগী শিংদা য়াংশিল্লক্লিবানিনা মৈরি থোকস্থু হায়বা য়ারোইদবগী ফীবম উৎপা হোরক্লে। ফীবম আসদা অসুম্না লৈনরকপা, মুক্ররকপা মওংগী মরি অসি অমুক্কা হেন্না কথরক্তবদগী কোইরেংগা পাকাসনাগা চায়না কৌনাথদ্রে। চায়না মাথোই অনি কৌনথিদবগী থারম মিসেস্ গ্রিম্উড্‌না মাহাক্কী লাইরিকস্থু [৪] নিংথিনা শেংনা ইরম্মি। রেসিডেন্সিদা কোম্‌গী খুডাং সুবী মজাহবেম্ম লং মর্ক মরক্তা কোই-থোকপা হেক হেক চংলা। মাথোইবু কোইরেং সেনাপতিনা নম্না প্লাব। অদুগী মথক্তা সেনাপতিবু পোলিটিকেল এজেন্ট মতৈ মনাওনস্থু য়ায়া লুনা তৌরম্মি অদুগা মাথোইগী মরুপস্থু ওইরম্মি। মাসিবু পাকাসনা শগোল হঞ্জবনা ফুংডাইত্তবা মিৎয়েংনা য়েংলম্মি অমসুং চিংনরম্মি। নোংমা অসুম্না কোইরেং সেনাপতি য়াওদনা সুপীমচাশিং অসনা কোইথোকলুবদগী মনাইশিংগা লোইননা হল্লকপদা পাকাসনানা মনাইশিং অদু লম্বীদা ফাহুনা ফুগদবগী শিনবা পোলিটিকেল এজেন্টনা থংলক্লহুনা মাগী মী থাহুনা থিলহন্নথি। মরম অমনা মাইপাকপী কৌবী সুপী অমতদা মাথোই আনমক্কী মিংয়েং তারম্মি। সুপী অসিবু লৌগ-দবগী মাথোই অনি অমনস্থু অমনস্থু য়ায়া কগ্না লৌউ য়েংনরাম্মি, অসুম্না মথং মথং য়েংথিনরকপদগী মাথোই অনি চায়না কৌনাথদবানি। সেনাপতিদি মপোক আসমগী কৌনরবোহ হায়না থাশকাব। মনাও ইবুঙেডা জিলাঙম্বস্থু শগোল হঞ্জবগা য়েংথিনরাম্ম। পাকাসনানা মমামবুং মহারাজদা হঙ্গৎতুনা জিলাঙম্ববু নিংখোগী মচা ওইবগী দরবারদা য়াওবা হৌনবা ফাওবা য়াওহনথিদে হায়না মিসেস্ গ্রিম্উড্‌না হায়রাম্ম। অসিগুম্বা অসিবু নিংখোগী মীচং মীথাই নায়বা পোকামম্নবা মনাওশিংবু হেন্না চানবা অমসুং ফুংশিবা উৎপা মতুং মপান নায়-রক্তবনি হায়না লৌহুনা মণিপুরনা মমাইবক থিবগী অচৌবা মরম অমা ওইখি।

---

[৪] ‘Three Years in Manipur’,

য়েংখিবা মিৎয়েংতনা য়েংলবা কাংবুনা নিংথৌনা লেপলক্লিবা করি মরম লৈদুনা লেপ্পনো অমসুং করিনা অচুম্বনো খংউদে অমসুং খংনবা লাক্লকদে। মানা মানা নিংবা, খনবনা অচুম্বনি উৎকনবগী লাক্লবা য়ম্লাম্না মহারাজতবু লাল-হনগদবগী লাক্লখি। অয়ানবা ডাক্তা ওইবদি ওইকম থোক্কে। মওং অসিনা চংশিল্লকপনা মরনাই মরুপ লিংবা গ্রিম্উড্ অমসুং মাহাক্কী তুপীনা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মথক্তা অকনবা খাক্কী পুক্নিং লৈখিদে। স্যার জেম্স্গী বাহৈ উরুবগা মিসেস্ গ্রিম্উড্না পীবা শকক্কমগা পুমখেন থেম্মনা উই। মথৌনা খরা বাংলবসু জ্ঞান লৈবা অকনবা তৌনিংবা মীনি হায়না স্যার জেম্স্না উৎলে। অসুম্ন খংহৌদনা মৈরিকপীনা মৈজাওবী ওনখি।

সুরচন্দ্র মহারাজনা চহি মার পালক্লবদা নোংমা লাংবনগী ৭ নি পানবা তুমিৎকী অহিং অথেংবা, নোংডাল্লমদাই ওইবক্লবা মতমদা মনাও ইবুঙেঙাশিং অঙৌসনা দোলাইথোং হঞ্জবা, জিলাঙম্বা অমসুং কোইরেং সেনাপতিনা মাগী মাগী খুৎ পুদুনা কোন্নুং থুগাইরক্লে। মাখোই অহুম্না নাকপাক তাদুনা লেপ-খিবা অসিদা সুরচন্দ্র মহারাজনা মনাও ইবুঙেঙাশিংগা লোইননা মাইয়োক থাদুনা চিংনরুবদা ওইজবা ফংখিনি খাজদ্রদুনা হৌরকইবা ইরাং অদুবু ডাক-থোক্লবা লাক্লখিদে। মহারাজ সুরচন্দ্র কৌবা চংলেন লাম্বা মনাওশিংগা মাইয়োক্লরমদনা মতম অদুদা মণিপুরদা লৈবা পোলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিম্উড্গী বাঙ্গলা তাম্না চেনাশিনখি। কোন্নুং অমসুং নিংথৌ খুবম ডাক্লবগী মওং উদ্রবা অমসুং নাকপাক তারবা মনাওশিংগী দাঙ্গলনা হেন্না লিংবা মওং ওইবদগী নিংথৌ অসি নিংবা কাইদুনা মতুংগী খুবম শেম্নবা অমসুং মথবাই কন্নবা ইংরেজগী মফমদা চেনশিনখি। মত্তবগী মতুংদা মহারাজগী পোকমিন্নবা মনাও ইবুঙেঙাশিং থম্বোসনা শাম্ন হঞ্জবা, পাকাসনা শগোল হঞ্জবা অমসুং গোপালসনা ফুঙ্গানাই শংলাকপা মন্নামবুংগী থৌগলগী দমক মহারাজনা লৈবা মফম য়ৌনা ইংরেজগীদা চংশিনখি।[৫] থৌদোক অসি ঐখোইনা হৌজক য়াম্না তোইনা তাদবা ঙ্গ য়াওদবা লন্ফা ( bloodless coup ) হায়বা অদুমাক্লে। অডম অথৌ অমসুং লৈপাক্কী নান্নাদগী অকনবা মতেং ফংবগী আশা উদ্রবদা চেনবা নত্তনা অতোপ্প উপায় খিনিংডাই লৈত্রদুনা

৫। মতাং অসিসু কুন্দাবদা নিংথনা য়াওই। মিসেস্ গ্রিম্উড্কী লাইরিক্তা মাসু মথাদা লাকখিগনি।

নিংথৌগী থুবম অমস্তুং তাংবল স্থুরচন্দ্রনা হুন্দোক্লম্বনি। কোম্থুংমক্তদা অকনবা থুৎ পুত্থনা হায়খিবা ইরাং অ'স তৌখংলক্লবদা মীচং নোম্না মহারাজগী লেপ্পবা মক্কম থাংপা, লেপ্পবা তোংনরুবদা খরাই কাওবা মাংবা তাবা কীবম অসি ওইখিত্থনা স্থুরচন্দ্র মহারাজগী অকায়বা য়ায়া ওইখি।

নিংথৌ মচাশিংগী, মশাগী অমস্তুং মশাগী কায়গদবত থনবা, মশাগী অপাম্বা ওইজবা খিনরকপদগী লৈপাক কাংথোং চাহবা, থনবদা কিরবা নিংথা তম্বা কাওবা মাংহনবা লায়না অ'স ইকোক কোকপা য়াদবগুম তৌখে। অশোইবা খরানবা কোক্ত ই থোক্লক্লবস্থ মাত্থুগী মতিক চাবনি থনবা মশা মশাদা কায়গদবা মগুংদা চথ দ্রবৈগী মমাংদা মাসিদগী করি ওইরকপা য়াই অমস্তুং করি ওইখিত্থনা লৈপাক্তা কবি অকায়বা থোক্লি ডাই লৈবগে হায়বগী মরমদস্থু থত্থবনা চুম্বনি। লৈপাক লৈত্রবদি নত্রগা মাংখবদ নিংথৌস্থ লৈরোইদৌরিবনি। অজুনা লৈপাক অমা হায়বসি নিংথৌ অমস্তুং নিংথৌ মচাশিংদনা ওইবা য়াদে হায়বা থাখল আস ইয়াও য়াওদবগুম হেক হেক উংলা। অচাউরমগী ফাবম পাম্বদগী নত্রগা নিংথৌনা কা হেনবদগী লৈপাক্তা মাথোই মশামক্তদা থোকখিবা অমাংবা অকায়বা পুম্নমক ইতিহাসকী লামাই ১০০০।১০০০ থম্না লৈরবা ফাওবমক্তদা অমুক হল্লক্তনবা হোৎনগে নিংদে। অ'সগুম্বা অসিনা মণিপুর তোইনা শোইনা কাইখিবা মীথ পোনবগী মৈশা কাওবা লাং থবা থ না থংনা থংনিংদে, উনা উনা উনিংদে। থুদক অত্থুদদি স্থুরচন্দ্রতন মরাইবক খাথবগুম উই। মাসিগা শম্না শোক্লকপা মরিগী মহৈনা লৈইনা অমুক্তস্থ মনিং মথা তম্বা মাংব, নীগী মথুত্তা ইকাইবা, অরাবা অচোম্বা নংবা খোদোকাশিংন। চাউনিংবা হায়বা অসগী ময়াই অসি য়ায়া কনথমাল্লে, মাবু লুনা নিংজবা কাংবুগী মমিৎ তাংহল্লি, মনা পংহল্লি, নিং-শিংবগী পাঙল মাংহল্লি। অপুনব খুংচংনা পুম্না চিংামম্নরম্নবদি ভারতবর্ষগী মস্থংদা নাইতোম থাকপ থা ওইত্থনা ইংলব মডালনা তাইবং শুক্লাংপা য়ারম্বা মণিপুরনি। নাইতোম শাংপী লৈরাং ওইত্থনা ফংডংদ্রবা মনম তাইবং শিম্না য়েল্লমগদবনি। থরগী মবালনা পুম্নমক লুসাময়াথ। আস'ন মীওইবা। আসান তাইবংপান। অসি পুম্নমক্কী মরুবু মণিপুংগী মরাইবক খিবননি হায়না থনবা নত্তনা কংরিস্থু তৌনিংডাই লৈতে। অবাদগী বানা মুনথ্রুবা মণিপুর ইংরেজদা অশুক শিম্নগদৌরি।

অসিগুম্বা মচিন মনাওগী ইরাং অসিদা যুবরাজ কুলচন্দ্র খুৎ থিংজিন্নমখে অমসুং ইরাং অসিদগী লাপথোক্লা নৈরম্মি। মশামক য়াওনা, মথবাই থিং-জিন্দুনা, মশাগী খন্দুনা য়াওরম্লবদি যুবরাজ কোন্নুং হাথু হাথু থাদোক্লম্মোই। থোদৌ অসিনা মাহাকপু অমদসু য়াওদবা অমগীসু মীচং নত্তবগুম মালহল্লি। নৈতৈ বাহৈদা হায়রগা অকা অকুম চাবা হায়বত্তুগী মও'গুমই। মীনা হেক উবদা অমদস্ত লেপতবা অমদসু য়াওদবা ফীবম মান্দুনা মরনাই তোপ্পা নৈবা মও'না সুরচন্দ্রনা ইংরেজগী মতেংদগী মক্কম অমুক হজিল্লনসু কুলচন্দ্রগী পক্কাই কাইকম নৈতে। মনাওশিংগী ইরাংনা অতুম ঙম্থবসু মাহাকপু পংতা তাথিকম নৈতে। অমরোমদনা লাংলিবা ইরাং অতুনা মাঙোন্দা তমশিল্লক্রবগু মশা লাশথেংকগুবননা মশা ঙাকথোক্ত্রা মথবাইদা অকাইবা থোক্তনবা উপায় থিথিবদা লাইবা হেল্লে। বাথলশিং অসিদগী ইরাংগী মনম হেক ফংবগা মশাগী কাইদবা থিজুনা যুবরাজ কুলচন্দ্র কোন্নুংদগী লাপথোকখি। হায়বদি মচিন মনাওগী ইরাংনা কনবা কা হেল্লকতুনা সুরচন্দ্র মহারাজনা ইংরেজদা চেনশিনখ্রবদা কুলচন্দ্রসু মাহাক্কী মওং চাদবা থোক্লগদ্রা চিংনজুনা কোন্নুং (তম্পাকসুম) থাদোকতুনা নম্বোলদা চেনখি। নম্বোলদা লৈজুনা চথরকপা থবক্কী থৌওং য়েংজুনা যুবরাজ নৈথ। মাহাক্কী ফীবম্না ফংলকত্রবসু নম্বোলনা খুদোং চাবা হেল্লি। করগুম্বা তাম্নরকপা থোক্রবসু মাহাক্না মাইল ৯ মাং থারে, চৌংসু নক্লে। লম্মাংদোং তাথিবা নত্রগা মনাক্কী চৌংদা কাখৎথিজুনা মশাগী থুবম শেম্বা য়ারে। অতুগী মথক্তা কোন্নুংলোমগী পাও তাবদসু খুদোং চারে। মাহাক্কীসু মচিন মনাও পোকমিরব কনাসু নৈত্রে অতুনা পোকমিন্নদবা মচিন মনাওশিংনা মাহাক্কী অফবা কান্নবা তৌরকদনা হায়না থোইনা থাজ-রুবা য়াবা যুগ নত্তে। মহাভারত্তা শ্রীকৃষ্ণনা তাক নরম্বা মশ কন্নবগী দমক্তদি সংসার পুম্নমক মা থিবা তারবসু কন্নবা লাক্লগদরনি হায়বা অতুগী মতৌগুম্না মশা কন্নবা হোৎনবনা অহানব বাথল ওইরক্কম থোকই। নিংথৌ অপাম পামদ, মীচং শক্তনগী মতুংদা কুলচন্দ্র যুবরাজ য়াওবমদবা তাই হায়বা অসিদি মাহাক্না নম্বোল তাম্না চেনবা অসিদগী লাকশিনবা ঙম্মি।

ইরাং তৌরিবা মচিন মনাও অকুপগী মরক্তা নিংথৌ ওইগে হায়না অমতা চোংথোক্লক্লে। নিংথৌ থুবম পাম্বগী মওং উৎলকপা য়াওখি হায়বগী বা করিগুম্বা লাইরিক লাইগু অমদি চিন্নাং বারিন ফাওবা পন্দে। নিংথৌগী মীচং মীথাই নাইবা লমচৎতা থাংবা ঙম্ক্তজুনা তৌরকপা ইরাংনি হায়না

লৌনিংঙাই ওইনা উরে। মীশক পাম্না, মশক নাইনা নিংথৌ শেক্সী বারমদি ঐথোইমা থেংনবা ফংদে। অদুগা নিংথৌ ওইগে হায়না অহুমগী মফুংদা অমা চোংথোক্লকপস্থু অরাইবা বাফম নত্তে। মরমদি "মাগী মাগী খুৎ" মতিক চারে থন্দুনা লিংনরবা ঙাক্কনি। মাথোই অহুমগী অপুনবা থোল্লাওদা লেপ-পুবা কাম্নদ্রে থনথিবা নিংথৌনি। নাইতোম মবম্নাইগী বাথল উৎলকপা য়াওরবদা তেঙ্গোল অনিগী মহুত্তা অহুম থোক্লিংঙাই ফাওবা লৈ থনবদা লাল্লোই নিংই। মচিন মনাও অহুম অসি তাম্নরগা, লেপনদুনা থোকহনথিবা ইরাংনস্থু চাম্নবা ঙাই। মরমদি "মাগী মাগী খুৎ" পুদুনা কোম্নুং থুগাই-রকপদা মাথোই অহুম অমগা অমগা মাইওক্লখিবা অমদি অমনা অমবু হাম্নবা লাক্লখিবগী বা কুম্বাবদা থাবমদে। অদুনা হন্দক্কী ইরাং অসি নিংথৌ ওইরগে থনবা য়াওদুনা তৌবনি হায়বগী খুদম ফংদে। নিংথৌগী শাজত্তগী চৈনা থরা হেন্না ফংলে নিংলিবা মনাও অহুমগী অপুনবা থোল্লাওনা নিংথৌদা চুমদবা চৎপা মফম অমস্থুং মতাং চাদনা মীচং অতাক্লনা চংবা অকাম্নবা থোরক্লিংঙাই লৈ তাক্কে তৌনা মাল্লি। মিসেস গ্রিমউড্কী লাইরিক পাক্লরগা থনবা য়াবা মরম থবস্থু মতাং অসিদা লৈ। থংহৌদনা তৌবকপা ইরাং অদুদা কিবনা হেন্দুনা লালমক ওইববোক্ত নিংদুনা চেনশিবনা হানব্রা হাম্নবা অসিমস্থু থনবা য়াবা অমনি। চেনশিনা নিংথৌবু অমাদ মতুং ইনথিবা মনাওশিংবু মাংহনগে নিংদুনা থৎপা অমাদ তাম্নবা কনানস্থু হোৎনখিরে। রেসিডেন্সিংক চংদুনা তাম্নবা অকাইবনি পল্লনস্থু চেন্ত কখিদনবা অমদি নান-থোকখিদনবা হোৎনবদি শিনগে নিংলবদি শিনবা অবাইবা খুবক্লি। মাদি তৌখিদে।

অস্তুম্না মনাও অহুমগী ইরাংদগী কিদুনা ইংরেজ তাম্ন নিংথৌনা চেন-শিনখিবা হৌনবী অমস্থুং থেনগীগী মতুং ইম্না কোইরেং সেনাপতিনা চংবা রেসিডেন্সি চংদুনা তাক্লকদে। ইংরেজশিংনা কারি হাম্নরকপগে ঙাইদুনা লৈবগী মওংনি। নিংথৌ খুবম মুম্নবগী বাথল য়াওদবনা ইংরেজশিংনা থেমজিল্লকপা অমস্তুং স্থুরচন্দ্র মহারাজবু বাকৈ অমা অনিনা পাওতাক থরস্থু পীরকপা ঙাইরম্বগী মওং মাল্লি। মরমদি ঐথোইনা কুম্বাবদস্থু ফাই "৮ নি নিংথৌকাবদি নিংথৌ পান্দ কৈথেলস্থু মুংলে" অমস্থু স্থুরচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ খুবম থাদোক্লে তীর্থ চৎলনি হায়না মনাও ইবু ঙংশিংদা থংহলক্লবদা অমস্তুং ইংরেজদগী মক্লপকী বাকম অমতা তাদ্রবদা নিংথৌ মতুং হাপ্পনা য়াদদুনা হাপ্পগী কীবম

ওইনা উই। চহিগী নাওংবোই অমসুং ফমগী মতুং ইন্না কুলচন্দ্রবু নিংথৌ হাপখিবদা ধর্ম্মসু আইনদসু অকাইবা লৈতে। অদুগী মথক্তা সুরচন্দ্রনা নিংথৌ থুবমসু থাদোকখুবনি। মতাং অসিদা নৈননিংবা বাক্রম অমা লৈরি। নোংমা নিংথৌ পাল্লগা মথংগী তুমিং অদুদা নাকল অনিগী ইরাংদসু য়াওদবা মাথোই অমত্তগসু য়েক্লবা, মচিন মনাও পোকমিন্নবা অমতসু লৈত্রবা, চহিদসু কমদসু অহল ওইরিবা কুলচন্দ্র যুবরাজনা নিংথৌ ওইকম থোকপদগী হেন-দোকখদুনা অমগীসু অমগীসু মৈ মুৎপা য়াবগীসু কীবম ওইদুনা নিংথৌ ওইখি।[৬] মওং অসিনা অমদসু অমদসু কাইদবা ওইখি। অদুগী মথক্তা থবা হেন্না মপালল মীচং লিংবা টিকেন্দ্রজিংকী অপাম্বসু মশানা ওইন্দ্রবদি কুলচন্দ্রনা ওইবনা হেন্না পাম্নফম থোকই—কল্লিনা ঙ্গী নক্লবা মরি লৈ। অদুম্না কুলচন্দ্র যুবরাজনা নম্বোলদগী লেংথৎলক্তুনা লাংবনগী চনি পানবা লৈপাক-পোকপা। তুমিত্তা মণিপুরগী সিংহাসন কাখি। তুমিং অদুমক্তদা মনাও ইবুঙেঙা টিকেন্দ্রজিংনা যুবরাজ অমসুং অঙৌসনানা সেনাপতি ওইখি।

মনাও ইবুঙেঙা কুলচন্দ্রনা মণিপুর তাংবল কাখিবা তুমিং অদুদা সুরচন্দ্র মহা-রাজ মনাও ইবুঙেঙা অদুমগা মণিপুর থাদোক্তুনা লেংখি। চন্দক কোবা চীংলেন লাম্বাবনা মণিপুর থাদোক্তুনা লেংখিবা অসিবু কুম্বাবনা "তীর্থ চৎখিএ" হায়না থাই। কুলচন্দ্রনা সিংহাসন কাখবদা মাহাকপু অমুক নিংথৌ ওইহনাথনবা নক্লগা থৎনবা কাওথোক্তুনা নিংথৌ ওইরথো হায়রক্লবগী মওং লৌখিদ্রে। ইংরেজনসু থৎনবা তাংশিন্নবা মাহাক্কী দমক বা অমা অনিসু হায়বিদ্রে। অদুগী মথক্তা নিংথৌ থুবমসু কথোকলুরে। কীবম অদুদা মীনা নিংথৌ ওইদুনা পানথবা লৈপাক্তা নিংথৌ মীচেল নক্লগা নিংথৌ ফমদাবা ওইদুনা লৈথখিনবগী মরম কল্লিমতা লৈরমদে। ইংরেজদগী খুৎলাইগী মতেংনা নিংথৌ চক্তিনবা য়াবগী মওং থাজবা য়ানা উত্রবদা থুবম অসিগী দমক মণিপুরদা চীংনক্লবদা কান্নবা ফংকম লৈখিদে। অদুনা মণিপুর থাদোকখিবদা নত্তুনা থুবম ফাওবা কংথোকখি।

৬। নিংথৌ ওইরবা কুলচন্দ্র মহারাজবু ইংরেজ সরকারনা নিংথৌনি হায়না লৌখিদে। মনাও ইবুঙেঙা অনিবুসু যুবরাজ, সেনাপতি হায়না কৌখিদে। মহারাজবু রিজেন্ট ( Regent ) নিংথৌগী মহুৎতা থবক পুবা, যুবরাজবু সেনাপতি হায়না কৌরম্মি। যুবরাজগী য়াথোক কনশিল্লক্লবা মতমতদা নিংথৌ ওইরে হায়বা য়াখি। মাথোইনা য়াবা য়াদবদা ঐথোইনা থন্ননিংঙাই লৈতে। হৌনবা মতুংইন্না নিংথৌ, যুবরাজ, সেনাপতি ওইখ্রবা কুম্বাবনা অদুম হায়না থারম্নবদা ঐথোইনা অতোপ্পা মিংথোল অমা থন্ননিংঙাই লৈতে।

কুলচন্দ্রনা নত্রগা স্যুরচন্দ্রন। নিংথৌ ওইবদা ইংরেজদা অসিনা হেন্না পামই থম্বা মরম লৈতে। মাথোইগী হায়ববু মাথোইদা কাম্বা হেনবা, মাথোইগী অনিংবা অপাম্বদা অকাইবা লাক্তবা, ওইজবা হেনগৎপা মাসিতনা মাথোইগী থবক্তী মওং লেপকদবনি। অতুগী মথক্তা মাথোইগী হৌজিক হৌজিক লৈরিবা পাঙ্গলনা, য়াবা য়াদবা বা ইথন থম্দনা, মণিপুরদা থুদক অতুদা লাক্লিবা ইরাং নমথবগী মপাঙ্গল লৈরমদে। স্যুরচন্দ্র মহারাজগী মবা ভারগা, হৌনবীগী মপান্দা মাথোইগী মপাঙ্গল উত্তুনা মাহাক্তী মতেং পাংতুনা মাথোইগী তৌবা ওম্বা উত্তুনা সিংহাসন্দা অমুক হন্জিনহন্নিংবগী বাথল লৈরবমক্তদসু লাংথবান্দা মতম অতুদা ইংলেজ লান্মী লৈত্ররগুম লৈরম্মি। হৌজিকমক লান্মী পাম্লবদা অরাপ্পা মকম হায়বদি কোহিমা, কাছাড় অমসুং ব্রহ্মা নত্তনা লৈরমদে। অশাংবা মতম ভাইনবগী থৌনা টিকেন্দ্রজিৎকী মনাক্তা, য়েক্লয়িবা মনাওশিংগী থিৎকী মন্নুংদা অমসুং মণিপুরগী পাঙ্গল পাইদুনা লৈরবা কোইরেংগী অমসুং মচিন মনাওগী য়্যাম্লামবা ওইদুনা লৈনবগী মরি জেস স্যুরচন্দ্রগী লৈরমদে।[৭] অতুগী মথক্তা হৌজিক হৌজিক থবক পাইথৎপা ওম্বগী পাঙ্গলসু মণিপুরদা লৈবা ইংরেজ-পোলিটিকেল এজেণ্টগী মপাঙ্গলগী মপান্দনি। হায়বদি মথক থোংবা মীগী মবা তাদনা মাহাক্না পাম্বনি হায়দুনা মথুৎ থিংজিন্নবগী, লৈপাক অমগী ইমুং মন্নুংগী বাথোক্তা অহৈ অশিং, অকল অথৌ শানবগী পাঙ্গল মাহাক্তী লৈরমদে। লেপ্পক্কদবদি মপান্দা অরাপ্পদা লৈবা অচৌবশিংনি। অদুনা অকক্নবা অমা লৈত্রিবা কাওবা মাহাক্না চৎথনবগী লম্বী লৈতে।

পিক্লবসু চাওরবসু মরুপকা মরুপকা য়ানথিবা সন্ধি থরগী মথা পোল্লবসু মণিপুর মতম অদুদা ইংরেজগী মথা পোঙ্ত্রিবা মনিং মথা তম্লিবা মতমনি। মতম অদুদা ভারতকী মকম মকমদা লৈবা নেটিভ ষ্টেট ( Native State ) শিংগী কীবমগা মাথোইগী লমদা লৈবা পোলিটিকেল এজেণ্টশিংগী কীবমগা মণিপুরগা অমসুং মণিপুরদা লৈবগা য়াম্না থেরৈ হায়বা অসিমা ঐথোইনা কাওরোইদবনি। মণিপুরদি সবসিডিয়ারী এলাইন্সগী মৈশা ফংবা লম নত্তে। ব্রহ্মাগী বাথল নেমথরক্লবদদা মণিপুরগী কীবম ইংরেজনা কাওনবা লাক্লথিবদনি। মরম অসিনা মনিং মথা তম্লিবা লৈপাক অমগী বাদা ইমুং

---

৭। মিসেস গ্রিম্‌উড্‌কী লাইরিক্তা তাপ্পা অসিদা ওইবা স্যুরচন্দ্র মহারাজগী কীবম পলম্বা থেংনগনি।

মসুংগী বাথোক্তা থুং খিংজিনবা থম্বক্রবদি ইংরেজসু পান্ধম থোক্তে, পামলুরগসু অকাইবা লৈ। মাথোইগী কাহেনমনবা উৎপা মাথোইদসু অকাই-বনি। মমাম্বা লৈপাক্কী মমাংদসু তৌনিংবতা তৌবা কাংবু, পাঙলদা ঙাওদুনা তাওরবা জাতি ওইনা উৎকনি! অদুনা লৈপাক অমনা লৈপ ক অমদা থম্বা মাগী মাগী মহুৎশিনবা ওইনা লৈনরিবা 'এমবাসী' (Embassy)[৮] লাইরাবশংশিংনা তৌবা হৌনবা মওং মাথোইদা চংজরকপা নিংথৌগী অশোই অকাই, অমাং অতা থোক্তনবা শিন্দুনা মাহাক্না পাম্বগী মতুং ইন্না তেক্তা কাইদনা মণিপুরগী মপান্দা থিন্দোকখিবদগী হেনবা মওং অতৈ লৈরমদে। মাইকৈ পুম্নমক থলগা সুরচন্দ্র মহারাজবু মণিপুরগী মপান্দা থিন্দোকখিবা তারম্মি। অসুম্না মতম চাদনা চৎনিংদনা মহারাজ সুরচন্দ্র, কোবা চীংলেন লাম্বা 'তীর্থ' চৎখি। অসোমদনা কুলচন্দ্রনা সিংহাসন কাবগী মতুং মুমিৎ নিপান্নি শুবা ১৬ নি পানবদা মনাও ইবুঙেঙা জিলাঙম্বু শামু হঞ্জবা হাপখি। অসুম্না মতম থরা কোম্নুংদা ইরাং য়াওদনা পানখি।

হন্দক সুরচন্দ্র মহারাজনা চৎপা 'তীর্থ' মচং অসি লৈবাক ইংখিন-বগী মচং নত্তে। থোক্লখিবা থৌদোক পুম্বা ইংরেজনা মুন্না থংলবা ঙাক্তনি। অরোনবা, অথুপ্পা, মপানথোক্লা ফংদবা পাও কয়াসু ফংনবা শিনবা মফমদগী ফংলিবানি ; অদুগী মথক্তা মথাগী পাওসু তানিংবা শরুক মহারাজ মশামক্তগী মনাও ইবুঙেঙাশিংনা লানবগী বাকম ঙাক্তা ওইনা ওইরবসু তারে। হৌ-জিকমক অবাবা নংলিবা সুরচন্দ্র নক্রগা মনাও ইবুঙেঙা যুবরাজ কুলচন্দ্র নক্রগা অতোপ্পা মনাও ইবুঙেঙাশিং অমনা নিংথৌ ওইবগী বাফমনা ইংরেজগী অরুবা বাখল ওইগদবা নত্তে। মরমদি অমনবু ওইরবসু অমনবু ওইরবসু মাথোইদা অমসুং মাথোইগী কান্নবদা অকাইবা থোক্কগা লোইরে। বাথোক অসিদগী ইংরেজগী অরুপ্পা বাখল ওইকম থোক্লিবদি মা.থাই মশাগী ফীবমগী বাখলনি। মাসি অরাইবা বাখল নত্তে—মণিপুরগী ইংরেজ মতোমতনা লেপ্পা ঙম্বা বা নত্তে। ভারতকী মফম মফমদা ফোং ফোং কাইগে তৌরিবা

৮। "............ the great discourtesy shown by Maharaja Hari Singh to the British Resident whose status equalled to that of an ambassador in a Foreign court —" Maharaja by Diwan Jarmani Dass.

অমসুং কাইথুবা থৌদোকশিংগী মরক্তা মাথোইগী কীবম চেকশিন্না থম্বা য়ানবগী মওং কয়া য়েংদবা য়ারমদে। মণিপুর অসি মাথোইনা মথুক্তা হাপ্লগা কয়া পাইশিন্নিংলে পাইশিন, কোয়া পাইনিংলে পাই তৌদুনা থম্বা য়ানবগী লেংদবা উপায় অমা য়েংশিনবা তাখি। মাসিমু মশক ফজহন্দবদি য়ারমদে। মরমদি মীনা মীনোক চৎজকনি, অদুগী মথক্তা ভারতকী পেন্দবা কাংবুদা পুক্নিং থৌগৎপা, বাশক কনশিন্নবা ওইনা থোক্তুনা মাথোইগী পোৎলুম অমুক হেনগৎলকপা য়াই। অমরোমদনা অমুক অসংগুথা ইরাং অদিনা মণিপুরদা মথং মথং থোক্লক্লগা তেংবাং থোল্লাও চংশিল্লক্তুনা নত্রগা থৌইনশিন ইরাং ফংখিদুনা সিপাই মিউটিনি-গুম্বা মরক মরক্তা লাক্লবদি মাথোইগী ফম্ফম মরা চেত্তবগী মওং ওইরক্কনি মুম্না থংবা ইংরেজনি। অদুনা মনিং মমাং, মাথোইগী ওইজবা ওইজদবা মুম্না থল্লগা পাঙ্গলনা থুৎলাই ওইদুনা মাথোইগী ওইজবা কায়বা খিনবা হোৎনগদবা ইংরেজনি। ব্রহ্মাগী বাথলনা খৃঃ ১৮৫৫ দগী হেক কোক-খিবদগী মণিপুরগা মাথোইগা লৈনরকইবা মরি কাওবা হৌরক্লবা ইংরেজনি।

মণিপুরদা থোক্লিবা ইরাংগী মরু ওইবনি হায়না লৌরিবা নিপাবু টিকেন্দ্রজিৎনি। সুরচন্দ্র মহারাজনা মাঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক কোই-রেংগী মীচং মীথাই নাইবা, মাহাক্কী থৌইনশিন অমসুং মাহাক্কা য়েংখিবদগী থোকখিবনি হায়না মুম্না থাজখি। মাসিমক মহারাজনা ইংরেজদা মাহাক্কী বা হায়জবা মতমদা মরু ওইবা মরম ওইনা উৎখি। নিংথৌ মফম শিন-খিবা কুলচন্দ্র, সুরেন্দ্র চেনখিবগী ইরাংদা মমাং থাখিবা মনাও অনি বাথোক আসগী মরু ওইবা মীশক ওইনা চৌম্মিয়খিদে। কোইরেংতগী মরনাই বাথোক ওইনা থনখি। থাঙ্গেপেংবমক হায়রবসু কুলচন্দ্র মহারাজবু নিংথৌ থুবম মুনবা কৌবা য়াদে; নিংথৌ ওইহনাখিবনি থনবা তাই। মমাংমক থারুন্দ্রবসু কোইরেংনা লেপ্পা নাকলনা মশানা লিংবা ওইবনা অমসুং মাহাক্কী পাম্বোম্বা, মীচংনা মতাং অদুদা অকনবা ওইবনা মাংমক-তদা লেপ্তুব্রবসু মাহাকপু বাথোক অদুগী মরুনি হায়না অথংবা, অতাবা মীনা লৌদনিংঙাই লৈরমদে।

মতম অদুগী ভারতকী কীবমদা টিকেন্দ্রজিৎকুম্বা ইনথৎলকপা পাজল, লৈপাক্লা মী, কিনবা মাহাক্কী মম্বা তারিবা নিপা অওইবমক ইংরেজ পাজলদা

য়েথাইবা অমনি। মাহাক্কী শককম, মওং মতৌ মতম অদুদা ভারত্তা মমি তাহনবা অমসুং তাখিবা ইংরেজগী মুন্দমদা য়াম্না অকাইবা ওইরম্মি! পিক্কবা লৈপাক মচা অসিনা হৌখ্রবা লারবা পুন্সিগী ইতিহাসনা মাং থাদুনা নিংথা তম্বগী ফিরালনা হাইনা হুম্না পাইবা মরেক লানা উহল্লবদা ইংরেজগী পাঙ্গলদা, অচাউরমদা অকাইবা ওইশিল্লকপবা মওং ইংরেজ সরকারনা চিংনদবা উম্মদে। ইংরেজনা খুনিং খুমাং যেন্নগা থম্লবনি থজ্জরবা মতম অদুগী মণিপুরনা মরনাইগী ওথজবা বাথলনা হোইদুনা লৈপাক্তা ইরাং পীরকপা ইংরেজনা মাখোইগী পাঙ্গলদা উশিত্তবা পীবনি, মাখোইগী বা অমতা থন্দবনি নিংদবা উমথিদে। খোদোক অসিবু মাখোইদা হকথ্রবা থাংয়াম্নি লৌদবা উমথিদে। অদুনা শূরচন্দ্রবু শুংশবা শুংশিদবগী বাকম, কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা পাথা পামদবগী বা নত্তে। মাখোইনা শেম্বিদুনা মাখোইগী পাঙ্গলগী মথাদা, মাখোইনা পাম্বগী লম্বীদা চৎপা মণিপুরসু য়াওরি, তোভান্দে উৎপা য়ানবা মওং শেমদুনা ভারত্তা থংহন্দবা অমসুং উহন্দবা য়াদে। মাখোইগী মথা পোনবদা পেন্দদুনা ভানচাবা য়েংদুনা লৈরিবা ভারতকী কাংবু অতৈদা হৈনিংবা পীথগা মাখোইতদা অকাইবা ওইগনি মুম্না থংবা ইংরেজনি। মণিপুরগী মশাগী ওইজবা, মীবা অমসুং মপানগী বা তাদবা উম্বা পাঙ্গল মকা লামহনবা য়াদে। অদুনা টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং ইরাংগী মীচং ওইরিবা মচিন ননাওশিং ভানথৎহনবা য়াদে, মণিপুরদা মাখোইনা পুন্নমক উম্মি উত্তবা য়াদে; শূরচন্দ্র কুলচন্দ্রগী বা মাখোইদা করিসু লৈতবনি।

বাকম ময়াম অসি লৈদুনসু মণিপুরদা ইরাং অদুনা মকা লাম্লক্কবা মতমদা, লৈপাক্তা কোন্নুংনা ইরাংনা শুদুনা তাওরিভৈদা পাঙ্গলগী ময়াইনা শুম্মাৎলবা ইংরেজনা ইরাং অদুবু মকম থংহোদনা নক্কাত্তুনা মাখোইগী তৌবা উম্বা উত্তুনা শম্না লোইশিন্নবা খোরাং তৌনবা থুৎলাই অমসুং পাঙ্গল মণিপুরদা লৈরমদে। বাথল অমসুং থবক্কী মতম পীরমদনা ওইশিনবা উম্লবদি মহুংগী অমসুং মপানগী মিৎয়েং লানা তাহন্দবা য়ারবা য়াই। অদুবু মাদু খোকহন্নবা মাখোইগী পাঙ্গল লৈরমদে। শুপ্তেক্কা উক্কোদ্রবনিনা অতোপ্পা মওংদা চথবা তাখি। অথংবদি মণিপুর পীক্লবসু চাওরবসু মনিং মথা তম্নিবা লৈপাক্কি—মণিপুরতনা থজবগী বা নত্তে, সাক্ষিনা প্রমাণনা অদুম লৈজরবনি।[১] অসুম্না শুপ্তেকী মতম্না হৌখ্রবা, 'এমবাসী' অমনা

১। বাকম অসি মথাদা মথং মথং লৈমরকথিনি।

তৌকম থোকপদা তৌথ্রবা মথা অসিদা মাখোইগী অচাউরম থংউৎ উৎপা য়াত্রতুনা লংলা লংজিন থিবা হৌথি। মচিন মনাও থংনবগী য়াকং তারগা অচুম অরান থিবনি, অরানবগী চৈরাক পীবনি হায়বা য়াবা, ভারতকী ইংনা পানবদা অকাইবা থোক্তনবা শিনবনি হায়বা য়াবা মতম থিদবা য়াথিদে। সুরচন্দ্র মহারাজগী 'তীর্থ' কলিকাতা কাওবতনি। হন্দক লেংভিবা তীর্থ অসিগী মহৈ মহারাজনা প্রাক্ষম থোকপদি নিংথৌ থুবম হঞ্জিনবনি। হঞ্জিনবা তারবদা মাহাক্কী মকুম থুপ্তুনা থাঙ্গৎলকপা চৈগী চৈতোম্বা মাহাক্কী লৈথা তাবগী মকুনি থনথ্রবা কোইরেং য়াওবা লৈপাক্তা অমুক নিংথৌ ওইরবা মাহাক্কা পাম্মক্ষম থোক্তে হায়বসিমদি হায়রবস্থ য়ারে। নিংথৌ থুবম হঞ্জিন্নবগী য়ানবদা কলিকাতা "তীর্থ"দা কোইরেংগী মমিংনা য়াই চাইবা মশানা তারবনি। অসুম্না কোইরেংগী কোইচাই চাইবা, কোইকাও কাওবা, কোইরেং লেংবা অমসুং কোইরাং লাংবা য়াথোক অসিদা টিকেন্দ্রজিৎনা ময়াই থংলগা নাকল নাকলগী কাংবুনা থোংবান চেম্নথি। অদুনা টিকেন্দ্র তিগ্থং লৌথোক্তুনা ইংরেজনা মাথোইগী শুপ্নমদা চারিবা নাই কাইথোক্তবা য়াদে লেপথি।

( ২ )

অসুম্না ইংরেজনা সুরচন্দ্র—খুংলাই পাইদুনা মীরৈবাক্কী ইমুং মনুংগী য়াথোক্তা খুং থিংজিন্দুনা অপাকপা লৈপাক্কী অকনবা মতিক্ক। মণিপুর লাংথোং ফুনজিন্নবা মচাক থিবা হোৌগংথি। লাংথোং অসিগী কায়াৎ পুম্নাংমক মাংহন্দ্রবস্থ মৈতৈনা, মৈতৈ নিংথৌনা মহৌশাগী পাঙ্গলনা শিজিন্নজবা মওংদা শিজিন্নবা ভুমদনবা মাথোইগী য়া য়াওদনা মাথোইনা য়াদনা শিজিন্নবা য়াদনবা কীবমদা থমগে লেপথি। মওং অসি থোক্লনবা শীন্নবনা আসামগী চীফ কমিসনার মিঃ কুইন্টন্‌দা শিন্নথি কুইন্টন্‌না মাগী কাংবুগা সিপাই ৪০০ গা লোইনদুনা মথক থোংবা মাগী অনিংবা, ভারত সরকারগী থোদা পাংথোক্লবগী দমক অবাংগী লম্বী কোহিমা-রোমদগী শকাব্দ ১৮১২ [১০] ( খৃঃ ১৮৯০ ) গী লমতা ( মার্চ ) থাদা মণিপুর তান্না লাকথি। বেড়াগী মশক ওইরিবা মাথোইগী 'ভারত'তা অকাইবা ওইনবা শকওং ওইরিবা টিকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা মণিপুরদগী পুথোকথিবা অসিনা কুইন্টন্‌গী মরু ওইবা মথৌনি। মাসি থোক্লবা মাহাক্কদি হায়দোকতবা, অরাইবা মফম্না দরবাররনি। দরবাররদা কাগে হায়বা অসি মাহাক্কা

১০। চহিগী অরোইবা শকক ওইবনা খৃষ্টাব্দ পুথোক্লবা ৭৮ তিনশিনগনি।

মুয়া থল্লগা লেপ্লরুবনি। সুরচন্দ্রনা লংজিন ওইরুবতনি, মাহাক্কী যাদি কুইন্টন্না লাকপদা য়াওরক্কে, ভারত সরকারনস্থু পীরকতে। পাঙ্গল নত্তনা পাংথোকপা ঙম্মোইদবা থৌদা অচৌবা অমা পুদুনা লাকপনা মীরৈবাক্তা লাকপদা সিপাই ৪০০ কুইন্টন্না পুবকপনি। মণিপুরলোমদনা কোইরকপগী মওং অদুম তাহন্নি। অবাগা মণিপুরগা অমস্থুং ইংরেজগা লৈনরকলিবা মরিনা মণিপুর কাউদুনা ইংরেজ কম্নাইবশিংনা তোইনা চৎলম্মি অমস্থুং চৎপা অসিদা সিপাই পুদুনা কাউবগী মরম লৈরবস্থু পুদুনা চৎলম্মি। য়ানবা অমগী মথাদা অসিগুম্বা অসি চৎনরম্মি। অদুগী মথক্তা মণিপুরদা মাথোইগী সিপাই লাংথবান্দ থনম্মি। মাথোই অদু অবাদা চৎথোক চৎশিন, হোংদোক হোংজিন তৌরম্মি। অসিদা নত্তনা মাথোইগী সিপাইগী চাম থক্লরবস্থু মণিপুরদগী অদুম কংলম্মি। মণিপুরদা লাকপদা সিপাই পুনিংবা মশিং পুরকপগী মপাঙ্গল য়ানথিবা অসিদগী ইংরেজগী লৈরম্মি। অদুদা, মরুপ লৈপাক মণিপুরদা লাকপা মতমদা কনাগুম্বা ইংরেজ কম্নাইবা অমত্তনা অসিগুম্বা মওংদা সিপাই ফৌজ অমা পুরকপা অসিদি তৌথিদ্রি। তৌর-রুবগী মরমস্থু লৈতে। লাল লাকপা নত্তে, কোইরকপনি, মরুপ উনবা লাকপনি, বা ভাংনবা লাকপনি, দরবার তৌবা লাকপনি। অদুনা হন্দক কুইন্টন্না মণিপুরদা লাকপা মশানা করিগুম্বা অনিংবা অমা লৈদুনা লাক-পনি হায়বা মশানা অদুম তাবচরে।

হন্দক্কী থোংকমগী সিপাই ময়াম য়াওরকপা অসি ইংরেজনদি চিংন-হন্দবা য়াগনি নিংঙদা য়াই। মরমদি মতম অদুদা লাংথবান্দা লৈবা ইংরেজগী সিপাই ব্রহ্মারোমদা থোমজিনখ্রে। মতুং শিনবা ওইনা পুরকপা ওইনস্থু থলহনবা য়াগনি নিংঙমগনি। নত্রগা ব্রহ্মদা ভারত সরকারগী অথুবা মরম লৈদুনা ইথু থুনা লাক্কবা য়াদদুনা চংগনি নিংবা সিপাইগা লোইননা লাকপা ওইনস্থু নিংহনবা য়াগনি থলবস্থু য়াই। বাকমশিং অসিনা অওইবমক ওইরবস্থু হন্দক মাহাক্না মকম মরাং থংহৌদনা মণি-পুরদা থংলাক লাকপা অসিনা সুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র অমস্থুং টিকেন্দ্রজিৎকী তবুং তবুং শারিবা বাথোক্কা মরি লৈনরম্মোই হায়বা লৈপাক পুরিবা নিংথৌ, যুবরাজ অমস্থুং জেনেরেল থাঙ্গালনা ইলাই লাইনা থাজগনি থনবা ইংরেজনা থাজমনবা ওইগনি। কোংনা বাকম অসিগী অমস্থুং যুবরাজ কানবগী লাকপনি হায়ররুবস্থু মাথোইনা মণিপুর চংলকপা শোইদনা

খিংডমগনি হায়বগী খুদম লানা লৈ। মতাং অসিদ মণিপুরদা শুরচন্দ্র মহারাজ কুইন্টন্‌গা লোইনরক্কনি হায়বা বাকম অমা তোকচ: ওইরবসু অওইবা থাজবা য়াবা বা অমা ওইনা কয়া থাজরম্মি অমসুং মাও থানা লানশিলহল্লোই হায়না মণিপুরনা লেপ্পম্বা অমসুং মাচুগী মতিক চাবা শিল্লগী বা মথাদা য়াওরকখিগনি। মতাং অসি কুম্বাবনদি পল্লমদে। পোলিটিকেল এজেন্টকী অথুবা পাও ফংলগা কুইন্টন্‌না শে'দোক্লকুবদা লালগী ইরাং মণিপুরদা নেম-থখি। অদুমক্তদা চেকশিনবগী মওংদি মণিপুরনা থাদোকখিদে। ইংরেজ সরকারনা মদুংগী বাদি ফুংদুনা থম্লগা অমরোমদা খিল্লগা অমরোমদা চৎপা মাথোইগী শাজৎ কাইদনা চৎখিবদনি। হায়দোক্কবা য়াদবা বাগী শরুক্তা মাথোইনা মকা লো'দোকপনি। মণিপুরদি শুরচন্দ্র—কুলচন্দ্রগী ভাংবলগী বাথোক ডরাংদা থোকখি অমসুং বাথোক অ'সিগী লায়নানা হৌজিক হৌ-জিক নাবদগী লায়থোবা লোইত্রিবা মতমনি। পাৎলিউৈদদি হম্বিংদসু নোঙ্গো হায়নরিবনি। পাৎলিবনিনা মপানগী হয়িংনা কত্তবা লায়না পুরকড্রা হায়বগী অকিবা, মিপাইবা অমসু মশানা লৈরি। কীবমশিং অসিদগী কুইন্টন্‌ লাকপদা মতিক চামনবা ইকাই খুয়বা উৎখি।

কাংডবা মেজর (জেনেরেল) না সিপাই ৭০০ পুরগা মাও কাওবা চত্তুনা কুইন্টন্‌বু ওক্লুই। চীফ কমিসনার মী ৫।১০ দং পুদুনা লাকপা নত্তে। অদুনা সিপাই অসুক য়াম্বা পুদুনা মাহাকপু ওক্লনবগী মরম লৈতে নিংই। অথনবা সিপাই ৪০০ য়াওরক্লিবা কুইন্টন্‌বু মণিপুর সিমানা মহুংদা অশোয় অয়াম থোক্তনবা ৈংতৈ সিপাই ৭০০ না শেম্লকনবগী মরম লৈরক্ফম থোক্তে। ফয়াইবা অচৌবনা নিংথৌগী মহুত্তা ওক্লুবদি তৌরুকম থোকই। মীশিং য়ামদনা লাকপা ওইরবদি হায়রিবা ঝঞ্জ অসিনা ওক্লুবা য়াই। মাসিগী মরমদা ঐথোইনা হায়নিংবা বাকমদি শুরচন্দ্র মহারাজ য়াওরক্তে হায়না পীরকপা পাও পুমথামক থাজবা ভমদচুনা লান্নী মতিক চানা পুদুনা থাজালনা চৎপনি অমসুং য়াওরক্লম্বা থোক্লবসু মণিপুবনা লেপখিবগী মতুং ইন্না মাহাক চংডকপা য়াদনবা মতিক চায় নিংবা নিপাবু খুৎ মতিক চানা পীডনা থাবনি নিংই। মণিপুর মহু দ: অকাইবা থোক্তনবা হোৎনবা মণিপুরগী মথৌনি। অদুবু সিপাই ৭০০পুদুনা চৎপা হন্দকী থোংকম অসিদ'ৰ হেনমল্লি। মমাংদা মণিপুরদা ইংরেজ ফয়াইবা অচৌবা ইলাক লাকখিত্রিবা নত্তে অসুক মরিক চুয়া অমতা হোৎনখিদে। মনাও ইবুঙ্গো

সেনাপতিনা সিপাই ৫০ পুন্থনা মাহাকপু ওকপা সেকমাই কাওবা লেংঙি। মাসিদি ভৌবা য়াবা মওংনি। হেনমনবা বাৎমনবগী বা লৈতে। থাঙ্গালনা ১০০/২০০ পুরগা মতিক চাবা অহুম ওইগদবনি। হন্দক মণিপুরদা লাক-লিবা নিপা অসি অচৌবা কয়াইবনি লৈপাক্লা থংননবা মরু ওইবা ওইবা লমথোং খুদিংদা লফু চু য়ুংহনা অমস্তুং খাওবৈ খান্দুনা চীফ কমিসনারদা মরল পীহনখি। মহারাজস্তু লৈপাক পুন্থনা মাহাকপু ওকখি। মাহাক্লা হেক থুংলবগা সলামী তোপ ১৩ রক কাপখি। কুইন্টন্না থুংলবগা কোয়োজম ইন্ফমদা থুংখি। লৈপাক্লা, নিংথৌনা মাহাকপু ওকখিবা ইচম চম্বা মওং নত্তে। লাই অমস্তুং নিংথৌতদা তৌপম থোকপা অমস্তুং তৌনবা পোৎচংনা মাহাকপু ওকখিবনি। মাসিনা য়ুম্না উৎপদি মণিপুরনা ইংরেজগা থংননিংদে, চান্নবা লৈমিন্ননিংই অমস্তুং হন্দক থোকখিবা মণিপুরগী য়াথোক অতুদা মাথোইদা চংজহনা বানাকরিবা নিংথৌ অতুগী মীচং চংদনা অমস্তুং থোক্লবা য়াদবা ফীবম অমদগী থোকখিবনি থম্বা হোৎনবনি হায়বা য়াই। মপাল ফরিবনা মাথোইনি অতুনা অকনবদা অশোনবনা থরা নোক্লপ চৎপনি। অতুগী মথক্তা অরেম্বদা ঈ তানবা থোকনবা শিনবনিস্তু লৌবা য়াই। মথক্তস্তু পনখ্রে - সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা অসিমদি লাল থোক্লবা তারবদস্তু খিংগে হায়না মণিপুরনা লেপখ্রে। খিংনবা হোৎনবগী শিনবস্তু ঐথোইনা থেংনখ্রে। শন্না হায়রবদা ইংরেজগা মণিপুরগা লৈনরকলিবা মরি অনৌবা মওং অমদা চৎখিদনবা হোৎনবনি। কুইন্টন্না মহারাজগা উন্নরবদা ঙসি দরবার তৌসিদং হায়রম্লগা রেসিডেন্সি তান্না চৎখি। মহারাজস্তু কোক্লুং লেংশিনখি।

নিংথৌগা উন্নবদা হরাও হরাও, ওরাম ওরাম তৌরমদবা নোংমতং দরবার থৈথোকসি হায়বদা য়ারমদবা চীফ কমিসনারগী শাজৎ অসিনা চিংনবগী মচাক নিংখিনা পীরমলে। অতুগী মংক্তা অস্তুক শাংবা লম্বী চন্দ্রনা লাক্লগা পোথাবগী শরুক ইয়াও য়াওদনা থুংলবা মুমিংমক্তদা মতম থরগী মঙ্গুংদা দরবার তৌসি হায়রম্ব, মুমিংস্তু নোংমাইজিং ওইবা অমস্তুং দরবার শংদা তৌসি হায়দনা রেসিডেন্সিদা তৌসি হায়রম্বা অতুনা সিপাই য়াম্মা পুরকপগী চিংনরম্বগী মথক্তা অনৌবা মচাকশিং মণিপুর নিংথৌ অমস্তুং লৈপাক পুরিবা কাংবুদা পীখি। মাসিনা লৈপাক্তা নিংথৌদা চেকশিনবগী থৌরাং অমুক হেনগৎহনখি।

লেপ্পখিবা মতম কাইদনা শ্রীযুৎনা মনাও ইবুঙ্গো অহুমগা দরবারগী দমক কোয়োজম ইন্ফম তান্না মনাই মশল, থোগল লাকল অমস্তুং অঙবশিংগা

লোইননা লেংঙক্লে। মহারাজনা থুংলবদা চীফ কমিসনারনা চাক চাদরি হায়দুনা উন্নসি য়াদরে। মপান্দা লোক্তাল য়াংমদা নিংথেম অমসুং মচিন মনাওশিং পুং ৩ চুপ্পা ঙাইরে অদুমক্তদসু দরবার তৌসি য়াদরে। লৈপাক্কী নিংথৌনা মীগী থোক্তালদা মতম শাংনা লেপ্লুনা ঙাইবা উবদা লৈপাক্কী অঙকপা অমা ওইথি। নিংথৌ অমসুং মনাওশিংগীসু ইকাইবগী মওং ওইথি। মখোই অদুম্না শাংনা ঙাইরবা মতুংদা "শ্রীযুৎনে মনাও ২নে হল্লক-লে" হায়না কুপ্পাবদা ইরি। লেংঙকপদদি "শ্রীযুৎসু মনাও ৩ মাগা লৈপাক্কী অঙবশিং য়াওনা ক্ষুঁমৈৎ যুংগদবা পুং অনি লৈরিঙেলো দোরবার তৌবা চৎলে" হায়না ই। মনাও অহুমদগী অনিতা ঙাইরকপগী মরম কুপ্পাবনা পল্লমদ্রে। কোইরেং যুবরাজনা শাওহুনবু ওইরবসু ইকাইহুনবু ওই-রবসু নাহুনবু ওইরবসু হায়রা চৎথিবা শুগাইনা থাদবগী য়াকম ওইগনি। মাহাকপু কৌরুনবা মী থাবা, মিঃ গ্রিমরঙনা মশামক চত্তুনা হোংনরুবা, চীফ কমিসনারনা মাহাক য়াওদ্রবদি দরবার তৌবোই হায়রকপা, মথংগী কুমিত্তা তৌনবা হোংনবা, কুলচন্দ্র মহারাজনা যুবরাজগী মতম অদুগী কীবমা দরবার য়াওবা য়াররোই হায়রকপনা চিংবা মরোলশিংদি কুপ্পাবনা থাবমদ্রে। মথাদা মাসিগী য়া অমুক য়াওংকথিগনি।

কুইন্টন্না চন্দক চৎথিবা শাক্তং অসি মাগুম্বা শকথং মাইথংবা অচৌবা ক্ষয়াইবা অমনা নিংথৌ অমগী মকমদা করিগুম্বা মতম অমদা চৎপা তৌংদ্রবা মওংনি। পিরুবসু চাওরবসু লৈপাক অমগী নিংথৌনি। নিংথৌদা চৎপা চৌনবা শাক্তং বেভার পুম্নমক পুমথু থুগাইথি। মাহাক্কুম্বা লৈপাক মচা তাকম থোকপা অমসুং লৈপাকমচা তাবা জাতি অমদ' পোকপা, চুম্নগী মীনু নত্তবা আসাম পুম্নমক্কী চীফ কমিসনার ওইরিবা, মরৈবাক্কসু নিংথৌ পাল্লিবা নিপা অমনা নিংথৌদা চৎপা হৌনবা শাক্তং অমতা ঙাকখদে। মাসিগী থোরককম মরুবু চাওথোকপা অমসুং উশিত্তবা নত্তনা করিসু ওইনিংঙাই লৈতে। অপাকপা অমসুং অচৌবা পাঙ্গলগী ঈচেলদা ঈথক অমসুং সুংশিৎ লোংলৈ কিদনা থুংনিংবা মকমদা নমদুনা থুংগনি থনবা নত্তনা করি ওইগনি? পাঙ্গলগী ময়াইগী অয়োবা নাপন্নি। মতাং অসিদা কুইন্টন্গী মরমদা থরদং পন্দবা ঙমদ্রে। মাহাক অসি লৈপাক পুবগী হৌনবা শাক্তং থংদবা মীওংনি হায়বা ভাই। করম্বা মতমদা কনাদা করম্বা শাক্তং চৎবদগে থংদবা মীতানি। নিংথৌগা অহানবা উয়বদসু মাগী

কেম্নাণী অমদা কাওবা চংলোইদ্রা নিংবা শাজং চংলম্মি। দরবার তৌসি কৌরগা দরবারগী মগুণ, নিংথৌগী মগুণ ডাক্তে—মপান্দি কক্হনফম খোকপনি। দরবার তৌবা অতুস্থ অমুক লৈপাক অমগা অমগা তৌবনি তরাই তরাইবা থাকী বা নত্তে; মাতুদগী হেন্না বাংবা থাক লৈত্রে হায়বা ময়িবনি। লৈপাকী নিংথৌ, নিংথৌগী লৈপাক পুন্নিবা মনাঙশিং অমস্তুং লৈপাকী মকোক খোংলবা অওহশিংবু দরবার তৌবা মতম ফংদ্রবস্থু নত্রগা তৌনিংদ্রবস্থু নত্রগা তৌবা য়াম্রিবা মওং ওইরবস্থ হরাও হরাও তরাম তরাম তৌত্নুনা ইকাই থুম্নবা উত্তুনা মতিক চাবা ময়ক্ম্নচি'বা পীরক্ফম খোকপনি। শোরোক মনাক্তা মণ কুন্দুনা লৈববু হদী চংপা মীনা খোশাক্লদবগুম লৈপাক অমগী নিংথৌবু খোঙ্গাল বাংমদা পুং অতুমচুপ্পা লেপ্পুনা ডাইহনবা মীওইবগী শাজংকী লাপথবা বাংমদনি। অহানবা উনবা মক্তুদা ইরাই লাইনা মনাই মশলদা খৌদাংগুম হুকুম পীরদ্বা মালহনবা পুম্নমক থল্লুরবদি লৈপাক পুবগী হৌনবী শাজং ( diplomacy ) থংদবা, হৈত্তবা মীনি হায়দনবগী মরম অমত্তা উদে। ভারত সরকারনা হায়বদি লর্ড ল্যান্সডাউন্না মণিপুরদা থবক পাংথোক্নবা থারকপা কুইণ্টন্ মচং নাইদবা, চাওথংপা বাংলিবা, অরাপ্পা লমদা পোকপা মীওইনি থনবদা লাম্নিংঙাই লৈতে। মাহাক্কী শাজংনা মৈতৈগী পুক্নিংদা চিংনরিবা বাথলবু চেংশিনহনবদা নত্তনা মাহাক্না তৌরকপা পুম্নমক্কী অরায় অথুম পীগে অকাইবা তৌনিংবা পুম্নমক থিংগে থলহনথি।

মহারাজনা দরবার লেংওকপগী থাংকমদা ইকাইবা নংথিবগী মতাং অসি ইংরেজগী নাকলদগীদি মথাদা তারকথিনি। কুম্বাবদা ইরম্বা বাহৈশিংদগী কদাই ফাওবা অমস্তুং করি করি থনবা য়াবগে ষেংদুনা মকম অসিদা থরদং নৈননিংই। দরবার তৌদবা য়াদবা মরম অকক্নবা লৈতদুনা থুংঙবা মুবিং অতুমক্তদা হৌনবীগী মশক ওইনা উম্নখোক্নগা হায়ননিংবা বা থরা হায়নরগা চংনরকইবা খৌরম লোইশিনগে নিংদুনা থুনমক তৌসি হায়না কুইণ্টন্না হায়রম্বা ওইরমগনি থনবস্থু য়াই। নত্রগা কুইথথগা অকাইবা ওইরকপা য়াই থন্দুনা মকম মরাং থংদ্রিঙৈদা থন্থনবগী মতম ফংদ্রিঙৈদা মাহাক্কী অনিংবা পাংথোকহৌগে শিনবগী বাকমস্থ ওইবা য়াই—অওইবস্থ মাসিনা ওইবস্থে। কুইণ্টন্না মণিপুরদা লাকপা টিকেন্দ্রজিৎ ফাদুনা পুরকউ, কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা য়ারে হায়রস্থু হায়বা থৌদা পুরকপনি। করম্বা কাগদগে থনবদা দরবারদনা শ্যাইদগী অরাইবা ওইগনি থন্দুনা দরবার তৌবনা

মাহাক্কী অহানবা মথৌ ওইখি। দরবারদা কানবা শিনবদা নিংথৌ অমম্বুং মনাওশিংনা চিংনরোই মরমদি দরবার য়েংখিনবগী মকম নত্তে, পাঙল উৎকম নত্তে। মতম থিহুত্থবদি মীনা লৈপাক্তা মাথোইনা শরৌ-শিনবা অমদগীবু ওইরে অমদগীবু ওইরে নিংথৌগী মনা. য়ুবরাজগী মনা শোইদনা য়ৌখিগনি হায়বা কুইন্টন্‌না ভাব মুম্না তারম্মি। অদুনা 'শুভস্য শীঘ্রম্' হায়দুনা থুংঙম থুংকাক্লিরবদা দরবারনা মাং থারম্বনি। মাহাক্কী দরবার মওং অসি দরবারগী দমক লৈবা শংদা তৌবা য়াদবা ওইদুনা রেসিডেন্সিদা লেপ্পনি। দরবারগী দমক লাকপনিনা মহারাজ অমম্বুং মনাও ইবুঙেঙা অহুমতগা মনাই থৌগল থরগা লাক্কনি খল্লম্বা য়াই। মরমদি ইংরেজশিংনা দরবারগী চৎপা মতমদা থোংজোম ময়াম পুদুনা চত্তে। অদুদা মহারাজনা কুইন্টন্‌না নিংজবগুম তরাই তরাই কোক লাক্কবা, মনাই মশল অঙম অথৌ মতিক চানা য়াওরকপা উবদা হাথু হাথু উরথোকপদা অনিংবা পাংথোকপা ঙমগনি থাজরম্মোই! অদুনা মম্বুংখিৎনা অশোয় অঙাম য়াওদনবা শিনবদা মতম চংখিবদগী নিংথৌদস্থু থৌশাদবা উৎখিবা অদুগা মাহাক্কী থবক্তস্থু কাইখিবা ওইহল্লে। মহারাজ অমম্বুং মনাও ইবুঙেঙাশিং ইলাই লাইনা তগোক তগোক লাক্কনিমক খল্লম্লবদি মাহাক্না থংবা বাৎপননি হায়দনিংঙাই লৈত্তে। নিংথৌনা লেংবা তারবদি মতিক চাবা থৌগল অমম্বুং অঙম অথৌ নিংথৌ-শেনবনচিংবা মশানা য়াওজরবনি। ইংরেজনা করি তৌরমগদগে হায়বা বাথলতগী বা নত্তে, হৌনবীস্থু অদুনি। লম্বীদা লমথাংদা থংহৌদবা থুদোং-খিবা থোরকপা য়াই, থোরক্লবদা থেংননবা মীশক য়াওগদবনি। মাথোই অদুদি অচেংবা মতাং য়ৌরক্লবদা নিংথৌগী দমক মথয়াই থাবা তারবস্থু থাগদৌরিবনি। মনাও ইবুঙেঙাশিংগীস্থু অদু মঙাই—হাকথেংনবা চেকশিনবা থৌগল য়াওদবা য়াদে। ঙরাংদা সুরচন্দ্রগী বাথোক থোকাখি। নাইতোম লাইনা চৎপা য়াবা মতমস্থু নত্রি। অদুগী মথক্তা সুরচন্দ্রগী মীচং ইংরেজ-গীদা চৎপনি।

মুমিৎ অদুদা থমগদবা ঙাংনগদবা হিরম অচৌবা হায়ববু মুম্না থম্বরবদা ইংরেজনা তাকথোক্তবস্থু সুরচন্দ্রগী বাথোকনি। অতৈদি মশা ঙাক্কনি। চীফ কমিসনারনা খঞ্জরম্বনা মরম অমতা থংহন্দনা নিংথৌ মাচন মনাও-শিংদং দরবারদা কৌহুনা লাকহল্লগা টিকেন্দ্রজিৎপু নমক্না ফারগা মনাই মশলগা

লোইননা মহারাজবু কোহৌজম ইম্ফমগী বাক্সালাদা থম্লগা মাহাক্না পুরকপা সিপাইগী মতেংনা কোইরেংবু ইরাই লাইনা মকম মরাং থংহন্দনা ইরাং লাংডিঙৈদা পুথিগে হায়বা বাথন শোইদনা ওইগনি। কোইরেংনা লৈপাক্কী পাঙল ওইরিবনি, মাহাকপু মাথোইগী মথুৎ চল্লবদি নিংথৌগী মপাম্বোম তেক্লগনি মপাঙল লৈররোই, লৈপাকসু, লাম্মীসু তৌকম থংদরোই। অদুনা মাথোইনা পাম্বা নিংবা পুন্নমক তৌবদা থিংবিনবা লৈররোই। মহারাজনা লেংডকপগী থোংবু উবদা নিংবা থরতদি শোইদনা কাইরমগনি। মাথোইগী কীখম চাদ্রিবা মতাং ওইতুনা উন্নখিদনবা হোৎনবদা থওই উশিন্তবা য়াওনা হৌনবা থংদবা উংখিবনি। অশেনববু অকনবনা উশিন্তবা মহৌশাগীনি। অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদা চাওথোকমনবা উংখিবা অসিদি অতাবা, অউবা, অথংবা পুন্নমক্তা থোইশোকপমক্নি। মতম অদু ফাওবা মণিপুর মাথোইদা মীরৈবাক্ক—মীগী ময়ুমদা মাথোই তাংলিবনি। অদুবু পাঙলগী থৌইনশিন্না য়ুমদাংবনা কৈনাখি। মতমগী থোংচৎ অঙকপনি! মীগী মরৈ-বাক্তা লাক্তুনা ইমুং মনুংগী থৎনবদা মথুৎ থিংজিন্দুনা মপু ফাগে লাক্লগা পাংথোকপা ঙমদ্রগা উশিন্তবগী থমথেংবা উৎপা পুন্নমক অসিমক থুৎসেম বারিমক্তদসু কাহেন্মনবা ওইদুনা ইবদা বানা থোক্লনি। মতাং মতাংদা মণিপুর ইংরেজগী মথা পোল্লমদ্রি হায়বগী মরম, প্রমাণ থুদম য়াওরকখিগনি। মফম অসিদসু চাউরাক্লা থরদং নৈননিংই। মণিপুরগা ইংরেজগা লৈনবা মরিগী মরমদা সন্ধি[১১] তৌনখিবা পুন্নমক্কী ইকোন কোনবদি ইংরেজগা গম্ভীরসিংহগা তৌনখিবা খৃঃ ১৮৩৪ গী সন্ধিনি। সন্ধি অমতদা মণিপুর ইংরেজগী মথা পোল্লে, চহিদা লুপা অসুক লোই হাগদবনি অসিনচিংবা অমতা য়াওদে। অমনা অমগী মতেং পীনবগী, লম পীথোক পীশিন হায়বদি সিমানা লেপ্পবগী বাফম ফাওবতনি। খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুবারি থাদা তৌনখিবা 'য়ান্দাবো টিটিদসু মণিপুর ইংরেজগী মথা পোনবনি হায়না নাকল অনিমক্লা হায়ন-খিদে। করিগুম্বা মওং অমতনা, হায়নবা, ইনবা অমতনা ইংরেজগী মথা মণিপুরনা পোল্লে হায়বা লৈতে। থুৎনা থিন্দুনা তাকপা য়াবা থুদমদি মিঃ গ্রিম্বুডনা মণিপুরদা ইংরেজগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বগুম্না মেজর গোলাপসিংহনা মতম অদুদা ভারতবর্ষদা ইংরেজ কোম্পুং ওইরম্বা কলিকাতাদা

[১১] Aitchison's Collection of Treaties—Revised Edition of 1876.

মণিপুরগী ওইদুনা লৈরম্মি। মাসিনা মনিং মথা তম্বা ( Sovereign States ) অনিগী 'এমবাসি' থম্বগী প্রমাণ অদুম ওইবৈ অমসুং অমনা অমগী মথা পোন্দনা মান্নবা থাক্তা লৈরম্মি হায়বসু তাকই। ভারতকী 'নেটিভ ষ্টেটস' শিংগা ইংরেজগা লৈনখিবা মরি অদুগুম্বা মণিপুরগা দি লৈন-রমদে। ভারত সরকারনা মাখোইগী কারগদবা য়েংদুনা রাজা, মহারাজ-নচিংবা উপাধি নৌনা পীশন্দুনা শেমখিবা 'ষ্টেটশ'[১২] অমদি 'সবসিডিয়ারি এলায়েন্সনা ফাদুনা থম্লগা ভারতকী লমশিং অদুগা মণিপুরগা পুমথেন থেন্নরম্মি। মাখোই অদুনা করম্না 'ষ্টেট্‌স্‌' ওইরম্মিবনো হংলবদি ইংরেজগী খুৎশেম্মি খুম্বা তাই। অসিগুম্ব 'ষ্টেটস' গী কৌরেপকম থারকপদসু সাইমন্ কমিসন্না[১৩] মাখোইগী প্রজাশিং ব্রিটিশ প্রজা নত্তে, মাখোইগী লম ব্রিটিশকী লম নত্তে হায়রি। অদুনদি খৃঃ ১৮৯১ গী মণিপুরগী বা লাক্লবদি মনিং মথা তম্লিবা, কনাগীসু মথা পোন্দবা, মরনাইগী পাললনা পাঙবা লৈপাক কৌদনা অতৈ করিসু কৌনংঙাই লৈতে। অয়োইবা লাল অসিগী মতুংদদগী 'নেটিভ ষ্টেট'কী কৌভম মণিপুরদা লাকপনি।

ইংরেজনা উশিংমন্দবা মরমচং অমসুং মঙংদা পেন্দদুনা মশাগী ইকাই খুম্নবা ভাকপা পামদুনা টিকেন্দ্রজিৎনা কোন্সুং তাম্না হনশিবরা নত্রগা হকচাং ইরকপদগী লেংখিবরা—লেপ্পদা থরা বানা থোক্রে। মীশক থাইদনা থাজনারিবদি শাওদুনা লেংশিনখিবা নত্রগা ইংরেজগী থৌওংগী নাশোন ফংবদগী হনখিবা ওইগনি অসিনি। কোন্সুং য়ৌখ্রবা মতুংদদি দরবার য়াওবগী বাকম হৌনৈ লৈখিদরে, নারে হায়না পাও লাকপশিংদা তাকখ্রে। ইংরেজ কম্নাইবা কুইন্টন্‌গী শাজত্তগী মাহাক্কী চিংনবা কনথংখিবদা নত্তনা মনাইশিংনা হাপ্তা বাজালা মঙ্গুংদা তৌরিবা মঙংগী শামিন থরা, ইংখোলদা

১২ "Thirdly, as a shrewd student of the Indian problem has put, to call them 'States' is really a misnomer, as it is a historical nonsense to acknowledge the claim that they ever had regular and independent life. A few exceptions apart, claims of almost all of them rested upon the bestowal of authority from the supreme power of the time"—Maharaja by Diwan Jarmani Dass.

১৩ "One feature is common to all, they are not British territory and their subjects are not British subjects"—Simon commission for Reforms.

ওইরিবা ফীবমগী মওং ভম্মদুনা তাবদা মাহাকপু ফাবগী বাকম শোইদনা মাওরে লেপখিদুনা দরবার মাওরোই লেপখিবা ওইগনি। গ্রিম্‌বুড্‌না অক-শা.শমদুনা মাহাকপু কোরগা লৌনম তৌদুনা মাহাকপু ফাগে শিনবনি হায়না লৌবত নত্তনা গ্রিম্‌বুড্‌পু বারোবা হৌখিবমগনি। যুবরাজদা নত্তনা মৈতৈ অমাম্বনা গ্রিম্‌বুড্‌পু মাহাক্না হুক্তন্দুনা মণিপুরদা হাৎনত্তনবা খোক-হল্লবনি হায়না বারোই নিংই। কোম্বুংদা ইংবেজ মডা চংদুনা ব ভাংনবা মতুংদা মথল্লাই মাংবা গ্রিম্‌বুড্‌না ইহাল হল্ল। মাখোইগী থওই উশিত্তবগী মওং উত্তুনা চখরকপদা কাজাওনা ভানা খিন্দুনা মাহাকপু হাৎখি। মাহাক্কী মমাল কয়ামুক হকই হক্তে মথাদা খেংনরকখিনি। অসিগুম্বা মও অসিদা ইংরেজদা টিকেন্দ্রজিংনা নিংথৌবু রাইবক্ত ভম্ব ওইংহৌবো হায়না হুন্দোক্লম্বগী মওং মায়া উরে। ঐখোইনা নিংশিংগদবনি—মাহাক লৈরিবা মখৈ লৈপাক বাইন্দ্র—নিংথৌদা কাহেনবা শাজং চৎলক্লবস্থ মাহাক লেম-হৌরি। মাহাক্কনি মাখোইদা কায়বা, মাখোইগী থবক্তা কোমথরকপগী মা লৈতে। বাকম অমনা মাহাক মাওদবদা দবনার তোক্লকপা, নাবে হায়রবদস্থ তৌদবা উরগা মাহাক্কী দমক ভাবনি মশানা ভদুম মমেকশেংনা তাকলে। লৈপাক অমা পুরিবা নিপাবু অত্তক মায় পংগনি থনবা ইংরেজনা থনমনবনি।

মাংাক্না থুংচবা মোমাইজিং অমস্তু মথংগী নিংথৌকাবা স্থমিং অনি অসিদা দরবার অমুক্তং তৌনবা লাক্লবদা পাংখোকপা মাখিদ্রে। মাভোন্দা শীমরকপা খোদা পাংখোক্লগী অরাংবনি নিংজবা উপায়গী মচিন্দি তেক্লে; অতুমক্তদা মাহাক্না ভমজবা পুম্বা হোৎনদুনা পাংখোক্লবা হোৎনদ্রবদি কুইন্টন্‌গী মমাই থম্ফম লৈরোইদৌরি। মাহাক্কী মথংগী খোংচৎ ডাইদুনা মেংখিসি। স্থমিং নিনি চুপ্না দরবারগী হোৎনবা, কোম্বুংদা চেস্থোক চেনশিন গিম্‌বুড্‌না শৌবা, যুবরাজ নাদুনা লৈরম্মে হায়বা আসনচিংবা অকুপ্না বাদ কুম্বাবনা পানথৎলমদে। মথাদ মতাং মতাং চানা মাওরকখিনি। অম্মুমা স্থমিং নিনিমক্তা টিকেন্দ্রজিং দরবার মাওহমবগী হোৎনবা কামক্রবদা মথংগী স্থমিং লৈপাক-পোকপা স্থমিংকী নোংভল্লগা চৎলগে বেগারি পীয় অমস্থং রাস অমুক্তগা মেংখিগে হায়না শ্রীযুৎতা পাও পীরক্লে। দরবারগী দমক কোইচেন চেক্লবা তৌদবা মাদে হায়দুনা পীশুম ভক্লা ভংচম্বা কুইন্টন্‌গী মথংগী পাওদা দরবারগী বা অমতা পহক্তে শক্লবপগী বাম্নস্থ লৈক্রে। টিকেন্দ্রজিং

কাবগী দমক তোগে হোৎনবা দরবারনি, মাহাক য়াওদ্রবদি দরবার অদুগী কায়বা মশানা লৈখিদ্রে। কারণ্ডবা য়াদে হায়রকপনিনা অতোপ্পা উপায় খিগদবা মঙাইরে। কনা খংহন্দনা, তকখোক্তনা অরোনবা উপায়না দরবারদা কোইরেংবু চফুদগী ঙা কাবগুম কারগা পুখিগে লাক্লরম্বনি হায়বা য়ায়া লানা তাক্লে। ‘শক্তি নংগী নরৌবু শঙাই ঐনা খংই’ হায়বগুম কুইন্টনগী লৌউ টিকেন্দ্রজিৎনা লাইনা ওকখি। দরবার খুৎলাইনা মচিন তেক্লবদা বেগারি-রাস খুৎলাইনা করম্বা পোৎচৎ চৎলকপগে হায়বা ঐখোই ঙাহাক্তং ঙাইদুনা য়েংসি।

রাস অমসুং বেগারিগী পাও ফংবগ শ্রীসুংনা তোপ গারোংতা শোই-দনবা শীরখি। অগোই শম্ভুরুগদবা কাংবুদা লুপা ৪০ ̴ পীদুনা কুইন্টন্না পায়গী মতুংইন্না অহিং অদুদা শায়রুনবা নোংখোনবা ফুলোনা শিনখি। অগোই “অহিং অদু সাহেপকী মমাংদা শায়রুইএ। নোংঙানগদবা পুং ৮ লৈরিঙৈদা হল্লকএ’ হায়না কুখাবনা খারম্মি। য়াকম অসি নিংখিনা য়েংশিনবা চংই। মরমদি ইংরেজনা ইবা লাইরিক্তা খেন্নবা মখাদা লাকখিনি। কুইন্টন্না হনখিবদা চংগদবা বেগারি শিনবা লোইরে, অগোই য়েংনিংবা য়েংহল্লে। অদুনা মাহাক্না মণিপুরদা লাকপগী পন্দুপ লোইরগুম্বনি হায়না লৌবা য়ারে। দরবারসু মাহাক্না তোক্লিংলবনিনা হায়-বদি তৌখিস হায়রক্লবনিনা তোক্লে। মাহাক্না চৎখগা করি অমুক তৌরকখিগদগে হায়বা খনগদবদা মঙাইরে। লৈপাক্লা নিংখৌনা চিংনবা লৈতনবা, চিংনদনবা শিনবা লোইরে। মণিপুরদা মাহাক্না তৌনিংবা, হায়নিংবা, হায়বা, হায়নবা লোইরে অদুনা হল্লগে হায়বদা কনানসু, কনাগীসু চিংন-নিংঙাই লৈত্রে। মথংগী কারগুম্বা অরোনবা লৌনম্বা পোরম লৈরিগদগে হায়বা অম্যাম্বনা খল্লুকম লৈত্রে। অকুপ্পা য়াথল খম্বা, কুইন্টন্না তৌনিংবা মরম মুয়া খংবা মীওই খরদদি মাহাক্কী সিপাই ৪০০ গী খোংখাং করি ওইরকপা য়ারিবগে খন্দবা ঙম্মদে। করিসু শিজিন্নরোইদবা সিপাই ৪০০ পুরক্তুনা মীগী মখিৎ চাওনবা, মাখোইগী চাদিং হেন্নবা হোৎনরকপম খোক্তে খনবা খরসু শোইদনা য়াওগনি। অদুবু ফোংদোক্তবা লোজগী অর্থ ফোংনা হল্লুবা য়াদবনিনা অরোনবা অর্থ লোম্না হন্নবা হোৎনবদগী হেন্না করিসু তৌনিংঙাই লৈরমদে। কুইন্টনগী খোংকম অসিদা চিংনবা য়াবা মরাম লৈরবসু সিপাই ৮০০ না লৈপাক অমা চাইখাইদুনা মাহাক্না নিংবতা তৌবা ঙমগানি কনানসু খাজবা ঙম্বা য়া নত্তে। অদুমক্তদসু চেকশিনবদগী

অমাংবদি করিস্নু লৈতে। অরোনবা থোংচত্তদি সিপাই ৪০০ মা তৌবা ঙম্বা য়াম্না লৈ। চেকশিল্লগা চেক্কী য়ুম শানবা হোৎনবদা অকাইবা লৈতে।

অস্নুম্না কুইন্টন্না নিংথৌগী য়াথল অমরোমদা চিংথোক্লগা শান্নরক্লিবা; মওংনা নিংথৌ অমস্তুং মাহাক্কী অঙম অথৌশিংবু চিংনবা পুম্বা লৈহন্দ্রম্না মাহাক্কী অককবা মথৌনি হায়না পীরকপা, পাংথোক্কবা য়াদবনি হায়রকপা থৌম্না, মাহাক্না মণিপুরদা থুংলরগা ইলাই লাইনা পাংথোক্কে নিংবা পাং-থোককপা ঙমজ্রবা, চৎলগনি হায়বগী থৌশিনগী মীনম্না মীবু থাজহল্লগা অহিংথা মীচিক মীয়াওংথাল তান্নবা, মণিপুর লৈপাক্না থঙবা-তুমথুল হল্লিডৈবা, চিংনবা মিকপ্ থোক্তিডৈদা টিকেন্দ্রজিৎপু ফারগা কনা লৈজদ্রগা। নিপাঙম হুইপাং থাংতুনা চিংতুনা পুথিগে থৌরাংথি। কুইন্টন্গী শাজৎ অরোনবা হুরান্নামাগী মওং ঙাক্তনি। মীবু থাজহল্লগা চৎনরকপা মওং কাইদনা দরবার লৌসি কৌরগা হুয়ান শাজত্তা কাগে লাক্করে—মীগী পোচৎ চুম-থিবদগী কাবা ঙমদ্রে; মথংদা মণিপুর থাদোক্লগে চৎপা য়ানবা শিনবিরো হায়দুনা শিলহল্লগা পাংদ্রবা অহিংতদা লোম্না হৈনবা মীওইশিংগী শাজত্তা থুংলাই পাইদুনা চংলগা টিকেন্দ্রজিৎ ফানদগী পো কাংবা হৌথি। অহিংনা ইচিক হুজক্লবা নোংঙাললদাইগী মতমদা লৌনমতদা হৈনরবা কুইন্টন্না মাহাক্না পুজরকপা হুইরোই কোম্নুংদা লোম্না থাজিল্লক্লে। মপুগী মাতক চাবা মনাইশিংনা কোম্নুংদা চংলক্তুনা নোংমৈ কাপশিল্লরে। মাথোইনা তমশিল-লকইবনা য়ুবরাজগী তম্পাকয়ুম শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রজিগী মাইকৈদনি। মথানা তাবনি। মাথোইগী পান্দম্ফমদি টিকেন্দ্রজিৎনি। টিকেন্দ্রজিৎতা 'নপা পীথোক্লো, নংবু ফাবা ঐ লাকপনি নত্রগা নমদুনা ফারগনি' হায়দুনা ইকোং কোংনা অঙানবদা চংনবগী মথৌনা কুইন্টন্গী লৈরমদে। অরোনবদা লৌ-নমদা হৈনবা নিপানা অরোনবদা লৌনমদা থবক চথখি।

টিকেন্দ্রজিৎপু তম্পাকয়ুমদা শোইদনা থেংনগনি অমস্তুং লাইনা ফাবা য়ারগনি হায়বসি কুইন্টন্ মথবাই য়াওনা থাজবনি। মরমদি নাবু নারবস্তু নাত্রবস্তু নাই হায়দুনা লৈরিবনিনা নাক্ষম থাদোক্তুনা চৎলোই। অদুগী মথক্তা মাহাক চৎলগনি হায়দুনা চৎনবগী থৌরাং তৌথুবনিনা চেকশিনবগী শরক্তস্তু য়াৎলম্নগনি। অদুনা ফাবদা লাইনা থোক্লগনি, পাংথোকপদস্তু অরাইবা ওইরগনি। চৎথুগদবা মীবু কিদুনা লোৎকম থোক্তে, শোইদনা থনগনি।

কোম্নুংদা হান্না নিংথৌগী মকম তন্না চংশিল্লুরগা অকাইবা হেনগনি থন্দুনা তম্পাকয়ুম তমশিনবনি। কোম্নুং মন্নুং নিংথৌগী কোনদি মশানা অমম্নুং মহোশানা চেকশিনবা মকমনি। কুইন্টন্ লাকপা লাক্তবগী বা নত্তে, য়েক্নবা মশক উবা উদবগী বা নত্তে। অদুনা কোম্নুংদা টিকেন্দ্র থিবা চংলুরবদি বাজাও ওইথিদুনা অঙম অঙম্বা য়েংনবগী বাকম ওইথনি অমম্তুং টিকেন্দ্র-জিৎপু চেকশিন্নবা তাকপগুম থোকখনি থন্দুনা শোইদনা লৈরমগদবা মকমনি থনবা, লাইনা পাংথোকপা য়াগনি নিংবা মকম তন্না হুরাল লাল-নাদা চংশিল্লকপনি। হন্দক্কী থোংথাং অসিদস্তু কুইন্টন্গী বাথল আশানা হেনমল্লি। তম্পাকয়ুমদগী কোইরেং যুবরাজবু কনা লৈঅদ্রবা মীগুম হায়েং চীংথোকপগুম ইরাই লাশ্না চীংদুনা পুগে নিংবা নিংবনা হেন্নন-বনি। লৈপাক্কী যুবরাজ অমবু যুবরাজস্তু কয়ম্বা—মাহাক্কী মথুত্তা মতম অদুগী মণিপুর লৈবগুম তৌরিবা, মতমস্তু কয়ম্বা মতম—ইংরেজগা কন্না মুক্নরিবা—ফীবম অসিদা ঙাকপিনবা শেনবিনবা কনা য়াওদনা মতোমতা হুপী থরগা মাহাক্না ক্যানিংবা ফারনবা ঙাইরমগদবগুম থনবা মাল্লি। পুম্নমক অসি ইনং নত্রগা মৈতৈ পাঙ্গলদা মৈতৈগী থৌনাদা থওইদবা উৎপনি হায়-গদ্রা? মাসি ওইরবদি হুংথিল পোবোপ্পদা, অঙানবদা ইফোং ফোংনা চংলকত্তবদি কয়ম্বা বাখলদগীনো? কুইন্টনগী মক্ক ওইবা বাখলবু টিকেন্দ্রজিৎ অমুক্তুং থুৎ চনবা ঙম্নবদি মণিপুরদা পাম্বোম থাংগৎলক্নবা মী লৈয়রোই লেপথিবননি। অমরোমদা অমস্তু য়েংসি।—তম্পাকয়ুমগা নিংথৌগী কোম্নুং মন্নুংগা মাইল ১। ২, ৫। ১০ লাপ্পবা নত্তে, লাওবা তানবা মকমদা লৈন-বনি কুইন্টন্না শারকইবা থৌদোক অদুগী মথোল তারগা নত্রগা শামিন ফংলগা কাইদুনা চেনথিগদবা নত্তে। লৈপাক অমা পানববু লাম্মী ৫। ১০ দং থম্নগা লৈপাক লিংডি, নিংথৌ পাল্লি হায়দুনা হুংঙাইদুনা পংপান পানবগুম থনবা কুইন্টন্গী থম্মনবা ওইরোইদ্রা? চান্নবা থৌদোক থোক্নক্নবদদি মাগী মরাইবক থিবনা মানা থেংনগে নিংবা কোইরেং, মানা লৈহম্নিংবা মকমদা লৈরমদ্রে। লৈপাক পুরিবা নিপানা তুংমাং, ওইবা য়াবা য়াদবা ইথন থন্দনা অদুগুম্বা মতাং অদুদা ময়াম্নুং মহারাজ থাদোক্নুনা মশাগী বাথল, লৈপাক্কী মওং ইথং থংদনা হুংঙাইবা মওংদা লেনক্কম থোক্কে। কুইন্টন্গী মওং, মাগী থৌদৌ উরগা থবক পাইদ্রিংঙৈদা থবক লোইথোকপা নিপাগী বাথল মাল্লি। মাগী বাথল, মানা তৌবা শোইবা হৌনদে থনবা নিপা মাল্লি। অদুগা মণিপুরবুনা মী লিশিং ১০০০। ২০০০ তাবা খুল ওথাকপা অমগুম থনবা

থাদ্রি। কুইন্টন্‌গী থৌরাং যণ লোইহ্রিঙৈনা হৌদোং হাৎপা তাহনা মাহাক্কী মাথলগী অশোনবা ময়েক লানা তাকখি।

ইংরেজনা তম্পাক য়ুম কোইশিন্দুনা লোম্না নোংমৈ কাপশিন্নকপদা হুপী অঙাং মিপাইনহনা কোইচেল চেন্নে, ইরাং লাংলক্নে। থংহৌদনা থোকপা থৌদোক ওইবনা অয়াম্বনা জ্ঞান মাংলে। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা মথৌনা ফবা পুথনবা তকোন চোংথোক্তুনা লুচিংলকইবা ইংরেজগা থুৎ-থেংননা য়ায়হনা শিমিন্নরে। অশোকপা অশিবস্থ য়াম্না য়াওনরে। নোংমৈ মথোল তাবদা কোম্লুং পুম্বা শেম শাথরে। শেম শাবদা মৈতৈনা থুবদি য়েক্লমক্কী থাগৎনক্মি। অতুগা লালগী দমক্তদি মতম পুম্বদা শেম শাহনা লৈ হায়বা য়াবমক্কি। মতম অদু ফাওবা লাল করম্বা মতমদা লাক্কদগে শিংথাবা শিংককপা য়াবা মণিপুর ওইরমদ্রি। সিপাই ওইহনা খুৎলাই শেন্নহনা লৈরবা কাংবুদি লাইরহনা লৈকাই লাম্মী, পানা লান্মী ফাওবা মতম পুম্নমক্তা শেম শাহনা লৈনবা মতমনি। নোংমৈ মঙারক কাপ্লকপা [14] হেক তাবদা মশা মশাগী চেংজেল পুহনা চেনথৎনরম্বা মতমনি। চেং-জেল পুনরম্বা নিংথৌনা চীঙ্গাক পীদহনা মরনাই থাংদোকচরগা চাবগী বা নত্তে। লৈপাক্কী চেঙৈ অমা য়ৌদ্রিবা ফাওবা লম্বীদা লমথাংদা চাননবা থরা থরা পুনরম্বনি। লালফমদস্থ কৈ মচা শিংনা শোইদনা য়ৌহল্লিবনি। হৌজিক্কী মতৌগুম্না অপাইবীনা, অচেনবীনা চিঙ্গাক পুবগী মতম নত্তে। হৌজিকস্থ পুদবা য়াদবা মকমদদি মরনাই মশা মশাগী থরা থরা পুনরি— হৌজিক্না য়েন্নগা পুবা, মতম অহুদা মণিপুরগীনা ময়ুমদগী অয়োম্বা পুহনা লাকপা অসিদনি থেন্নরিবা। যণ গাড়ীনা, ইরোই কাংপোৎনা পুহনা চৎপস্থ লালগী মওং নত্তে, অকাইবা লৈ। অতুনা মশা মশানা থরা থরা য়াওজে-ম্বগী বানি। কোম্লুংদগী নত্রগা লালগী খোংশানফমদগী য়োমহনা পুন্দুনা মতম মাংলুবগী মহুত্তা ময়ুমদা মতম পূম্নমক্তা হাম্না য়োমহনা থম্নবা চেংজেল অহু নোংমৈ মঙারক কাপ্পা হেক তাবগা পুহনা চৎপদনি। মকম অসিদা নিংশিংগদবদি চেং মেরুক অমা অনি হায়বসি মতম অহুদা পংবা বানবগী মশক ওইরমদে, থুরক্তগী লিথবগুম্বনি।

অম্নুমা থুদক অহুমক্তদা শেম শাথবা মৈতৈ লাম্মীগা ইংরেজ লাম্মীগা মাইয়োক্লরক্নে। নোং ঙাল্লবা মতুং হুমিৎ হাইগৎলক্লবা মতম অহুবাইদদি

১৪। নোংমৈগী মমাংদলা পুং অচৌবা মৈহনা শাবাও লানবাও তাক্লম্মি। কংলা পুংজাও হায়না ঐথোয়না তাবহু অসিগুম্বদা শিজিন্নৈ।

য়াম্না কয়া লালদা লাল ওইনা কাপ্লক্লে। খুৎথোক্লবনিনা ইংরেজশু থংহন হন্দোকপা য়াদ্রে—মৈতৈশু অওইবা অমা থংনেবা তকশিল্লকলে। ইংরেজ সিপাই কোম্পুংলোমদা চংবা ঙমক্রদুনা মাখোইগী সিপাই কাংবু অমদি মিহু-থোং অঙোকখিদুনা মাখোইনা ঙংগদবা থুক্কা চংশিনখে। মিহুখোং য়াংমদা লৈবা পাঙ্গল সরদারগী ময়ুম চংশিন্দুনা তুপী অহুমগা সরদারগা লোইননা হাংখে। অতুদগী মৈতৈ খুলক মথং মথং চংশিন্দুনা উশম লৈকাই, য়ারেম লৈকাই অমসুং শাইখোম লৈকাই অহুমক মৈ থারক্লে। মুম চাকপা কনগে থোরকপা মীবুনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংলে। অসিগুম্বা মচৎ নাইদনা লমচৎ অসিনা খিংজেল তাইনবা ঙমদনুনা নাশিখোং তাইনবা হৌরক্লে। কুইন্টন্ অমসুং কুইন্টন্না পুরকপা কাংবু অসিদি তুপী অঙাং মশক থংদবা, অশোন অনা য়েংদবা, হৌনবা হৌনদবা থংদবা মীশক ঙাক্তা থলগা খুৎ শাদুনা লাকমিন্নবা ওইরম্মে। লাম্নীগা লাম্নীগা কাপ্লরিবোই নিংকম থোক-পনিনা মাখোইনা নাশোন্দা চথরিবা লৈপাক কিহন্দুনা লৈপাক কাইনরবা হোৎনরিবা মাইকৈ অদোমদা মৈতৈগী নাকলনা থম্বরুদে। ইংরেজদি মচু পানবা লিলগুম য়েক্লবা য়েক্লদবা নাইদনা চিকপা লাক্লদুনা ইরাংনা মণিপুর থুগাইগদবগী লাক্লখি। মণিপুর ইংনবনি হায়শিন্দুনা হৌনবা পুম্বা অকনবদদি চংদে উত্তনা টিকেন্দ্রজিৎ ফাগেদা থন্দুনা লাকপা নৎলমদ্রে মণিপুর ফাওবা চাইথাইদুনা তুপী অঙাং অশোন অনাদশু মাখোই কল্লি ভাকপা লাকপা ওইরম্লে। নোংপোকলোমদা মাখোইনা তৌক্লরিবা ইরাং অদুনা মাসিগী থুদম্নি। ফিরিঙ্গি লাল লাক্লে হায়বগী ইরাংদা অশোন অনা চাইথাইরগা লৈপাক থুগাইগে লাক্লখিবনি।

ইংরেজনা চথরক্লিবা থৌওং অসি মহারাজ কুলচন্দ্রনা মৈথু কারকপা অমসুং চিংনাংখোংনাংলোমদা মী কাইদুনা চেন্নবা উক্লবদা "য়ুমশু থারমারে মৈথু কারে তুপী নাহা য়ামনা কাইনরে"[১৫] হায়দুনা জামাদার সুবিদার-নচিংদুনা সিপাই থাদুনা থেংনহল্লই। সিপাইশী মকোক ওইনা লুচিংবা মরি চংখি-রগী মতুংদা খুথোং সুবিদার, লৈশাং জামাদার অমসুং অথোকপা দেরানদি লালকমদা তুখি। চোংথা মিয়াদি অশোক অপন য়াওখিদে। মজাং অসিনাইদশীদি মৈতৈ শাফু কনশিল্লকলে। নোংচুপ থোংদা মজা ইবুঙো য়াংখৈরাকপনা লুচিংদুনা ইংরেজদা তেমথেং পীবা হৌরক্লে। মজা ইবুঙোনা

১৫। চৈথারোল কুম্বাবা।

তকখোকখিত্না লাম্নীখোংগী অবাংদা নিত্যাইনন্দগী মপাদা লন্থোকখিত্না মনুংলংগী মমাংদা কাপ্লবদা ইংরেজগী লাম্নী থুগাইরে। মৈতৈনা তকখিল্লকখা অমুম অমুম কন্নশিল্লকপনা অমসুং মৈতৈগী শাফু হেক্সিল্লকপনা ইংরেজ থাংবা য়ারক্তুনা কোন্থোজম ইন্দ্রমগী বাঙালাদা হুমিং চাইথরকপা মতমদা চেন্নশিনখি। মাসিমা লালদি লোইড্রি। থাঙবাংকী পন্সিদগী মৈতৈনা থাপ্তা বাঙালারোমদা কাপশিনবা হৌরক্লে। ইংরেজসু মাতুগী পাওখুম পীবা কন্না লাক্লখি। হৌজিক্তি টিকেন্দ্র কাবগী আশা নত্রে—মথবাই কন্নবগী মাখোইগী ইজ্জৎ ডাক্লবগী—খোইদোক হেন্দোক্লা মতিক চাওরবা কুইন্টনবু কন্নবা হোৎ-নবগী মতাংদা ইংরেজ থুংলরে। ঐখোইনা হৌজিক ফাওবা নৈনরকইবা অসি চৈথারোল কুমাবদগী ফংবা থোদোক্লা মরু ওইবা মচাক ওইদুনা নৈনবনি। ইংরেজনা ইবা লাইরিক্তা য়াওবগা মতম অমসুং থোদোক থরা থরা থেমৈ। মপুংদদি ইথেন থেম্নদে হায়বা য়াই। শুগাইনা ইরম্বদি মাখোইনা ইবনা থরা হেল্লি। মাখোইনা ইবদগী থরা অমুক নৈনতুনা য়েংসি।

মিসেস্ গ্রিম্বুড্না মাহাক্কী 'Three Years in Manipur' হায়বা লাইরিক্তা থোদোক অসি ফনা নিংথিনা অমসুং শুগাইনা ইরি। মাহাক মতম অদুদা মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিঃ সেন্ট ক্লেয়ার গ্রিম্বুড্কী লুপীনি। মাহাক মতম অদুদা মাহাক্কী মপুরোইবগা মণিপুরদা লৈ। মাহাকপু মমিৎমক্লা হেক উহৌবা হায়বা য়াই। থুংলাইথোক্লা য়াম্নবা পুম্নমক উত্রবসু খোকখিবা থোদোক অমসুং মরম পুম্নমক নিংথিনা থংহৌবা লুপীনি। রেসিডেন্সিগা কোন্নুংগা কাপ্পবা মতম অদুদদি মাহাকসু লাল য়াওরবগুম্বনি। লালদা শোকপশিংগী লাইকম্নবা মাহাকসু কন্না য়াওরে। মমিৎনা উবনা উরে, উদবা অরোল অথুপ অম্নাগসু মপুরোইবদগী য়াম্না থংথি। মাহাক্কী বা নিংথিনা শুগাইনা তারগা অচুম্বা অরানবা মাইকৈ অনিমক লেপ্পা হুংগাইগনি নিংই। মাহাক্কী বারি মথাদা নৈনরি।

পাকাসনাগা কোইরেংগা য়েংথিনবা অদুগী মথক্তা পাকাসনাগা নৌরিবা অডাং ওইরিবা জিলাওম্বগসু য়েংথিনবা, সুরচন্দ্রনা মনাও পোকমিম্নবা পাকাসনাগী হাকল হেক হেক চংবা অমসুং পোকমিম্নবা পোকমিন্দবগী বাকমনা মসুং মপান নাইরক্তবা মরমশিং অসিনা থোদোক অসিগী মরুনি হায়না মিসেস গ্রিম্বুড্না ইরম্মি। কোইরেং সেনাপতিনা[১৬] লৈপাক্তা, ইংরেজনা লৈপাক্কী

১৬। মিসেস গ্রিম্বুড্না মণিপুরদা লৈবা মতমগী অয়াম্বা শরুক টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতি ওই।

মক্ক ওইবা মীনি হায়না উই। শাজত্তা, শাওংদা, মপাজলদা, শগোলদা, খুজুদা, খুলাইদা, লুবদা, শিংবদা মাহাক্না মচিন মনাও পুম্বদগী ইহেল হেল্লি। অসিগুম্বা নিংথৌগী মীচং মীথাই নাইবা অসিদা পেন্দবনা হেল-লক্তুনা কোইরেংনে, অভৌসনানে জিলাঙবনে মাথোই অহুম্না কোম্নুং চাই-থাইরকপদা সুরচন্দ্র মহারাজ কোম্নুং থাদোক্তুনা রেসিডেন্সিদা চেল্লকপনি। থাগৈশেংবা খুৎমাবদি অভৌসনাগা জিলাঙবগনি হায়না মাহাক্না শেংনা ইরম্মি। মাথোই অনিনা নিংথৌ সঙ্গাই মনাক্কী চেকপল কাহুনা চংখ্রগা অহিং অথেংবদা নোংমৈ থরা কাপশিল্লুবদা সুরচন্দ্র মহারাজ থিংনবা অমতা হোৎনরমদনা রেসিডেন্সিরোমদা চেনশিল্লক্তুনা নোংমাই মতুং পুং অনি তাবা মতমদা থুংলৈ। কোহিমাদগী, ব্রহ্মাদগী সিপাই কৌথোক্লগা মাহাক্কী মতেং পীহুনা নিংথৌ খুবম হঞ্জিলহনগে হায়না সুরচন্দ্র মহারাজদা পোলিটিকেল এজেন্টনা য়াম্না তোইনা হায়রবমক্তদা কোইরেংবু কিবনা হকমন্দুনা তীর্থ চৎচখ্রগে নিংথৌ খুবম মথানা য়ানা থাদোকলে হায়হুনা মনাওশিংদা লাইরিক ইথি। রেসিডেন্সিদা পুং ৩৬ লৈরম্লগা ইংরেজ সিপাইনা মাহাকপু কাছাড় তাম্না থিনবিথি।

মিসেস্ গ্রিমুবুডনা মহারাজ সুরচন্দ্রবু মথৌনা লৈতবা পাংদবা নিপানি হায়না লৌই। কোইরেংবু কিবনা অক্ববা, কাম্নবা, মাগী ওইজবা পুম্না অমতা তৌ হায়বা য়াথিদে হায়না ইরম্মি। পাংদবা মক্তনা মরম ওইহুনা মাগী মাংথিবা পুম্নমক হঞ্জিল্লগদবা লংশেক্তুনা চেনখি। মহারাজ অসি লৈপাক্না য়াদবা নিংথৌদি নত্তে। অতুগা মাহাক্না য়াম্না চাম্না তৌজবা মনাও পাকা-সনাদি লৈপাক্না য়াম্না তাথিনরম্মি হায়নস্থ ইরম্মি। মিসেস্ গ্রিমুবুডনা ইরাংগী মতম অসিদা কুলচন্দ্র যুবরাজ ইম্ফালদগী মাইল ১৭ লাপ্না লৈ হায়রম্মি। কুম্বাবনদি নম্বোলদনি হায়-থরতনি থেম্নরিবা। কুম্বাবনা হায়বা নম্বোলনা চুমগনি নিংই। মাসিমদি মৈতৈনা হেম্না থংক্কম থোকই। কুল-চন্দ্রগী মতৌ অসি অক্ক অক্কবা নাকলদা ওনশিনবা য়ানবা হোৎনবনি হায়না মাহাকস্থ হায়রম্মি। মাসি ওইবা য়াবা কৌবম্নি হায়না মথক্তা পনথ্রে।

মতম থরগী মমাংদা মিসেস্ গ্রিমুবুডনা মপুরোইবগা কোহিমা চৎপা মতমদা কুইন্টনবু মচাম্নুপীগা লোইননা মণিপুরদা কোইথোক্লক্লবা হায়জবদা মাহাক্না থা থরা শাংনা ঙম্মোইদবগী ব হায়রকপা কুইন্টননা ইথু থুনা তারিখ ২১।৩।৯১ দা মণিপুরদা থুংলগনি লম্বী থোং, য়ুম কৈ শেমস্থ,

মথাগী মরোল কোন্না খংহল্লকনি হায়বা টেলিগ্রাম অমা ফংবদা মাখোইস্থু করি মরমগী ওইরমগদগে হায়না মওন মওন খন্নখি। সুরচন্দ্রগী বাগী লাকপা ওইরমগদ্র হায়বস্থু খৈ। মরক অসিদা নিংখৌ খুবম থাদোক্লুনা থাম্বা য়াদনা চংখিবা নিংথৌ অসিনা ভারত সরকারদা মাহাকপু মাহাক্কী মাংখবা সিংহাসনদা অমুক হন্জিনহনবিয়ু হায়দুনা হায়জবা মতমদা মাঙোন্দা হন্দক থোকখিবা থৌদোক অদু গ্রিম্বুড্‌না মতেং পাংদুনা টিকেন্দ্রজিৎনা তাম্বোকপা ঙমকপনি হায়বা ওইদবা হায়জিন্দুনা পোলিটিকেল এজেন্টপু হুল্লুই হায়দুনা মিসেস্ গ্রিম্বুড্‌না মাহাক্কী লাইরিক্তা মথম্বাই কয়া সুংঙাইতনা ই। নাকল অমরোমদগী বানা মথংগী মুখিত্তা গ্রিম্বুড্‌না পাও অমি কুইন্টনদা খংহন্নবদা কোহিমাদগী সিপাই কৌবোক্লুনা সুরচন্দ্রবু মফম হন্জিনহল্লু হায়রকপা। গ্রিম্বুড্‌না নমশিন্দুনা থম্নগা ইরাং অদুদগী ওইরবা কীবম অদুদা থম্বনা নৈপাক মরা চেৎপা হেনগনি হায়না কুইন্টন্ থাজহনখি হায়। মওং অসোমদদি গ্রিম্বুড্ মশানা সুরচন্দ্রগী মীচং নত্তে খনবদা অকাইবা নৈদ্রে। গ্রিম্বুড্‌না তোংলগা মাহাকপু তাম্বোক্লগা শিনখিবনি অমসুং ইরাং অদুবক গ্রিম্বুড্‌না থৌদোংলমদ্রবদি টিকেন্দ্রজিৎনা অদুক লাইনা শাম্নখিবা ঙম্লোই খনবদা অমসুং কলিকাতাদা হায়রুবদা হেন্মনবা ওইগনি নিংদে। মাহাকপু নিংথৌ খুবম হন্জিনহনবগী বা য়াওখিবস্থু পোলিটিকেল এজেন্টকী মথক্তা হুল্লুবা অসিনস্থু ওইরম্বা য়াই। কুইন্টনস্থু মাহাক্না হায়খিবা বাকম তৌদবা য়াদবা ওইনা মথা চত্থরক্লে। মাহাক্কী অপাম্বস্থু পি, এ গী অপাম্বা অসিনা অদুম ওইখি। মণিপুরদগীনা নিংথৌ খুবম থাদোক্লুনা মশানা নিংথৌ ওইজররোই হায়দুনা চেনখবা নিংথৌ অদুদা তোংদুনা গ্রিম্বুড্‌না মাহাকপু অমুক মফম হন্জিন্নবা তৌরকদ্রা হায়বসি মতম অদুগী বা ওইরম্মি। যুবরাজ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেলনা হন্দক কুইন্টন্ লাকদৌরিবা অসিগী শামিন থরা কংবা য়ানবা মাহাক্কী মপুরোইবদা য়াম্না তোইনা হংলৈ। মরম অসিগী অশেংবা করিস্থু খংবা ঙমদ্রবস্থু অচা অথক, খুজ্জু খুৎলাই কোম্নুংদা য়াম্না পৌশনবা হৌখি। অম্নুম তৌনরিবা মরক অসিদা খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চগী তারিক ২২ দা কুইন্টন্ মণিপুরদা থুংলরে। হেক থুংবগা দরবার মুমিৎ অদুমক্তদা তৌনবা অমসুং নিংথৌ অমসুং মচিন মনাও অমতা চিংখদনা য়াওনবগী পাও কোম্নুংদা খংহনখে।

দরবার অদুদা চত্থগদৌরিবদি কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা ভারত সরকারনা য়ারে তাকপা অমসুং দরবার হেক লোইবগা টিকেন্দ্র

অনি অসিনি টিকেন্দ্রজিৎ কাবগী মওং অসি চীফ কমিশনারনা লেপ্পুনা লাক্লবনি মণিপুরদা থম্বা নত্তে। কাবগী হুকুম্না ভারত সরকারগীনি, কাবগী মকানা চীফ কমিসনারগীনি। গ্রিম্‌বুড্‌পুনা টিকেন্দ্রজিৎপু মশামক্লা কাগদবনি হায়বা থৌদা অসি পীখি। মাঙোন্দা পীরিবা থৌদা অদু গ্রিম্‌বুড্‌না থাইদগী পাম্বদবা থৌদানি। মরমদি চহি অহুম চুপ্পা চায়না মরুপ ওইদুনা লৈমিয়রক্লবা যুবরাজবু মশামক্লা কাবা মাঙোন্দা ওৎহোক্লা নুপ্পবা পোৎলুম অমা ওইখি। কাবা অসিগী দমক দরবার তৌগদৌরিবা নং অদুগী চংডক্লবা মমাং থোং অদু নত্তনা থোং পুম্নমক শো লোনশিনগা থোং থুদিং অদুগী বাংমদা অমসুং রেসিডেন্সিগী মনিংদা সস্ত্র মতিক চানা চানা থমখি। দরবারদা য়াওগদৌরিবা ইংরেজ কম্নাইবশিংদসু দরবারদা চত্থগদৌরিবা মওং অসি কুইন্টন্‌না অমতদসু থংহন্দে। য়ারক্লুবা মতাং য়োরক্লবদদা তাকখি। থরা হায়না থংহনবদি গ্রিম্‌বুড্‌তনি। মাইকৈ পুম্নমক যেনশিন্দুনা করিগুম্বা মওংদগী মরম অসি দরবার তৌদ্রিবা কাওবা মহারাজ অমসুং মনাওশিং য়োথিদনবা কুইন্টন্‌না য়াম্না কন্না হোৎনখি। মথুৎমক্লা টিকেন্দ্রজিৎ কাবগী থৌদা অসি কংবদা মাহাক্লা মুংঙাইতবা তৌনিংদবা বাখল অদু গ্রিম্‌বুড্‌না মাহাক্কী হুপীগা লোয়ন্না তাম্নখি[১৭]। মাই হায়বদি ওমদদুনা করম তৌরগা অতোপ্পা অমবু কাহনবিয়ু হায়সিগে হায়বগী তাঞ্জা থিখি। বাকম অসি মাহাক্লা জুগোৎ চাবা মতম যেংদুনা কুইন্টন্‌দা অতেপ্পা কন্নাইবা অমনা কাবদা কয়াম্নক অকাইবা ওইগদগে হায়না হোদোকখি। কুইন্টন্‌না ইশম শম্না যুবরাজগা মাহাক্কা চান্নবনিনা মানা কাবদা কন্না থন্দবা য়াই হায়না থুমখি। মথা তানিংঙাই লৈতদুনা মাহাক্ক কাবা তাদুনা অদুম লৈখি।

কুন্দাবনা হায়বত্তুম মপান্দা মহারাজ অমসুং মনাও ইবুঙ্ঙো অঙ্গদবু কুইনা ঙাইহনবগী বা মিসেস্ গ্রিম্‌বুড্‌সু শেংনা ইরম্মি। অদুগা অসুম্না মপাঙ্গা কুইনা ঙাইহনমল্লবদি থৌদোক অসি মওং অমা ওইরমগনি হায়নসু মাহাক্ক পজম্মি। মপান্দ ঙাইরিডৈগী মরক অসিদ নিংথৌগা লোইনরকপা সিপাইশিংগী মরক্তা মথুং চংশিনখিদুনা ইডেথাল শংবন য়েংডবশিংনা মথুংদা

১৭। গ্রিম্‌বুড্‌কা টিকেন্দ্রজিৎকা চান্নবনা মচিন মমাও অতৈদগী হেল্লি হায়বগী মাসিনসু প্রমাণনি। সুবচন্দ্রনা কোইরেংদা মাহাক্লা তোংই থমবদা থমব রাম্না অমনি নিংই। স্যার জেম্‌স্ জোনস্টোনগী যোজকস্থ থরা থেম্নবা লৈগ

তৌরম্মিবা, শিন্নম্মিবা মওং মতৌ উকহন্না যুবরাজদা হঙৎলুবদা দরবারগী দমক ঙাইহন্না লৈরম্বা টিকেন্দ্রজিৎ অমম্তুং অঙৌসনা হনখিবনি হায়নম্নু ই। দরবারনা খিনখিবদি ভারত সরকারগী হুকুম মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা লোইবা ঙমদবদগীনি। মাসিদা মতম চংমনখিবদগী থবক মথং মথং কাইখখি। অম্মুয়া টিকেন্দ্রজিৎকা অঙৌসনাগা হনগুবা মতুংদা দরবারগী শিনবা লোই-রহন্না দরবারগী দমক মহারাজগা জিলাঙবদগা লেংশিল্লকপা উবদা যুবরাজ য়াওহ্নবদি দরবার তৌবা য়ারোই হায়হন্না মাহাকপু কৌবা মী থারে অদুদম্নু নারে হায়হন্না যুবরাজ লাক্তে। মথংগী নুমিৎ তারিক ২৩ দা দরবার তৌনি হায়না লেপ্লে। মৈথোকইবা নুমিৎ অদুদম্নু কোইরেং অমম্তুং অঙৌ লাক্তে। মাথোই য়াওহ্নবদি দরবার তৌবা য়ারোই হায়হন্না দরবার তৌদ্রে। মথংদা কুইন্টননা গ্রিম্বুড্পু মশামক চত্তুনা যুবরাজদা সরকারগী হুকুম থংহল্লু হায়হন্না থারে—থংহল্লুদবদি সরকারনা মাহাকপু ফাবদা অরেম্বদা বেড়া তৌগনু, মাহাকপু মতম থরা মণিপুরদগী তাম্থোকদবতনি। মাহাকী লমচৎনা ফরবদি মাহুম্নু কুইরোই। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ হকচাং কন্না ইরম্বনা বা অসি ঙাংনবা য়াদহন্না গ্রিম্বুড্ হল্লক্তে হায়না মিসেস গ্রিম্বুড্না ই। গ্রিম্বুড্না যুবরাজ কন্না নারম্মে অদুবু মাহাক্না ঙাইহন্না লৈরবদা দোলাইদা হাপ্তুনা পুথোক্লকই হায়না তন্নে। টিকেন্দ্রজিৎকী কীবম উবদা বা থোইদোকপা হায়রমদনা হল্লকই[১৮]।

মতাং অসিদা ঐথোইগী বা থরদং য়েংশিংই। যুবরাজ চায়নমক কন্না হৌগৎ কাংথৎপা ঙমদনা হকচাং ঈবা ওইরিগদ্রা হায়বসি চিংনবা য়াবা

১৮। মিসেস্ গ্রিম্বুড্না পোলিটিকেল এজেন্টকা যুবরাজগা উনবগী বা ইরিবসি মথাদা বিচারগী মতমদা সাক্ষি সাবোৎকী প্রমান পীনরকপা মতমদা কংবগা য়ান্না থেমৈ। পি, এ, না মহারাজগা উন্নবা, যুবরাজগা উন্নবা শিনখিবনা হায়জবা অমমুং উন্নখিবগী বা য়ান্না ওগাইনা উবা ফংই, নাবা ফরগা ইংরেজনা মিংবা মতুংইন্না তৌগনি হায়না যুবরাজনা ফায়রকপনচিংবা য়াওরি; পি, এ, না যাগী মুপীদা অথুম্না বা ওইহন্না কনা তমথোকুবা ওইগনি নিংই; মতম মতম অদুগী লেমবা য়ানবা যুবরাজনা পংথুম থুম্নকপম্নু মাল্লি। মথাদা ইংরেজগা মণিপুরনা থৎনম-নিংদে, মাথোইগী পাঙ্গলগী থাক অদুদা মৈতৈনা ইলাই লাইনা তৌবা ঙম্মোই থংবা মণিপুরনি অমমুং থল্লি হায়বগী থুদম থেংনরকখিনি। মমৈদা কোন্নুংদা সাহেব মঙাগা উন্নবা মতমদা ঙাংবা য়াঙাং তারগদি মণিপুরনা ইংরেজগী মথা পোন্নুনা লৈরক্লবনি হায়নবা মরাক ফংবা ঙমদে। মিসেস্ গ্রিম্বুড্না ইবথসি অহানবা নুমিৎকী ওইগনি নিংই।

বাকম অমনি। চীফ কমিসনার মশামকস্তু থাজরমগনি সিংদে। অদুবু মাহাক্কী থাজরবা কম্মাইবা থাজুনা মশামক্না খেংনরে, মমিংনা উম্নকপা, মাহাক্না থংলকপা বা ওম্নরে। অদুনা নাহে হায়বসি কুইন্টন্না লৌবা তারে। মশা চত্তুনা য়েংউবা অমা নত্রগা মাহাক্কী থাজবা য়াবা মীনা হায়বা থাজবা অমা অনি অসিগী মতুংদা অমা ওইগদবনি। হৌপৎ-কাং-থংপা ওমদবা মীবু লোম্না নমজুনা ফানবা অকনবা ইরাং অমা কুইন্টন্না তৌকরে। লেংবা খোংপা ওমদ্রিবা মীবু ফাবমক ফংলবস্তু কুইন্টন্না করম্না পুগে নিংবনো—অসিমস্তু অমম্বনি। নারিভৈন্দা কাহৌরবদি ফাবা ওবগী আশা লৈতে অদুনা ফাবু ফারবদি শিগে হায়রগা শিজসস্তু থনবা অমা নত্রগা নাই হায়বা থাজদবা অমা অনিগী মতুংদা অমদি ওইগনি। টিকেন্দ্রজিৎপু ইলাই লাইনা ফাবা য়াররোই—শিনা ফাবা নত্তনা হিংনা ফাবগী আশা য়াংলে অদুনা কুইন্টননা মণিপুর থাদোক্তুনা হয়েংমক চৎলগী মতুং মালহল্লগা লৌনম তৌদুনা ফাগদবগী হোৎনবা ঐখোইনা মথজ্জা খেংনখে। কুইন্টন্না মানা থংজবা লৌনম পুম্বা পুথোক্তুনা টিকেন্দ্র ফানবগী ইরাং তৌদুনা পাইরক্তা ফাগদবগী হোৎনকরে—অনাবদি নাকমদা লৈরমদ্রে। অদুনা হন্দক্কী যুবরাজগী অনাবা অসি ওম্বা তাম্নদুনা ইংরেজনা নিংবা পাংথোকহল্লোই হায়দুনা তৌগে তৌবা মাল্লি। মাখোইনা হেম্না শিংবোই নিংজবা যুবরাজনা হেম্না শিংদোকখে। মতাং অসিগী অকুপ্পা মরোল কুম্বাবদি য়াওদে। য়াওকমস্তু থোক্তে। মীগী মরৈবাক্তা মীগী যুবরাজ ফারগা বত্তি ওইনা পুথিগে লাকপা কাংবু অদুতনা থংবনি। মিসেস্ গ্রিম্বুড্‌কী বাগী মতুং ইল্লবদি অকনবা মাইয়োক্লবা লোলনা ইংরেজনা টিকেন্দ্রজিৎতা মচিনথোক্না করিগুম্বা অমতা হায়দে, হায়রু হায়দুনা থারুবস্তু ফীবম্না হায়বা য়াদদুনা হলক্রে। মথাগী থোদোক্তা ঐখোইনা উরক-খিগনি—মাহাক্কী মতাং অসিগী হায়বদি টিকেন্দ্র—গ্রিম্বুড্ উম্নবগী বাকম অসি সরকারগী লোলগা থরা তৈনৈ।

মিসেস্ গ্রিম্বুড্‌কী বা অমুক চথরসি। মথংদি যুবরাজ ফাবগী অহিংদা অরোনবা লাল—লাল অসি তম্পাকয়ুম তম্নকপন্নি। অনাবা যুবরাজনা মকম অদুদা লৈরথদবদনি। যুবরাজগী সঙ্গাইদা মাখোইনা নোংমৈ কাপ-শিন্দুনা লান্দাক্লবা মিসেস্ গ্রিম্বুড্‌না নোংম্বাই মতুং পুং ৩ তাবা মতমদনি হায়না ই। কুম্বাবনা "নোংডানগদবা পুং ১ লৈরিভৈন্দা সাহেপনা সিপাই

লোইনদুনা নোংমৈ কাপ্পরে" হায়না হিরি। পুং ৩ তাবা মতমদা মঙ্গলারস্তি তৌই অদুনা পুং ১ লৈরগা নোংঙাম্লে হায়বনিনা পুং ৩ হায়বসি চাহৈ হায়না লৌবা য়াম্লে। যুবরাজগী সঙ্গাই ইংরেজনা অহানবা লান্দারকপা অসিদা মাথোইগী মখুৎ চনখি। মকম অসিদদু হায়বা য়াবা বা থরা লৈরে। ইংরেজনা তম্পাকয়ুম চংদুনা লৈখিবা মতম অসিদা যুবরাজগী কোল অদুমা পুমচাই চাইথাইখি অমসুং অকং অকংবা পোৎ থোমজিন্দুনা লৌখি। অদুগী মথক্তা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির থুগাইদুনা ইবুঙেঙাগী হক-চাংদা থোক্লিবা সনা লুপা মনি মুক্তাগী মমল য়াম্লবা পোৎ পূম্নমক সিপাই থাজিন্দুনা লোইনা হুখি। ইংরেজগুম্বা জাতিনা মীগী ধর্ম্মদা, লাইদা থৌ-শাদবা উশিন্তবা ফাওবা উৎখি। মন্দিরনা মাথোইগী লালগী লালবন ওইদুনা মথক্তা নোংমৈ থমদুনা কোন্নুং তম্মা কাপশিনকম ওইনখি। বা অসি কুম্বাবদদু মিসেস্ গ্রিম্‌বুড্‌কী লাইরিকদু পল্লম্বা থেংনদে। মিসেস্ গ্রিম্‌বুড্‌না অচোপ্পা মাথোইগী কত্তবা বাকমনি হায়দুনা পল্লমদবরা, বা অসি তাবা ফংবা মতম লৈতদুনা তাহোদবরা তৌদুনা ইরমদবনি নিংই। ইংরেজনা রেসিডেন্সিদা চেনশিল্লকপা মতম অদুদগীদি বারি মচা থাইনা তানবগী মতম কংনিংঙাই লৈরে। অদুনা থংদদুনা ইরমদবা ওইগনি নিংই। বাকম অসি বিচারগী মতমদা য়াওবা থেংনগনি। হন্দক্তী লালগী মতাং অসিদনি পুথনবা তকোনগা ইংরেজ কম্মাইবা অমগা শিমিম্নবগী বা কুম্বাবদা থেংন-খিবা। মিসেস্ গ্রিম্‌বুড্‌তগী ঐথোইনা শংবা ওম্বনা হন্দক্তী ইংরেজ অসিগী মমিংনা ব্রেকনবরি কৌই, কম্মা লাম্মীগী লেপ্টেনেন্টনি। মাহাক থুদক অদুমক্তদা শিবা নত্তে, খিনা শোক্কুনা মুমিৎ চুপ্পা তাদুনা লৈরগা লৌশিল্লু-রবা মতুংদা রেসিডেন্সিদা লাইকয়রগা শিবনি। অসুম্মা মথং মথং লাল শোক্করকপদা মৈতৈনা তকশিল্লক্কুনা ইংরেজ লেপ্পা য়াদ্রে, রেসিডেন্সিরোমদা চেনশিনখে। মুমিৎ মুংবা মতুং পুং মরি মথাই তাবা মতমদদি থাজপাৎ হাংমদগী নোংমৈ অচৌবা য়াওনা রেসিডেন্সিদা মৈতৈনা কাপশিল্লকলে। ইংরেজগী কীবম য়াম্মা কৎচিল্লক্কে। মণিপুর থাদোক্কুনা কাছাড়রোমদা চেনখসি হায়বা ফাওবা ইংরেজনা লেপ্পরক্লে।

অসুম্মা ইংরেজগী কীবম্মা মকম থংদবা, বুদ্ধি থোককম লৈরক্তবা মতাং য়োরক্লে। করিনা ফগদগে থম্নবা পল্লেপকম থংলক্তদুনা কাছাড়দা থাখিবগী য়াম্লা লেপ্পরক্লবা মতম অসিদা কুলচন্দ্র মহারাজদা (মাথোইনদি রিজেন্ট

কৌই ) কুইণ্টন্না করি তৌরগা মাখোইগী মথক্তা নোংমৈ কাপ্পা লেপকদগে অমসুং ভাইসরোইগা পাও চংনবা য়াগদগে অমসুং টেলিগ্রাফ য়োংশী শেম্বা য়াগদগে হায়না মথাগী চিঠি অসি মশামক্তা সই তৌদুনা কোন্থুংদা থাখি।—

"On what condition will you cease firing on us, and give us time to communicate with the Viceroy and repair the telegraph ?"

চিঠি ইরিবৈ মঙ্গং অসিমক্তদা কর্ণেল স্কিন্না হুকুম তৌদুনা লাল লেপ্পগী বেজুল খোংখি। মাখোইনা কাপ্পা তোক্লবা মতুংদা কোন্থুংলোমদগী কাপ্রকপসু লেপখি। মতাং অসিদা ঐখোইনা খংবা য়াবা বা খরা লৈ। মহারাজ অমদি মনাও ইবুঙেঙাশিংনা লান্নবনি হায়দুনা ইংরেজ লোইশিল্লগে হায়বগী মপুক্কিংদা খনবা উদে। মাখোইনা মৈরকপা পুংগী মতুংইমা জগোই শাদবা য়াদবগী শাবা ওইনা ঐখোইনা উবা কংই। ইংরেজ লোইশিল্লগে হায়না নিংলবদি অকুইবা মতম নত্রে। অদুবু মাখোইনা খংননিংদবনা মাখোইনা লাল লেপ্লে হায়বা হেক খংবগা লাগ অদুম লেপখি। ডাকবোক্তবা য়াদবগী বারক্তবা য়াদবগী তৌবনি হায়বা উৎলি। ইংরেজনা মপুক ফরুম্বদি মীওইবগী অমসুং মমান মমায়বগী বাখলদা লৈরম্লবদি হন্দক্কী বাখোক অসি মতাং অসিদা লোইশিনবসু য়ারম্বনি। অদুবু অচৌবগী অচাউরমদা করম্বা অকবা বাখলনা মকা কোংবা ঙমগনি ? চীফ কমিসনারনা পীখিবা চিঠিগী পাওখুমদা মহারাজনা মাহাক্তা উননিংই হায়না মরোল হল্লক্লে। মাসিগী মতুংদা কোন্থুংদগী চিঠি অমসু থুংলরে। মথংগী চিঠি অসিদনা ইংরেজবু মাখোইগী খুজু খুৎলাই পুম্নমক থাদোক্নুনা পীখোক্লরো হায়না খংহল্লক্লে। অকোনবগী বাকম অসি মাখোই মশেল য়াম্না খম্নরগা যুবরাজদা ভাব তাহম্না নিংখিনা অমুক্তং শেংদোক্কখো হায়বগী মওংদা খমখি।

কুম্বাবগা মিসেস্ গ্রিমৃউড্গা খেন্নবা অমনা জগোই শান্নবগী মতাংদনি। কুম্বাবদা "অহিং অদু সাহেপকী ময়াংদা শান্নকুইএ। নোংঙানগদবা পুং ৮ লৈরিবৈদা হল্লকএ" ইরি। মিসেস্ গ্রিমৃউড্নদি অহিং য়াম্না থেংনবদা জগোই শান্নবা লাকলে হায়বা পাও পীরবদা খেংমল্লে মী পুম্নমক তুমখে হায়দুনা হলহনখে হায়। নাকল অমনা শান্নকুই হায় অমনা শান্নহনখিব্রে হায়, অদুনদি 'জগোই শান্নবা লাকপা' অসিমদি অচুম্বা ওইবা তারে। "হল্লকএ" হায়বা বাহৈ অমা শিজিন্নরম্বা অসিনদি মাখোইনা জগোইগী মমফ চৎলুরগা হল্লকপা ফাওবা খংবা কোন্থুংদা য়াওই তাবই অদুগা

"শান্নকইএ" হায়বা অসিনা শান্নকরে হায়না পাও পীরবনু তাই। লোংঙানগদবা পুং অমা লৈরিঙৈদা পুং ৩ তাবা ওইরবদি অগোইগী কাং-বুনা হল্লকপা পুং ৮ তাবা মতম অদুদাইদা ওইগনি। অদুনা পংথেং থেংবা মতম নত্তে। অগোই শান্নক হায়না থারে চৎলুরে শান্নহল্লক্ত বনু মাখোইগী মরাল নত্তে মাখোইদি চৎলুরে অদুনা শান্নকরে হায়না অদুম তমবা ওইবনু যাই। পুং ৮। ৩ দা অগোই শান্নবা লোইদুনা লাকপা ওয়ল্লি। শান্ন-রমদবনু যাই। ইংরেজদি অহিং অথেংবা কাওবা অগোই য়েংদুনা লৈনিংবা হুমিৎ নত্তে ওয়া পোত্থাদুনা তুম্বা হুমিৎনি—মরমদি অথেংবদা লাল চংগদৌরি। অগোই য়েংনিংদুনা হায়বা নত্তে চৎলগনি হায়বা কোন্নুংবু থাজহন্নবা হোৎনবনি হায়বা শেংনা তাকপদনি। মিসেস্ গ্রিমৃবুড্কী বাহৈদনা অহিং অথেংবদা অগোইগী মীথিং লাক্লে তাকপা মী চংলকপা রেসিডেন্সিদা করম্বা কীভম চত্থরিবগে থংনবা থাজিল্লকপা মাল্লি হায়না লৌই। বাথল অসিমনু থর হেনমল্লি নিংই। অগোই শান্নজগে হায়রকপা নত্তে শান্নবিরো য়েংজগে হায়বনি। অগোইগী বা নত্তনা অতোপ্পা অনৌবা বাকম অমদা লাকপা ওইরবদি চিংনবা যাই। নিংথৌনা যাখং পীথবনি মাখোইদি শোইদনা লাক্কবা যাদ্রবনি। ঐখোইদা যাম্না মরু ওইরিবা শরুক্তি চৎলমদাইগী হুমিদাংদা অগোই য়েংগে হায়না হায়রকপা ইংরেজ অওবগী মপাও অদুনি। অগোই শান্নকবা শান্নকদবদি অরাইবনি ঐখোইনা থংগদবা মচাক্তি চৎলগদবা মালহনবা মাহাক্কী মীনম্বা মপাও অদুনি। সুরচন্দ্র মহারাজগী "তীর্থ" না কলিকাতা ওইবত্তম চীফ কমিসনার কুইন্টন্গী হনথিনবগী মকম্না মণিপুরগী লনা কোন্নুং ওইরম্লে। তম্পাকযুম চাইথাইদুনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রজিদা হৌনদবা লমচৎ চৎপা, অশোন অনা হুগী নাহা হাৎপা, যুম মৈ থাবনা মাহাক্না য়েংজনিংবা অগোই ওইরম্লে।

(৩)

কুম্বাবদা পানথৎলম্বা পূম্নমক শন্নপ শন্নপ তৌরবনু মরেক্তদি ইরান লান্দে হায়বা ঐখোইনা হৌজিক কাওবা চত্থরকইবা অসিদগী থেংনবা কংলে। নাকল অনিমক্কী বা চান্নদুনা য়েংবদা ইশোম্ন শোম্নদবা থেংনরে। অদুনা ঐখোইনা মথাদা নৈনরকদৌরিবা থৌদোক অসিগী মরু ওইবা শরুক

মৈতৈনা, মৈতৈ নিংথৌনা থমজরবা ইজরবা নাকলগী মরু ওইনা লোনবা থোইমা লাম্মিংঙাই লৈরম্রোই। মৈতৈনা মণিপুরগী ইতিহাসকী চিন্নবা মতম অমিদা করি থমথি, করি তৌথি হায়বা বাক্য থংনিংলবদি কুমাকমা য়েংনা ঙাই; অতৈদি মথা মরেংনি। অতোপ্পা নাকলগী কাংবুনা মচুংনা ফুম্লিনা হু, লৌনমগী লাং মাখোইতনা থংবনি। মাখোইগী বাখল থংঙনবা পাইরম্ফগুম মতম অদুদা লৈতে। মৈতৈগী থবক্কা, মৈতৈগী বাখলন মৈতৈগী মরাইবক লেপকদৌরিবনি।

মৈতৈ পাওঃরোদা 'ফিরিঙ্গি লমদৌ' হায়বদুথক তৌদুনা থিনবনা অমদা চৎপনা অমদা তৌদুনা লৌনম কনাগী লাং পুথোক্নুনা মৈতৈ থুম্মৎকাবগী মিঃ কুইন্টননা মথং মথং হোৎনরকপা ঐথোইনা খেংনরে। পৃথিবী অপ্পাই অমদগী হেন্না মাখোইগী লৈপাক ওইরবা, মতম অদুদা নাইতোম চেনরগুম পারবা ইংরেজনা পিরুবা মণিপুর, চিন্না মতোমতা পাঙ্গবা লৈপাক মচা অসিমা লাকহৎকদবগী হোৎনবদা লৌনম কোকথোং কোকথোং হুম্মিরকপা থম্মরবদি অঙকপনি। মতাং অসিদা ঐথোইনা অমুকন্তু য়েংসি—মণিপুরনা মাখোইগী মথা পোনবা লম অমা ওইরম্লবদি অসুক মাথা লৌনমগী লাং থারুবগী কানবা করিনো? মাখোইগী মথা পোনবা নিংথৌ অমনা মাখোইবু উপিজদুনা লাল হৌদুনা তাম্বোক্লগা মণিপুরদা লৌনম মমাম পুরকত্রবস্তু তৌবা য়ারোই হায়না অয়াকপা বাহৈগী চে থারক্নুনা লাল্লি নিংবা কাংবুবু কৌদুনা লৌগদবা তৌরগা লোইরে; য়াদ্রগা ফোংনা থুৎলাই পাইদুনা লাকুগা মক্তিক চাই নিংবা দণ্ড তৌরগা সুরচন্দ্রবু অমুক নিংথৌ ওইহল্লগা লোইশিনবা য়াবনি। মথাপোনবগী বাকমলোমদা চথরবদি মাখোই লালগনি থংদুনা মতৌ মালহল্লগা অরোনবা উপায়না থবক পাংথোক্কে লাক্লবা নত্তনা করি ওইগনি? সুরচন্দ্রবু নিংথৌ ওইহনগে হায়দুনা মাহাক্কী মীচং ওইদুনা লাকপস্তু নত্তে, কুলচন্দ্রবু নিংথৌ ওইহল্লোই হায়দুনা লাকপস্তু নত্তে। মাখোইদা, মাখোইগী ইজ্জত্তা অমস্তুং ভারত্তা খুদৌ ওইরবা য়াই কিবা টিকেন্দ্রজিৎতবু লৌথোক্কে লাকপনি। মাখোইনা হন্দক মণিপুরদা লাকপসি কনাগী মীচং ওইদুনা কনাবু দণ্ড পীগে লাকপমো? টিকেন্দ্রজিৎনা লালবদি কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবস্তু লাল্লে। অরানবা অমত্তা চুমথোকপা লাকপগী মরমবু মাখোইগী ওইজগদবা থিবা লাকপনি ঙাপকপা লৈপাকনি হায়দুনা উপিৎলাবদনি। মীগী মরৈবাক্তা নিংথৌ ওইজবা মাখোইনা য়াবা লাকপগী মা

করিগুম্বু লৈতে। মানিংদগা মরি ককথংখগা লোইরে। অদুনা অকনবদা অশোনবদু উশিত্তবা মাও মচাগা কৈশালগী মারিগুমনি। অমগুম্বু হায়রিংই—ইংরেজশিং অসি মণিপুর মচাগী অমসুং মণিপুরগী মাখোইনা ওইহনখিবা কীবম অসিদা মাখোই মশামকপু খমদুনা য়েংবগী মাখল নত্রগা মশাজল লৈরম্ববদি মনিং মথা তঙ্গবা[১৯] লৈপাক অসিদা লাক্লগা লৈপাক অদিগী মরু ওইরিবা নিপাবু ফাদুনা পুরগা মাখোইনা তৌনিংবা চৈরাক পীদুনা অবাকম তাহনগনি নত্রগা তাহনগে খনবাসিমক ইথন খনবা ঙমখোইরবনি। মাখোইগী মনিং মথা তঙ্গা মীগী মনিং মথা তঙ্গা অনিগী মরক্তা খেন্নবা থ্রিবা অদুখক অকনবগা অশোনবগী মাকম নত্তনা করিগুম্বু ওইনিংঙাই লৈতে—কাল্লবস্থু কান্দ্রবস্থু ফুবা হায়বগী মাকমনি হায়বা মীওইবনা মুদ্রা থংনরবনি।

চীফ কমিসনারনা বেঙ্গুলনা লাল লেপ্প্রসি হায়রকপা যুবরাজন তারবদা লাল লেপ্লে। লাল লেপ্পরবা মতুংদা লৈপাক্ত "হাইরকএ। কমেশোন সাহেপনা দরবার তৌসি হাইরবদি লুক্রাম্বা কালুপচিংবা নহাক্কা কমেশোন সাহেবপু ওকলু হাইনা বাঙ্গালা চংহনথি।" হায়বদি হৌজিক কাওবদা চত্থরকইবা মওং অসিগী মথা করম চত্থবা ইংরেজনা পাম্মিবগে খমনিংলবদি খমসি লাও হায়দুনা চীফ কমিসনারবু কৌবা কালুপচিংবা অসিবু থারে। কোম্নুংলোমদদি যুবরাজনচিংবা মনাও ইবুঙেঙা অহুম অমসুং লৈপাকী মরু ওইবা অঙম অথৌ পুম্বা তিন্দুনা লৈরে। মতাং অসিদা ইংরেজশিংনা চংলমদাইদা পাও থাদোক থাজিন তৌনবা মাখোইনা করি তৌবনা অচুম্বনো

[১৯] "On the 24th February, 1826 the Burmese concluded a treaty, the terms of which, as dictated by Campbell, provided for the payment of a crore of rupees as War indemnity by the King of Avā; the absolute surrender by him of the provinces of Arākān and Tenāsserim; abstention of the Burmese from interference of any kind in Assam, Cachār and Jaintiā; their recognition of Manipur as an independent State: the conclusion of a commercial treaty "upon the principles of reciprocal advantages"; and the admission of a British Resident at Avā, a Burmese envoy being allowed to come to Calcutta."

Majumdar Raychaudhuri and Datta
—An Advanced History of India.

থম্বনচিংবা অকুপ্পা মরোল মিসেস্ গ্রিম্বুড্না ইরম্বনচিংবা অহু লোখৎ-লুহুনা কাম্রে, কুম্বাবগী অশম্বা ৰারিলোমদা চথবনা মত্তমদা য়োইজরনি নিংহুনা চথরে। ঐখোইনা মফম অসিদা নিংশিংগদবা হায়ববু ইংরেজনা কৌবগী কোইজান তাম্বগী মতম লোইখে — মৈতৈগী য়াকা ঙাইবগী মতম য়োরে। চীফ কমিসনারনা বেঙ্গলনা মাখোই চংঙক্কে হায়না হায়রকপদা চংলকউ হায়না পাওথুম পীরে। পাওথুম অসি ফংলবদা মিঃ কুইন্টন্না লেপ্টেনেন্ট কর্ণেল স্কিন্, মিঃ গ্রিম্বুড্, মিঃ কসিন্স্ অমসুং মিঃ সিমসন্গা[২০] বেঙ্গল খোংবা অমগা মাখোই ৫জক অসি চংলকলে। ইংরেজশিংনা থুংলর-বদা মনাও ইবুঙ্গো যুবরাজনচিংহুনা মৈতৈগী অঙম্বশিংগা ইংরেজশিংগা দরবার তৌহুনা বা থম্লখি[২১]।

দরবারদা ইংরেজ অঙম্বা চীফ কমিসনারনা হায়বা বা তারগা মনাও ইবুঙ্গো যুবরাজনা থুমকই "সাহেপ নখোইনা হাইববু ঐখোইনা য়াবা লৈতে। নহানসু বেকারি পিও চৎলগে হাইশিন্নরগা অহিংদা নোংমৈ কাপ্পুনা লুপী নাহা য়াম্না শিরে। ঐবু হাৎকে তৌবনে, নখোই সরকার অসিদি বিচার চুমদে মিনমএ। থরম য়াম্না লৈতে। ৬ স নখোইনা তৌবদি নিংথৌনচিংবা লৈপাক পূম্নমক হাৎকে তৌবনে ঙমদবগী তোকপনে। নোংপোকথংবা চিংনাং খোংনাং অসি মৈ থারে। মৈতৈ ঐখোই করি লানথা লৈবগে। নখোই লান তৌগে হাইরিবনি। থাজবা লৈতে।" যুবরাজগী পাওথুম

২০ 1. Mr. J. W. Quinton, C.S.I., I.C S., Chief Commissioner of Assam.
2. Lt. Colonel C. M. D. Skene, D. S. O., 42nd Gurkha Rifles.
3. Mr. F. St. C. Grimwood I. C. S., Political Agent, Manipur.
4. Mr. W. H. Cossins I. C. S. Assistant Secretary to the Chief Commissioner of Assam.
5. Lt. W. H. Simpson, 43rd Gurkha Rifles.

২১। কোম্বুং মম্নুংদা তৌরিবা দরবার অসিদা ঙাংনখিবা অমসুং নৈনখিবা রাহৈশিংগী মরমদা ইংরেজ অমদি অতোপ্পা অমনা য়াওরুদবা অমসুং ভম্লনবা রাও-দবনা কুম্বাবা মত্তমা চান্নমা থংনিংঙাই, চাংদমনিংঙাই খোইনা লৈত্রে। রেসিডেন্সিদা লৈহৌবা কমানস্থ থংখিদে অহুনা মিসেস্ গ্রিম্বুড্সু থংদে। অহুগী মথক্তা ইংরেজ-শিং অসিদা করি থোকথরবগে থংদনা চেনথরবা কাংবুমি।

তারে। পাওখুম অসিদা অয়ানবা, অহেনবা, হায়জিনবা অমত্তসু য়াওদে। অচুম্বা মাথোইগী শাজৎনা পুথোকচবা য়াকমদা মাথোইদা ওনশিন্দুনা হায়বনি। মাথোইনা যুবরাজগী মাংনবা তৌবনি, হাংকে তৌবনি হায়বা অসিসু হেক্তিনা হায়বা বা অমত্তা য়াওদে। লৈপাক নিংথৌ মাংহনগে থৌরাংবনি হায়বদা করি লাল্লি হায়নিংঙাই লৈ? মুপী অঙাং হাংলে; লাল য়াওদবা খুৎলাই পাইদবা খুল্লক্তা হাইজিন্দুনা ময়াল লৈব্রবশিংগী মযুম মৈ থারে। লৈপাক থুগাইগে, নিংথৌ মাংহনগে তৌবা নত্তনা করি তৌবনি হায়নিংঙাই লৈরি? অদুনা মাথোইনা তাইশিন্নরসি, ফনরসি হায়রিবা মতম কংনবা, মচাক ঙাইনবা হায়শিনবা মশানা মাল্লবনি। গৌজিক কাওবা অসিদা মণিপুরনা ইংরেজদা অকাইবা অমত্তা চল্লি। কুইন্টন্না মণিপুরদা লাকপদা মতিক চামনবা মওংনা ওকই। দরবার তৌসি কৌই তৌবিদে, ইকাইবা পীদুনা মপান্দা ঙাইদুনা থম্মি, রাস য়েংগে হয়েং চৎলনি হায়রে য়েংনবা শিল্লে, বেপারিসু পীয়ু হায়রে পীরে। মাথোইগী চৎকম্না কোম্বুংদা ওইরম্মে। অহিংদা হুরানবগুম হুরাল লালনাদা লোম্না লাক্তুনা যুবরাজগীদা নোংমৈ কাপশিল্লরে, মুপী অঙাং হাংলরে, যুবরাজগী সঙ্গাই পাইশিল্লে মীগী ধর্ম্মদা লাইশংদা, লাইদা চৎপা হৌনদবা লমচৎ চৎলরে; মথং লেপ্তুনা কোম্বুংলোমদা নোংমৈ কাপশিল্লে, ঙম্লক্তবা মতমদা মীগী চৈনা অয়াকপা ফংলক্লগা লাল তোকখিসি হায়রে, তোক্লে। —অসি ফাওবদা মৈতৈনা করি অকাইবা মীনা তাবদা চুমদে হায়বা য়াবা য়াকম করম্না য়াওরি? হৌজিকসু অমুক তাইশিন্নরবনি হায়দুনা হয়াও হয়াও তৌনরনি, হোয়েন হয়েং অতোপ্পা অমা অমুক তৌরক্লরোই হায়বগী থাজবা য়াবা খুদম থিংনঙ্গাই লৈতে। অদুনা য়াবা যুবরাজনা হায়রক্লিবা বা কক্লিংঙাই লৈতবা, অচুম্বা মশানা তাবা ঙাক্তনি।

ইংরেজনা মাথোই লাল তৌরোই ফনবস হায়না তকশিল্লক্লবদা যুবরাজগা থাঙাল মেজর ( জেনেরেল ) গনা থুম্নকই "লান তোক্লগে হায়নবদি সাহেবলুক্কী নোংমৈনচিংবা থাং তা পুম্নমক ঐথোইগী সিফাই চত্তুনা ঙম্না লৌহনুগে কোম্বুংদা থমশে। ১ম্তা মাংহল্লোই বিচার লোইরগা ঙমনা লৌজখো। সাহেবকা লোইনরকপা পেংগুনসু হনহলখো। সাহেপতি কোম্বুংদা লৈখো। নথোই ৫মা ঐথোইগা ফমমিন্নসে ঐথোইগী মীদি ১০০ রোম শিরে।" বা অসি তারগা ইংরেজনা থুমখি "ঐথোইগী খুৎতু খুৎলাই পিথোক্তুনা কোম্বুংদা থম্বদি হৌনদে নথোইনা থোকপা তৌও।"

নাকল অনিগী অহায় অথুম থয়দুনা য়েংসি।—ইংরেজগা মৈতৈগা খুংলাই খোক্লরিবা খোদোক অসি হায়বদি লান অসি মৈতৈনা হৌবা নত্তে. লান লেপথিসি হায়বসু মৈতৈনা হায়বা নত্তে। ঈবম চারক্তুনা থুদোং থিরক-লদুনা লান চথখিবা য়াবগী মওং ওইরক্কবা অমসুং লান তোক্কবা য়াত্রবসি ইংরেজনি। খোকথিবা ইরাং পুম্বা কুইণ্টনদগী খোক্লকপা ঙাক্তনি। মতম অদু কাওবদা মণিপুরলোমগীদি লান চথবা ঙমদবগী মওং করিমত্তা লৈদ্রি। ইংরেজনা তোক্লসি হায়জরে অদুনা লান তোক্তুনা লেপ্পা অসি কাওবত্তনি। অদুনা লান তোকলসি হায়রবদি অচুম অরান অমা লেপ্পদ্রিবা কাওবা খুদ্ম খুংলাই পুম্নমক কোনুংদা থমখিসি অমত্তা মাংহল্লরোই হায়বদা কাহেনবা হায়বা হৌনদবা য়াওই নিংদে। খুংলাইগী ময়াইদগী ইংরেজনা করম্বা লৌনম অমা থিরগা অকাইবা অমা অমুক তৌরকখিগদগে চিংনবা চিংনকম খোকই। খুংলাই মুনগে, লান ঙম্রে খোম্মগে হায়বা নত্তে—শিজিন্নদনবা পুম্না থমসি হায়বনি। মাখোই করিসু তৌররোই হায়বগী খুদম পীখু হায়বনি। লান অঙম্বা ঙমদবদা অপাম্বা তৌ হায়না তৌহনবা লানগী নিয়মনি। মণিপুরনা তৌজিক ফাওবা ইংরেজগী ইজ্জং ঙাক্লি। পোলিটিকেল এজেণ্টসু মহারাজ সুরচন্দ্রনা মাঙাক্তদা চেনশিল্লকপদা মহা-রাজগী মীনা পাইরকপা খুদ্মু খুংলাই লোইনা লৌশিনখি। মশা ঙাক্লবগী দমক অমদি করিগুম্বা তাম্নরকপা থেংক্লবসু ঙাহাক শিজিন্নবগী মচাক ফাওবা লৈহনখিদে। ইংরেজগী মতৌগুম্বা মকুপ সরকার অমবু থৌশারমদ্রবদি অমসুং লৈপাক অমগা লৈপাক অমগগী মরুংদা লৈনবা হৌনবা নিয়ম থুগাইরম্লবদি মৈতৈনা রেসিডেন্সি তাম্না তানশিল্লকপা য়াবনি। মাখোইদা খোক্লরবা মতমদদি য়ানিংখিদে।

যুবরাজগা জেনেরেলগনা হায়বা মবোল অসিগী অরোইবা শরুক অসি অর্থ য়াম্না লৈ। বেঙ্গল খোংবা অমা য়াওরক্লিবা অসি করিগুম্বা মাখোইদা অকাইবা লাক্লগা খুদক অদুমক্তদা পাওপীনবনি। মাবু হলহনখ্রৌ হায়বদি মাখোইগী মাংনবা করিসু তৌরোই হায়বনি। তৌগে নিংলবদি বেঙ্গল খোংবা হাত্তোক্লগা লোইরে। অদুগা ইংরেজশিংবু কোনুংদা লৈখো "ঐখোইগা ফমমিন্নসে" হায়বনা শংগী মপান খোক্তসু 'ঐখোইনা' নখোইবু ঙাক্তনি, করিসু খোক্লোই, চংখিসু নত্রগা মপান খোকখিসু হায়বনা মৈতৈ লাম্মী অমসুং প্রজা মরাং হৌরে মাখোইগী শাওবা থরা নেমথখিসমু

তাকপনি। মরমদি মরাল লৈজদবা মুপী নাহা য়াওনা মী ১০০ রোম মাথোইনা হাৎপগী দমক মৈতৈনা কয়া শাওরি অদুনা শাওবা থরা নেম-থখিসন্থু তাকপনি। মাথোইগী কনবা অকাইবা থোক্তনবা যুবরাজনা তাকপনি। অদুবু রাহুনা উয়বা থাগুম ফনবা হায়বা পুম্বা কুইন্টন্না তাখিদে।

খুৎলাই পীথোকপা ওয়োই নথোইনা থোকপা তৌ হায়দুনা ইংরেজনা শিংকনবগুম কনবগী মরম নিংখিনা লৈ। খুৎলাই মুন্দুনা নমদুনা লোথু-বদি লোথে অদু নত্তনা শে লাম্হোকপদি মাথোইগী য়াম্না অকাইবনি। খুৎলাই পীথোক্লগে হায়না য়াদুনা পীরুরগা মাথোইবু ওম্বা মথক থোংবা কাংবুনা পীরকদবা লায়নাগী লায়ওং মাথোইনা মুম্না থংজবননি। মতম অদুদা ইংরেজগী পাঙ্গলনা ওইরিবা ফীবম থল্লুরগা য়েক্রুবদা অদুগী মথক্তা মণিপুর-গুম্বা পিক্রুবা পাঙ্গলদা খুৎলাই শিন্নথোকপা মাথোইদদি য়াম্না চোপ্পা মওংনি। অদুবু মতম মতম অদুদা থোক্লকপা কন্নবা হোৎনবস্থু অচুম্বা অমনি। মাথোইগী ওইরিবা খুদক অদুগী ফীবম থল্লগা অমস্থুং মণিপুরবু লৈপাক অমনি, মণিপুরগী মীবু জাতি অমনি নিংশিংলম্লগা জেনেরেল অমস্থুং যুব-রাজনা পাম্বা মওং অসিদা বা লোইনবা পংকাই কাইবা নত্তে। মাথোইগী লালগী ফীরম ফৎলক্লবা মতমদা 'করি তৌরগা' মাথোইগী মথক্তা নোংমৈ কাপ্পা তোক্লদগে হায়না কুইন্টন্না চিঠি ইখিবা নিংশিংসি। লাল লেপ্পসি হায়রবদি খুৎলাই পুম্না থমসি হায়বদা হায়মনবা নত্তে। লাল তোক্লসি নোংমৈ কাপ্লক্লগম্থু হায়বনা হায়বা য়াবা ইকাইদবা ওইরবদি খুৎলাই পীথোক্লনা পুম্না থম্স্থু থোইনা অকাইবা লৈরোই নিংই। 'করি তৌরগা' তোক্লদগে হায়বদা অপাম্বা অদু তৌরগে লাল তোক্লসি হায়বগী অর্থ অমা য়াওরি। অকনবা মাথোইনা মতুংদা অওম্বা মওংগী থবক লোথরকপা য়াই অদুগা মতম মতম অদুদা হোৎবিবা মকমদি য়েনশিনবা য়ারে। লাল লেপসি হায়রক্তনা মাথোইদা ঐথোইনা হায়জবা হৌনদে হায়দুনা শিব কাওবা শোক্লরম্নবদি অমরোমদা কনা ফজনা থোক্লমগনি। লাল অসি লেপ্পরমদদুনা নক্লগা লেপসি হায়বা য়াদ্রদুনা মৈতৈনা তকশিল্লক্লনা থুজু খুৎলাই নমদুনা মুল্লম্নবদি ফীবম অসি অদুম মক্তারমগনি। মাসি ওইথোক্লবা নত্তে ওইবা য়ানা লৈরম্নবনি। যুবরাজ অমস্থুং জেনেরেলগী বাদা য়ানরম্নবদি শিলস্থু শিবা চৈগুস্থু জেক্তবা তাদুনা অমগীস্থু অমগীস্থু কাইদবা অমস্থুং হায়ন-নিংবা বা কয়াস্থু মতুংদা হায়ননিংঙাই লৈরমগনি—পাঙ্গলনা থুঙ্কংলগে হায়রবদি থংদ্রে।

কুইন্টন্না মরাইবক থিবগা মণিপুরগী মরাইবক্তা চাইথরকপগী মতম অমতদা, মকম অমতদা তিররকদুনা কুইন্টনসু মতম চাদনা মথরাই মাংখি, মণিপুরগী লাইবক লুমিৎসু তাখি। মাহাক্কী হন্দক্কী থোংকম অসিদা কুইন্টন্না মথরাই মাংদনা করিগুম্বা হন্খরক্তি মাহাক্না হৌনদবা অকাইবা মরাম তৌখিবা, শাংবা উবগী পাঙল থাত্তুনা শোইখিবা মরাম অসিগী অমসুং ইংরেজ পাঙলনা মাহাক্কী মরালদগী চোম্না নংহনবগী দমক অকনবা চৈরাক মাহাক্কী মথক্তা লোৎমোই হায়রিংঙাই লৈতে। মরাইবক থিদুনা মাহাক্না মথরাই মাংখিবা অমসুং মাহাক্না লোইনবা কাংবুসু থাওখিবা অসিনা মণিপুরনা কাহেনবা তাহন্দুনা অমসুং তাখিদুনা মাহাক্কী মরাল পুম্বা কোকথগা মৈত্রেবু পুম্না লালহনবা থাখিবনি।

কুম্বাবগী মরোল ইথংলম্মিবা মখি অসি পারগা উবদি ইংরেজ ফম্নাইবা মিঃ কুইন্টন্না খুজু খুৎলাই পীথোকপা হৌনদে "নখোইনা থোকপা তৌও" হেক হায়বগা ইংরেজ মতাগা বেন্দুল খোংবা অদুগা তরুকমক অদুম লোইশিনখিবগুম তোরে। "নখোইনা থোকপা তৌও" হায়বগা থংননা "মনাও ইবুঙেঙা যুবরাজ কাংঙবা মেজোর ২মানা হাইএ। সাহেব ৫ পেংগুন ১ গদি ভমা উত্রা মাংদা হাংদে" হায়না পানখৎলম্মে। অনি অসিগী মতুংদা থোক-খিবা তোনখিবা পুম্নমক ইথংলমদদুনা অনি অসি হেক্তা থংনবগুম তৌবনি। অঙাই-বমক্তি অদু নত্তে। কুম্বাবগী শমজিনগনবা অসিদগী অর্থ লৌবা থাবা য়াম্না থোকই। নাকল অনি থা ভাংনরবা মতুংদা য়াংত্রদুনা ইংরেজশিংবু দরবার শংদা যম্নু হায়না থনম্নগা যুবরাজ চৎখিদুনা লালগী দমক শেম শাদুনা লৈরিবা য়েংঙুই। মরক অসিদা ইংরেজশিংনা মপান্দা থোক্লকুনা চৎনবগী তৌরুবা অমসুং কম্বা উশিত্তবগী মওং উংলুব্দগী মকম অদুদা তিল্লিবা সিপাইনচিংবা কাংবু-শিংবু অমুক্তা হেন্না শাওনিংবা পীবদগী কাজাওনা শাওদুনা তানা থিন্দুনা মিঃ গ্রিমবুড্পু হাংখি অদুগা সিম্সনসু শোকখি। যুবরাজনা চেক্লকুনা মীয়াম তানথাইরগা হিংলিবা ইংরেজশিংবু দরবারশংদা পুশিন্দুনা মাখোইবু ভাক্লনবা সাম্নিপর্ন্ম। মাসিগী অকুপ্পা থারি বিচারগী মতাং নৈনবদা থাওরকখিগনি। থা ভাংনবা হেক লোইবগা হাংৎপগী হুকুম পীদুনা খুদক অদুমক্তদা হাংখিবা নত্তে হায়বা অসি মকম অসিদা শংদোকপদনি। হাংৎপগী হুকুম অসি যুবরাজগা জনেরেলগা অনিমক্তা পুম্না পীরগুম কুম্বাবগী মরোলদগী উরে মরমদি "মনাও ইবুঙেঙা যুবরাজ কাংঙবা মেজোর ২মানা হাইএ"।

হায়না পানখৎলম্বা অসিনা অনিমক্কা পীবা হুকুমনি হায়না লৌবা তারে। জেনেরেল থাঙ্গালনা ইংরেজ হাৎনবা হুকুম পীবা ওমদে যুবরাজনা ওম্মি অমসুং যুবরাজনা য়াহবনি হায়দুনা থাঙ্গালগী হুকুমদগী লেমহৌরিবা কাংবু অদুবু হাৎপনি হায়না ইন্নবগী মরোলসু বিচারগী মতাংদা লাকখিগনি। অদুগা গ্রিম্‌বুড্‌ হাৎপগী মতিক চাবা দণ্ড তৌগনি হায়না যুবরাজনা লাওখোল্লমই খুদগী বাসু লাকখিগনি। কুম্বাবসু মতম অদুদা হায়নবগী মওংদা অদুম শম্না ইথৎলম্বনি নিংই। ইংরেজশিংবু হাৎপগী বাদি বিচারগী মতাংদা কুপ্না নৈনরসি। মাখোইনা শিরগা চথনরকপা থৌদোক ঐখোই হৌজিক য়েংখিসি। যুবরাজনা মপান থোক্লসু হায়বা য়াদবদগী ইংরেজশিংদা থৌদোক অসি থোকখিবনি হায়না সুবলচন্দ্র মিত্রগী অভিধানসু হায়রি। মাসিগী বাসু মথাদা লাকখিগনি।

ইংরেজশিংদা অয়ৌবা দশা অসি উত্রা মাংদা থোকখ্রবা মতুংদা মাইবা পণ্ডিতশিংদা শিন্নদুনা হৌনবী পুম্না তৌখি। অয়ৌবা দশা অসিমক ইংরেজশিংদা থোকহল্লমদবনা কবনি। কাদুনা থন্নবা মীওয়া নৈরবা ইংরেজ-শিংদা অসি য়ৌবা শাজৎ মৈতৈনা চৎখিবা মতিক চাদে নিংই। ইংরেজগী মরমচৎতা ভাকপিনিংভাই নৈতে থল্লবসু নৈপাকী নিংথৌগী মবা য়াওনা ইংরেজ অচৌবশিংদা হায়বদি ভারত সরকার তাক্তুনা মতিক চানা থেং-গাইনদুনা মথাগী থবক চথেরম্নবদি মাইকৈ অনিমক্কী কায়রম্মোই নিংই। যুবরাজগী বাখলদি মহারাজদা হঙ্গৎলগা মথা চৎথবা পাম্মবনি হায়না খুদগী বাসু বিচারগী মতমদা থেংনরকখিনি। অদুবু নৈপাক কাবৈগী জুংগী বাখল য়াওদবা, কৈ ফত্তে খংদবা, চরাংনবা মওংদা তোংখিবা অশ্বশিং য়াওদুনা থৌদোক অসি থোকনবা লাক্লখি নত্রগা অমনা অমগী পুক্কিং খংবদা ভাব তানদবদগী থবক ওন্নবা চথখি নিংই। রেসিডেন্সিদা পৈহৌবা ইংরেজ জুপী জুপা মাখোইগী লান্মীনচিংবা মিঃ কুইন্টন্‌না কুইনা থোরক্ত্রবদা মাখোইগী কীবম করি ওইথ্রবগে খংদনা অমসুং মাখোইবু কনগে, মরম খংগে হায়বগী বাখল য়াওদনা মথবাই কয়বগী দমক চেনখি। মাসিসু পাংত্রবা বাখলগী লমচৎনি। জুপী অঙাং অশোক অনা য়াওরিব-শিংবু চৎহনথবসু খুংলাই পাইবা সিপাই নৈনা নৈনা লান্মীগী কয়াইবা ইংরেজ রেসিডেন্সিদা ভাইহৌবশিংনা কোক্লং চংথ্রিবা মাখোইগী অচৌবশিংবু কনবগী বাখল অমতা থন্দনা ঐখোই হিংলগা লোইরে থন্দুনা চেনখিববু

পাংদবান হায়গদবমক্তি। করি খোকথবগে হায়বগী পাও তম্লুনবা মচাক্ন য়াওদনা চেনখি। মাখোইদি কোইরেং যুবরাজদগী য়ান্না হেন্না লাল্লবনি, যুবরাজদা পীখিবা দণ্ডি মাখোইদস্তু মতিক চাবা ওইনা পীকম খোকপনি। অস্তুম তৌদুনা রেসিডেন্টগী মী পূম্নমক্না চেনখবা মতুংদা মকম অদুগী যুম মৈতৈনা মৈ থাদোকখি। চাইথাইনিংবা মথৈ চাইথাইখি।

অস্তুম তৌদুনা মথৱাই মাংখিবনা মাংখি চেনখিবনা চেনখি তৌরবা মতুংদা মৈতৈ তেঙ্গোল মচা মচা মতিক চাই নিংবা লুচিংবগী মথাদা মাইকৈ মরিমক্তা লাল তানবা থারে। নোংচুপলোমদা লৈতান মেঞ্জোরনা সিপাই চামা পুদুনা চংলি; অৱাংলোমদনা লাইশ্রবা মেঞ্জোরস্তু সিপাই ১০০ গা চংলি। নোংপোকলোমদনা য়েংখোইবা মেঞ্জোরনা মাইকৈ অদোমদা ইংরেজ অমনা সিপাই থরগা চেনখিবা তানবা তেংনৌপাল ফাওবা চংলি। পলেলদা সুবিদার অমগী মথাদা সিপাই ৩০০ লোম থানা কমদুনা লৈবা থৌদোক অসি তাহৌদদুনা ইংরেজশিংনা লাকপা চেল্লকপনি খংখিদে। হান্না হান্নগী মওংদা থন্দুনা লৈবদা মাখোইনা ইনাই লাইনা সুবিদার অশাংবগা জামান্দার মাইব্যাগা লোইননা মী মঙা ফাদুনা পুখি। লাংগথেন্দগীস্তু সিপা য়াঙ্খৈ বেগারি ওইনা ফাদুনা পুখি। মথারোমদনা মনাও ইবুঙ্গো সেনাপতিগা থাজালগা সিপাই ১০০ পুদুনা চেনখিবশিং তাৱৈ। য়ৌম্নাংতেক ফাওবা য়ৌক্নরগা লম্মাংদোংদা হল্লক্তুনা লৈরে। মকম অসিদা যুবরাজস্তু মী মরিগা লোইনদুনা য়ৌরকই। লম্বী অসোমদা ইংরেজগী মরু ওইবা শরুক্না চেনকম খোকপা মাইকৈনি। অদুনা যুবরাজ মশামক লাক্তুনা ৱা জান্নৈ। ৱা তানরবা ঙাংনরবা মতুংদা যুবরাজনা পীরম্বা য়াথংদি—ইংরেজনা লেপ্তুনা লাল থেংনগে থন্দনা চেঞ্জখবদি থুনা কোম্লুংদা হল্লকউ নক্তদুনা করিগুম্বা মাখোইনা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরবদি মাংগী তেঙ্গোল থাদুনা কাছাড় ফাওবা তাম্লোকখো; অদুদা তেঙ্গোল য়ামদে মতিক চাদে থরবস্তু থুনা পাও য়ৌহল্লকউ মতিক চানা তেঙ্গোল পীরক্নি হায়না তাকপীরম্মি। মথারোমগীদি লাল লৈত্রে, চেনখিবা কাংবু ময়াং লৈপাক তাথে হায়দুনা কোম্লুংলোমদা কাথংলক্রে। নোংপোকলোমদদি লাল কাথংলক্তুনা অথোকপমদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরে হায়বা পাও লাক্লদুনা সেনাপতিনা সিপাই ৩০০ গা মাইপাকসনা ৱাখৈরাকপা দোলাইরোই হল্লবা, হাওজোংসনা য়াইস্কুল লাকপা অমস্তুং চোংথাম অয়া পুরেন মেঞ্জোরগা লোইনদুনা লাল শানখি।

অৱারোমদগী ইথু থুনা তকথৎলকইবা তেঙ্গোল অসি কাপ্তেন গ্রাণ্টনা মণিপুরগী পাও তাড়ুনা কারকই হায়বা অতুগ মরি লৈনগনি। মাইকৈ অতৈদদি অমা হল্লকই অমা অমুক লাঞ্জাহল্লি তৌড়ুনা হোৎনবদা লান লৈতে হায়রবদি অসোমদগী চেনখিবসু কারকপসু লৈতে হায়না হল্লরকখি। মরক অসিদা মৈতৈগী খুল্লক ইরঙ্গী ফাবা ইংরেজগী সিপাই ৫১ কাদোক্তা থম্বা মহারাজনা থাদোকপিখি। মাথোইনা লম্বীদা শিজিন্নবগী দমক লুপা ৫।৫৲ পীবিখি।

নোংপোক্কী লান অসিদি মণিপুরদগী চেনখিবা কাংবুগা ব্রহ্মারোমদা পাও অসি কংড়ুনা অয়াবা মথৈ কল্লুগে হন্দুনা লাকপা কাংবুগা পুন্দুনা শারকপা তেঙ্গোলনি। সেনাপতিনা লিঙ্গোংদা ঙাক্কুনা লৈরে, মাংদনা অরোংথোংদা চোংথা মেঙ্গোংগ লান থেংনরে। ইংরেজনা চোংথাগী তেঙ্গোল তকথোক্লক্লে। মী ২০ মুকসু শিরে। পাও অসি তাবদা লৈপাক থরা লাংতক্লে। লালগী ফীবমনা অসুম্না ওইরক্লবদা সেনাপতিনা মতম অফবা য়েংড়ুনা ক্ষুমিদাংবাইবম পুং ৬ তাবা মতমদা যাত্রা তৌরক্কুনা থৌবাল কৈথেলদা তেঙ্গোল শাররে। লালগী ইবাং অসি উবদা ক্ষুপী অঙাং কাইড়ুনা থরা চেটৈরে। মাংম্নাম কৈরু বগা নারেংবম লালুপচিংবগা অনিনা থৌবাল তোমজিংদা নোংমৈ অচৌবা পুথক্তুনা য়েক্লবগা কাপ্লরে। ইংরেজগী মরু হন্দোক্লক্কুনা লালুপচিংবগা বেঙ্গুল থোংবা অমগা পাল্লি। মাথোই অনিমক থরা শোকই, শিবদি শিদে। সনাখা য়াইস্কুল লাকপনা কৈথেলগী মথা থংবদা তেঙ্গোল অমা পুড়ুনা লৈরে। লালনা অসুম্না চিংনছুনা লৈরবা মতম অসিদা সেনাপতিনা লাল লাক্লিবা অঙম অথৌশিংগা থমড়ুনা ইংরেজবু হনখে। হায়না বেঙ্গলনা হায়খি। মাথোইনা মৈতৈ ঙম্মি ঙমদে থংদনা মাথোইদি হনগদবা নত্তে; মৈতৈড়ুম হনখে হায়না খুম্মকই। অসুম হায়ন হায়ননা অথোকপমগী য়ুম তুম্না মৈ থারক্লে। লালগী লৈন-রিবা মওংনা ইংরেজনা তকশিনবসু ঙমদা মৈতৈনা তকথোকপসু য়াদা লৈনরম্মি। য়াইস্কুল লাকপনা নোংঙাল্লবদা তুরেল লাপ্তোকখিড়ুনা তোমজিংগী মথারোমদা বাইখোমগী ইংথোলদা তেঙ্গোল শেমখে। ইংরেজগীনা শগোল-শেমগী ইংথোলদা শাথরে। লালনা চংশিন্নবা য়ানদনা অড়ুম লৈনরি। লাঞ্জাবা কাংবুদি ইতত্তুনা কাপ্লে।

লালগী ফীবম্না মুক্লহুনা পিরাই ঙাক্লবগী মওংদা লৈনবা অসিদা পোল্লক্তড়ুনা লাল চংলগে হায়না মশা মশানা চোংথোকললকপা মৈতৈ সিপাই

৫০ না থুপ্পুনা লৈখিবা ইংরেজ লান্মীগী মথক্তা লাক্লারে। মাসিনসু ইংরেজ তেলেগ্রাফ থুগাইবা য়াদ্রে। কিরাল হাইনদুনা কিরালগী মরোলনা মাখোইবু হনখ্রো হায়দুনা হাইরৈ মাখোইনা য়াদ্রে। টিলিগ্রামগী বাবু য়াদুনা ইংরেজ লান্মীগী মকোকচিংবদা মাখোইবু মরৈবাক্তা হনখ্রো অসোম-গীসু হনগে মাইকৈ অনি অসি কাপ্পদুনা কান্নবা লৈতে হায়হল্লুই। ইংরেজনা মৈতৈগী মথৌ করিসু লৈতে মাখোইদি হনগে লাকপা নত্তে হায়বা পাওখুম ফংলবদা সেনাপতিনা ময়ামগা অমুক থম্নবদা মাখোইনা হন্দু য়াদ্রবনিনা তাংদাংবা অমা থংনদবা য়াদ্রে, অদুনা মৈতৈগী লান চংলসি হায়না লেপ্পখি। লমদাগী ২৫ নি পানবা থাংজা সুমিত্ত থম্মরগা ২৬ নি পানবা নোংমাইজিং সুমিৎকী সুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৫ তাবা মতমদা ইংরেজগী মথক্তা মৈতৈনা লান তারে। মৈতৈ লান্মীনা মাখোইবু পুমকোই কোই-শিন্দুনা নোংমৈ কাপশিনবদা ইংরেজদা শোকহনবা অমদি মাখোইবু থুগাইবা ঙমদ্রে। মাখোইদি ইংখোল অচৌবা অদুদা কোম তৌর তৌর দুনা লৈখিবনা মাখাইনা কাপ্পকপদদি মৈতৈদা শোকপা, মৈতৈনা কাপ্পনা মাখোইদা য়োৎহনবা য়াদ্রে। কীবম অদুদা মথা অমুক লেপ্পবনা মাখোইদা নোংমৈনা কাপশিনবদা কাহদ্রবনিনা থাং পাইদুনা য়াম্নরসি হায়না লেপ্পরে। মতাং অসিগী লান অদুবু ঐখোইনা খোমজোং পর্ব্ব তাবদা সুথ্য় য়াইস্কুল লাকপগী লান হায়বা অদুনি। লান অসি খোমজোংগী লান অশেংবা পাওনা ব্রজবাসীগী অঙকপা মথৌনাগী লানগা য়াম্না নক্করে।

খোমজোংদা মৈতৈগা ইংরেজগা শোক্কখিবা লান অদুদা ঐখোইগী ইপা ইপুনা মরৈবাক্কী দমক খোমজোং তুরেল মপান্দা থুংগু থাং থুদুম চেৎনা পাইদুনা য়েক্কবা য়াম্না য়াম্না য়াহিপথিবগী বারি তাজরগা হরাও তুজুংজরবা মণিপুরগী অরোইবা লান শোক্কখিবা লৈরেংগী লৈশক তাবা অদুবু খোমজোং পর্ব্ব তাবা হায়নৈ অমসুং থংনৈ। হৌজিক্তি ইপা ইপুগী অচেৎপা থৌনা অমসুং মরিংজেল অদু তারগা ঐখোইগী নক্করবগুম তৌখে। ইপা ইপুগী ইজ্জৎ ঙাকপা, ইপা ইপুগী লংলবা মমিংদা চাউথোকচবা ফাওবা ঙমজদ্রবা মীওই ওইদুনা লৈরে। খোমজোং তুরেলনা ঈগী লৌখোং ওইখিবা লৌখোং অদুগী চেম্নবা ঈ থাংদোকখিবা অকনবা অথৌবাশিং, মরৈবাক্কী দমক মথম্নাইবু উং ওইনা থনবা নিপাশিং অদুবু ইলাই লাইনা কাওখোকপগুম তৌরে।

নিংখা তম্বনা কদাই য়৷না বাংবগে, চাওবগে হায়বা নোংমতম্সু থন্দুনা য়েংঙ্দরে। খোমজোং তীর্থ মপান্দা লৈমাইনা মোম্পাক ওইরগা অতিয়ানা কৈক্সুপ ওইদুনা থাংলেল চেৎনা পাইরগা মথা চিক্তনা য়াতা থবা অথৌবাশিংগী মবা মপাও তাজদুনা করিমক ভয়জদ্রবস্থু মিৎকী পি থরতদি শিন্দুনা লাইজগী তর্পণ মশক ওইনা কৎচবা ভয়দুনা তৌবমল থরগদি উংচবা ভয়বা তাজবা খোমজোং পর্ব্বনি। খোমজোং তুরেলনা ‘তীর্থ’ মিংথোল কংখিবা মাখোইগী মথৌনাগী মক্তবা পাওজেলনি; রামগী, সীতাগী, লবকুশগী ৱারিদি খোমজোং পর্ব্ব নত্তে, থম্বা থোইবী খোংজোং য়৷রক্তে। শ্রীরামচন্দ্রগী ৱারিদি রামায়ণনি, থম্বা থোইবী উয়সি হায়রগনা মোইরাং পর্ব্বনি,—খোমজোং পর্ব্ব, নত্তে। মরৈবাক্কী অরোইবা তর্পণ হকচাংগী ঈনা থবাইগা তোক্তুনা কংখিবা পিণ্ড, মাখোইগী মথৌনা মপাঙ্গলগী ৱারি খোমজোং পর্ব্ব নিংশিংদুনা থম্মই থৌগৎসি অমম্তুং থংজহৌসি ‘কীর্ত্তির্যস্য স জীবতি’ লেংদ্রবা অমম্তুং শোহদ্রবা পাওতাক্নি। লালতনা মণিপুর হিংদুনা পানবগী মচাক ওইরক্লবা মৈতৈগী থৌনা পানবা তত্তনা পিকথরক-পদগী লেমহৌবা থরদং অদুস্মু নোংপোক লালগী খোমজোং তুরেল মপান্দা, থৌবাল তুরেল মনাক্তা মৈতৈগী মথৌনা মপাঙ্গল নিংখা তম্বা অমম্তুং অচৌবা পুকচেল পূয়মক পুদুনা মতম কুইনগী দমক য়াহিপথে। মাখোইনা থাক্লম্বা থবম্সু মতমগী য়াক্লবা খোংচৎনা উমথে। য়াহিপখিবা অথৌবশিং অদুনা মাখোইনা নিংজবা লুনা তৌজবা মমাবু মনমদা পোদুনা মীথুৎ চলহন্দনা থমজবা ভয়য়বাদ মৈতৈগী কীবম করি ওইরমগদগে হায়বা ঐখোইনা পুমকাও কাওথরে। অঙকপনি মতমগী খোংচৎ! খোমজোং তুরেল মোইরাং খোংবি কৈথেল তায়া চেম্থখে হজত্তুনা অমুক অযোধ্যা য়৷খে অদুগা খোমজোংনা মোংকম ওইহৌরে। মীশইবগী পুন্সি হায়ববু অসিতনি।

মথংদি য়থ্য য়াইস্কুল লাকপগী লাল অমুক য়েংলসি। নোংমৈগী লালনা কামদ্রবদা থাংগী লাল চংলসি হায়না লেপ্পরবদা য়াইস্কুল লাকপনা লাল চংগে চোংথোক্লক্লে। মজা ইবুংঙো স্নাহলম্সু মপাবুংগী থৌগল ইনগনি চোংথোক্লক্লে। হৌখিবা মৈতৈ নিংথৌ কয়াগী থৌনাগী ৱারি নিংশিংসি; য়েক্লবনা কোইরবা লৈপাক মচা অসিগী মতিক চাবা অথৌবা অঙ্গমশিংগী চোকথবা নাইদ্রবা পাম্বোমগী পালল কাওগম্সি! ভরাংতগী তবুৎ তবুৎ শারিবা গরীবনিৱাজগী, ভাগ্যচন্দ্রগী, গম্ভীরসিংহগী, নরসিংহগী নমথেকপা

য়াত্রবা মখোনাগী তেমথেং-ঈনা মাহাক্কী শিংলি খুদিংদা ঈহৌরকপগুম তত্তনা চেল্লিবা য়াইস্কুল লাকপা মাহাক্কুদা মজা ইবুঙেঙাগা লানকম অসিগী মাং থাংহুনা লেপ্লগা শিবনা চোপ্পদগী চামরক হেয়া কৈ থনবা, মপা মপুগী ঈগী মমল থংবা মৈতৈ অথৌবা মশানা চংগে চংগে চোংথোক্লকপশিংগা খুৎত থাংলেল খুত্থম চেৎনা পাইহুনা নোংশাগী থোন্নাও লাওহুনা য়েক্কবা ইংরেজ তম্না চোংশিনখে। নোংমৈনা চংবা য়াত্রবা লান অতুদা থাংদা হৈবা মৈতৈনা থাংগী কদম তৌহুনা, থাংগী থোংফমদা লেত্তুনা চরায়বা নোংশাগুম অফং অকংবা য়ত্নগদবগী পাইশিনখি। মতিকচাবা নিপানা লাক্লিংখে, মতিক চাবা নিপা শংনা তুংইনখে। লেংশিল্ল স্নখা! নপা ইবুঙেঙাশং, নবুধো ইবুঙেঙাশিংগী লংলবা লম্বীদা লেংশিনবদা মতিক চাবা নিপানি—মাথোইগী মহৎত, মাথোইগী মতৌদা মৈতৈ পুক্নগী থিজ্বং লৌথোকপিরম্মু! অথৌবা মথোইগী মতৌনা, মথোইগী মথৌনানা লুপথরক্লবা মৈতৈ লাইবক্কী হিরেল অচৌবা ওইহুনা ঈরাক্লহন্দনা তোরৈ য়োনা পুনবা হোৎনবিয়্ম। চাইথরক্লবা মৈতৈ পুক্নদা নোংমদোন অতিয়া পুবিরকউ। হৈনিংবা কয়াবু থৌগৎপিয়ু, লুকখথবা কয়াবু হাইগৎপিয়ু। শিরগা লোইবা পুক্নন, শিবা তারবদি মরৈবাক্কী দমক শিবা ডম্বা তম্বিরম্মু। মেংহৌসন্নু মৈতৈ কয়া তুংদা লেপ্তুনা মমাগী দমক থবাই থাবদি অসুয়া থাবা হৌনৈ থংজহৌসন্নু। অশাবা মৈতান্দা লেৎপগুম চুঙোই থাদা কোন্দুনা থাংলেল খুত্থম চেৎনা পাইহুনা লুনা তম্লক্লবা থাংগী থাংয়ান য়েক্কবদা পীগদবগী স্নখা য়াইস্কুল লাকপা হয়া য়েংলমদনা অথৌবা শিংগা লেংশিনখে। হুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৩ তাবা মতমদা লান য়ায়বা হৌখিহুনা ইংরেজ অহুমগা য়াইস্কুল লাকপগা মজা ইবুঙেঙাগা হাকথেংনখিহুনা স্নখা অনিমক হুমিৎ চাইথখ্রবা মতমদা ইংরেজ অহুম অতুগা নোংগাখি। হুমিৎ অতুগী লানস্ত হুমিৎ তারক্লহুনা তেঙোন মকম মকমদা হজিল্লখি।

অয়ুক নোংঙাল্লকপা মতমদা ইংরেজ লান্মী লৈরম্মক্রে। মখা থোইনা চথরুবা তৌদনা য়েক্কবা চৎথে হায়নদা পেল্লহুনা সেনাপতি কোন্নু লোমদা হল্লকখি। নোংপোক নত্তবা মাইকৈ অতৈদদি হোঞ্জক ফাওবা লান থেংনদ্র—চেনখিবস্থু থেং-নদে। কাস্নু কারক্তি। নোংপোকলোমগী অসিদি লান ইলৈদা লৈরক্লে হায়বা য়ারি। মথারোমদা লান তানবদা শিমখিবা মওং ঐথোইনা থেংনখে। কাছাড় তাথে লৈক্রে হায়হুনা হল্লকবা ফাওবদা ইতত্তনা লাঞ্জাবা থারি।

হৌজিক হৌজিক মরু ওইরিবা নোংপোক অসোমদদি থেংনরবা কাপ্পরবা য়াম্নরবা ফীবম অদুদা অমুক মিকপ থোক্লকপদা য়েক্লবা লৈরমদ্রে হায়রদুনা তগোক তগোক হনগংলকপা লালওং অকবনি হায়নিংদে। লাল তানবগী বাকম নত্রে, লাল উম্নরুবা ওইদুনা তোক্লে। ইংরেজ লাম্মীনা চেনখিবা থংহৌদ্রে থংহৌদ্রসমু, চেনখ্রসমু থংলক্লবা মতমদা কদোমদা চৎখে কদাই য়োখে করম্বা মফমদা থুপচিন্দুনা করি তৌগদবগী লাক্লরিনচিংবা মুন্না থংনবা হোৎনকম থোকই — নত্রবদি থংহৌদনা মাংদা থৎলম্নবদি লাল তানবা চৎপ্রা হায়ববু লাল মুত্তুনা তোকপা য়ারিবনি। চেনখিবা য়েক্লববু পোত্থাকম থংহন্দনা মতুংদা অমুক তিত্থাং ওইরকপা য়াদনবা মমু য়ৈথেকফম থোকই। অদু নত্রবনিনা য়েক্লবদা স্বয় হোম্নবা মতম পীরে, মতুংগী তাঞ্জা ডাইদুনা পাক্লল মপুং ফানবা শিনবা ফংলে, মপুং ফাবা ডাইবা য়ারে। অমরোমদা হায়রগনা য়েক্লবগা মাইয়োক্লদুনা ইনক্লক্লনা লৈমিন্নরগা অহিংদা লোন্না চৎখিবা থেংনহৌদবগী মওংনা ফাকপবু লাল অসি জ্ঞান তানা শোক্লবা মাঙ্গে। লালনা হাকথেংনত্রবগী মমাংদদি লাঞ্জাবা কাংবুশিংদি ইত্তত্তনা কাপ্নে হায়না থেংনৈ। হাকথেংনরবা মরু ওইবা মীশক শিনরক্লবা মতম-দদি লাঞ্জাবা লৈখিদগুম তৌরে, মীডাক সম্ভ্রি মাংখিবগুম উরে। ইংরেজনা চেনখিবা ওইরমদদুনা অহিংদা মৈতৈ লাম্মীগী মথক্তা ফুজিল্লকপা ওইরম্নবদি কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরগা মুংডাইনা তুমদুনা লৈবা পাণ্ডবকী অরেম্বা লাম্মীবু অশ্বত্থামানা লোইনা হাৎখিবা মওং অদুমক তানিংডাইনি। ইংরেজনা বাথল অসোনদা খনখিদবা মৈতৈগী লাইংক ফবান। অমসু অমুক থেংসি —লালগী লালওং হৈবা হেনবা ইংরেজনা কোমদা লৈদুনা মৈতৈনা হোৎনবা পুম্বা চংবা য়াত্রবদা থাংগী লালদা লেপ্লদুনা য়াইস্কুল লাকপনা চিংবা মতম চাদনা কাইনখিবনি। অকোকপদা মৈতৈনা থেংনিংবা চেকশিন্নবদগী উম্ননিংবা মফমদা উম্নহৌদ্রে, চৎখে হায়বা ফাওবা থংহৌদ্রে। অকোক-পদা থেংনহৌরবদি মৈতৈগী নোংমৈগী থুক্লাপ মশক থংনরম্বা য়াবনি। মৈতৈনা থুং চুম্বগী মরমদা মিসেস্ গ্রিম্‌বুডকী সাক্ষি লৈ। ঐখোইনা নিংডমহৌদবনা য়াইস্কুপ লাকপা অমসুং মাহাক্কী তুংইনবা অথৌবশিং, মীগী থৌদা ডাইদনা মরনাই চোংথোরকপশিং মথংগী লালদা পাওনাগা চংমিন্নরম্নবদি থোমজোংগী লাল অমুক্তসু লংবা হেনগৎলমগনি খনবদা হেম্মা খনবা ওইগনি নিংদে। হন্দকী থোংফম অসিদদি মাথোই খরা অসিদগী মরনাই ওইবগুম থোকথে — মাথোই জোইখিংগা ফাকসু জোইথে। হৌজিক হৌজিক মৈতৈগী

নাকলদা অকাইবা থোক্তবদা পেন্দুনা তুংগী বা বন্দবা লাক্লিংবা নিপাগী থক্সবা যাৎপা নত্তনা করিস্মু ওইরিংঙাই লৈতে।

থৌবালগী লান অসিদা লাকপা ইংরেজ লান্মী কাপ্তেন গ্রাণ্টনা মণিপুরগী পাও তাবদা সিপাই ৫০ পুদুনা কাথৎলকপা লাননি হায়না মিসেস গ্রিম্‌বুড্‌না ইরম্মি। মণিপুরদগী কবোরোমদা "সাহেপ ১ নচিংবা সিপাই ৫০ মরুংগা কবোরোম চেনখিএ" হায়না কুম্বাবদা ইরিবা অসিগা লাংথবান্দা থরা লেম-হৌবা সিপাইগা পুন্দুনা কেপ্তেন গ্রাণ্টনা চিংতুনা লাকপা ওইগনি। মাখোই থরওনা মৈতৈ ফৌজ অমবু ইলাই লাইনা তৌদুনা খিংতুনা থম্বা অমস্তুং ভঙ্কথোক্লকপগী বা নত্তে। লান তানবা ওইনা চৎপা অসিদি মী ১০০ অমস্তুং ১০০ দগী তাবা খুৎ পুদুনা চৎপা ঙাক্তনি। মণিপুরদগী নোংপোকলোমদা চেনখিবা কাংবু অসি তেংনৌপল ফাওবা য়েনখোইবনা তায়রুই। চেনখিবা কাংবু অসিগা উয়রগা গ্রাণ্টনা পুনশিন্দুনা নোংপোকলোমদা অমুক কাথৎ-লকপনি। মাখোইনা থৌবাল য়ৌরক্লে হায়বা পাও থুংলবগা সিপাই ৪০০ পুদুনা সেনাপতিনা অঙম্বশিংগা থৌবালদা শাল্লকই। অয়াম্বা শরুক্লা সেনাপতিগা লিলোংদা পল শাদুনা লৈহৌংগা মাং লান্মী ৬৫ খিবগা অরোং থোংদা চোংথা মেঙ্গোরগা কাপ্লবদা মাখোইনা তকশিল্লক্তুনা নিংগী তেঙ্গোল তকথৎলক্লগা থৌবালদা মথক্তা হায়খিবা লান অসি থেংনখি। মৈতৈনা লান্মী মশিং পংহেন হেন্না লিংবা নত্তে। মধ্যম অসিদা মরু ওইনা নৈননিংবা বাফমদি কুম্বাবনদি সাহেব অহুংগা স্মথ্যা য়াইস্কুল লাকপা অমস্তুং মজা ইবুঙ্ঙোগা শিমিয়ৈ হায়না থারম্মি। ইংরেজগী নাকলনা ইবদাদ ইংরেজ লান্মী ফগ্নাইবা অমতা শি হায়বগী বা য়াওদে। ইংরেজ কুইনা শম্নংক্লবা মৈতৈনা স্কুথিল পোবোপ্লদা 'সাহেব' অঙৌবগা 'সিপাই' অমুবগগী খেন্নবা থংবা ঙম্মোই হায়বা অসিস্মু থাজবা যাৎপা বানি। উয়রগা হায়দুনা ইবা কুম্বাবনু পুন্নাল লাল্লি হায়বস্মু করম্না হায়গনি! ইংরেজনা কোংদোকখিদবা অমা, মৈতৈনা সিপাই অঙৌববু 'সাহেব' হায়না লৌরম্না। অমা ওইবা য়াবস্মু লৈ।

( ৪ )

অস্নুম্না নোংপোক্কী লান চৎখ্রে হায়দুনা হত্তক্লবস্মু মাইকৈ থুদিংদা লান লাকপ্রা য়েংনবা লাঙ্গাবা কাংবু ইতত্তনা থাই। লান তানখ্রে, লান চৎখ্রে লৈত্রে হায়দুনা পেঙ্গোক্তুনা লৈবা ঙমদে হায়বা অসিমদি ঐখোইনা থংবা ঙম্মি। মণিপুরদগী কাইদুনা হাইদোক্লখিবা অসিনা অরোইবা থোংকম

ওইগনি হায়বা মৈতৈনা থাজবা উম্মদে। লালগী মওং অসিদা নোংপোক লাল ইলাই লাইনা শান্নরকপা অমস্তুং মক ফংনা ফুক্কোক্লকবা হোৎনরক্কবা জ্ঞান তানা থবক তৌবা, শোইবা য়াদে থনবা অশিংবশিংগী মতৌনি লৌবা য়াদে। মণিপুরনা হৌজিক ফাওবদা চথরবা মওং অসি উবদা মণিপুরগী মপান্দা চৎথগদা লোইরে—মাখোইগা কন্না য়ান্নরুবা কান্নদে থন্নবগুম হৌবদগী উরি। মতম থরা শাওনরগা মতোকখিগনি, থর থেংনরিবা লাওনরিবা অদুনা অতুম লোইখনি থনবা মাল্লি। ইংরেজবু হনখ্রে হায়না তোইনা হায়বা থৌবালদা ঐখোইনা থেংনখ্রে। কুম্নাবদা ইরিবা মম্নি অসিনস্তু বাথল অসি উৎলি। লমতাগী লোইরমদাইদা থোকখিবা থৌদোক্লি, শজিবুগী হৌরকপা ৭নি পানবা অসিবাইদদি ইংরেজগী অকনবা ইরাং হৌরক্লে। নোংপোক-লোমদগী লান্মী য়াম্না কাথৎলক্লে হায়বগী পাও তাবদা মহারাজ য়াওনা থন্নবদা কুলচন্দ্র মহারাজনা মাহাক্না থল্লমবা হায়রকপা তারগা লাল অসিগী মরমদা মৈতৈনা থনবা থংবা উম্ম "সাংপগী লাল অসি তোকখিগবরা হাইববু নোংচুপ নোংপোক অরাংলম ওগী লানবাও থুংলরে। লৈপাক ঐখোইবু করম তৌসিংননো চেনবদি য়াদরে। নাকে নাকে হাইবা চোংথোক-লকও নংগী নংগী নতিক য়েংনা ফম হাপকে।" লোল অসিদগী ঐখোইনা থরদং থংবদি লাল পংকন বল্লোইদ্রা হায়না থন্নরম্বগুম তৌবা তাই। মরমদি ইংরেজনা অয়োবা দশা ফংখিবা মাখোইগী কাহেম্না মরালদগীনি অদুনা মাখোইগী সরকারস্তু থরা শাওরগা তোকখিকম থোকই থনবা য়াবস্তু লৈ। কুলচন্দ্র মহারাজনা ইংরেজগী সেপাই অকাব থাদোকখিবা ঐখোইনা থেংনখ্রে —থাদোকখিবদা নত্তনা লম্বীগী অচাশেন ফাওবা পীখি। ঐখোই শাওদ্রে নখোইস্তু শাওকহু হায়বা ফাওবা মাল্লি। অদুবু অসিমক থল্লবাদ সমত্রদা ইরাক্লরবা মীনা চক মনা পাইদুনা মথৱাই বয়বা লাক্লবনি হায়বা তারে। আসাম পূম্নমক্কী চীফ কমিসনার, মাগা লোইননা ফনা চাওর চাওরবা ফম্নাইবা ভারত সরকারগী মপাও পুদুনা মণিপুরদা লাক্লগা থুৎথেংনবা লাল নত্তবা মওংদা মথৱাই থাখ্রে। মাখোইনা লানবা লিশিং কৈথরোইদবান, মাখোইগী অকাইবা লথা মাংথগদবনি। অদুগী মথক্তা মাখোইনা অকনবনি, মৈতৈনা অশোনবনি, মাখোইনা লানবগী বাদি ইলাক লাক্লরোইদবনি। অদুনা থম্নবা নত্তনা করিস্তু ওইনিংডাই লৈতে। চীফ কমিসনার অসিগী মওং ঐখোইনা উখ্রে, মাহাক্না চাওবা ঐখোইনা থেংনখ্রে, মাহাক্কী নাপল ঐখোইদা তাকখ্রে, মানা তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা নিপানি মুম্না উৎখে। মাসি মাহাক্কী মরনাইগী

পাঙলবু নত্তে মাখোইগী পাঙলবু কিয়ু তাক্লবনি। অতুনা থম্মোইনদি বাং লাইবক্তদি নেম তাগদৌরি।

মরুদি কন্থত্তনা মখোং শোম্লগা থাদোকখিবা নোংপোক্কী লাম্মী মতোল নিংখিনা চোংতুনা অমুক্তসু ফাওরক্লে। আসতা নত্তনা অবাং অমসুং নাচুপ্তসু অপুং অপুংবা মশা মরেং ইম্নোক্লক্লে। অতুনা হৌজিক্তি মণিপুরগী অচেংবা মতম য়োরক্লে। নোংপোক্কী কাংবু অসিদদি মৈতৈনা অহানবা শোক্লরকপা লানগী মশোক্ত উবদা পুক্লিং অমসুং মথবাই চাংথংপা মওং অমসু ওইনা থোকখি। অসোয়দনা লাননা অওইবা ওইরক্লবা মতাং অসিদা মৈতৈগীসু অওইবা লান থেংনবগী থৌরাং পাইখংপদ মহারাজনা লান চংগে চংগে হায়বা চোংথোক্লক্লো মতিক চাবা চাবা ফম হাপকে হায়না লাওথোকখিবা ঐখোইনা মথক্তা থেংনখে। অসিগুম্বা চিরবা মতম অসিদনি পাওনা ব্রজবাসীনা লান চংকে হায়না অঙাইবা লৈতনা চোংথোকখিবা। চোংথামিয়ামু চোংথোকখ্রে। মতম অতুদা পাওনাদি নিংথৌশেম্বা য়াওক্লবদগী অবাকম তাতুনা কৈত্তমশংদা[২২] লৈরম্মি হায়না ঐখোইনা হৌজিকসু বারিনরি। মরম অতুনা মাহাক মতম অতুগী লৈপাক্কী মরমদা য়াওবা অমসুং থংবা নিপা নত্তে। অচেংবা মতম য়োরক্লবদা মাহাক্কী মগুণ মুম্বা থংবা নিংথৌ অমসুং লৈপাক্লা মাহাকপু কাওথোকপা উমথিদে। মতম অমদা নিংথৌগী য়েক্লবনি থল্লুরবসু হৌজিক মাতুদগী হেম্বা য়েক্লবা লৈবাকপু নিংথা তম্বু শিংনররবদা মাহাককুম্ব নিপাবু ফাওথোকপা য়ারমদে। মাহাকপু সনামাংদা কৌক্তুনা লৈপাক্কী ফীবম থংহল্লগা মশানা পাম্বা হংখি। মরৈবাক্কী য়েক্লবদগী হেম্বা য়েক্লবা লৈজবা পাওনানা বা অমা অনি ফাওবা ঙাংনদনা থুদক অতুমক্তদা লান চংকে হজংখি। মাহাক অসি তরাই তরাইনা থনবা য়াবা মীশক নংলমদে। মীনা মশক মুম্বা থংবা মশক নাইবা মীনি। মাতুগী থুদম ঐখোইনা ইলাই লাইনা থংবা য়াবদি মাহাকপু মেজর হেক্তা হাপখিবা অসিনি। অবাকমদগী থাদোকপদা ঙাইরিবা মীবু লাম্মী লুচিংনবগী দমক মেজর হাপ্পা মশানা মতিক চাদ্রবদা, মাহাক করম্বা মীনো থংদ্রবদা হাপ্পা।

---

[২২] লালহোবা য়াওক্লবগী দমক পাওনা ব্রজবাসী জেলদা লৈরম্মি। সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইদ্রবদা টিকেন্দ্রজিৎনা জেলদগী মী মথাম থাদোকপদা য়াওখি। চীফ কমিসনারগী কোম্পুং তমখিল্লকপা লানদা তোপকীলোমদা সুবদার ওইনা য়াওখি। জেলদগী পুথোকতুনা মেজর হেক্তা হাপখিবদি নত্তে।

ফনা লুবনি। মাহাক্না হন্দক ওইখিবা মেজর অসি মেজর জেনেরেলগী[২৩] থাক য়োথবনি হায়নরি। মণিপুরগী ফমথোনদা মেজরদগী হেনবা ফম থোম্নরমদবদগী ঐখোইনা মেজর কৌনবগী মওং ওইনা লৌনরি। মেজর কৌরগা কর্ণেলগী থাক্তা লৈরম্বস্থ মাওরম্মি। মেজরন কম্না চাওবগে হায়বগী খুদম অমা পীনিংই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তা মতম অদুগী ফমগী মথক মথা থাবদা ইংরেজনা মাখোইগা মৈতৈগা লম য়েন্নবগী মতাংদা নিংথোগী মথাদা যুবরাজ, যুবরাজগী মথংদা সেনাপতি, সেনাপতিগা থংনবদা মেজর—অদুক চাওবা নিপানা অমানবা হায় হায়দুনা করেম্নখি। মমৈদা থাঙ্গালন' চুম্নমদুনা মাখোইবু ওনথত্তুনা অমুক চাখি। মা'সগী শন্দোকপা মবোল'দ মতোং চাবা মফমদা নৈনরসি। অদুনা অমুক চাওবা ফম অসি মতিক চাদবা মফমদা পীশিন্দুনা লাঞ্জিংহল্লগা মথাদা থৌদা ইনগদৌরিবা কাংবুনা চিরবা মতম অদুদা পেন্দ্ববা উৎলকপা য়ারিবনি। মতুংদা লালফমদা ঐখোহনা উরকাখবনি। মাহাক্কী থৌনাদা, মাংাক্কী থৌইন-শিন্দা পেল্লবা সিপাই অমস্তুং সিপাই লুচিংবশিংনা মাহাক্না হিংলিবা মথৈ কনাস্থ মমাই ওনখিদে।

ব্রজবাসী মরৈবাক্কী থৌদা মকোক থোংদুনা লালগী দমক শেম শানবা ময়ুম কুম্নক্লে। লাল অমস্তুং লালগী থবক্না মাহাক্কী মরু ওইবা পুন্সিগী থব'ক্ল থল্লবা পাওনা লাল চৎকনি থনবনা অতোপ্পা বাখল অমস্তুং অনৌবা থৌদা ওইনা থল্লমদে। ময়ুম য়োম্নগা নিপা অমগী নোংমগী হৌনবী লাইথোক্লগা নিংগদবা শোনগদবা মবুঙেঙা শোল্লম্নগা, নিংকম্লগ ইমুং মচুং হৌনবী বিদায়

---

২৩ কয়স্বা মতমদা, করি মতাংদা পাওনাবু মেজর জেনেরেল হাপখিবনো হায়বা অসি থেংনবা ফংদ্রে। মহারাজ কুলচন্দ্রনা লাল চংলমদাইদা হাপখিবদি মেজরনি, মাহাক্তবু নত্তে চোংথা মিযাবুস্থনি। থাঙ্গালবু জেনেরেল হাপখিব'দি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিননি। অদুমক্তদা মাহাকপু মৈতৈনা, মৈতৈ পুরাণনা থাঙ্গাল মেজবত মহায়বম্মি। মেজরনা সিপাইগী ফমদা মণিপুরদা খ্বাইদগী অহেনবা ওইনা লৌনরম্মি। মেজর জেনেরেল হাপখিবগী অশেংবা মরম ফংদবনা কুম্বাবনা কৌম্বা 'মেজোর' হায়বা, অসি পাওনাদা লাই-রিক অসিদা শিজিন্নরি। অওইবমকস্থ ফমগী রাফম নত্তে, মীগী রাফমনি। পাওনানা সিপাইদা ওইরম্লবস্থ মাঙোন্দগী থোকখিবা থৌনা, লিংজেল, মরৈবাক মুংশিবগী অয়্যবা মশক ইতিহাসতা করিস্থ তাগদবা নত্তে। মণিপুরগী চিরবা মতম অদুদা পাওনা-চোংথাগী মথৌনানা কনা লেপখিদ্রবা মতম অদুদ। মৈতৈগী মমিং অমস্থং মণিপুরগী মশক মুত্রবা মরেক্লা হকশিরম্বা অদুবু'ম ঐখোইনা কাওতমদবা অমস্থং কাওফম থোক্তবা মশক ওই-হৌরিবা, ফম অমস্থং ফমথোলবু নত্তে।

তৌরমদুনা অকিংবা, শোম্বা খোংকম য়াওদনা মহৌশাগী মওং কাইদনা অকবা স্বর য়েংদুনা লালগী দমক ময়ুমদগী অরোইবা যাত্রা তৌরক্লে। কনাম্বু থম্নহৌবা নত্তে, কনানম্বু থাজহৌবা নত্তে ব্রজবাসীগী ওসিগী খোংচৎনা ময়ুমদগী মাহাক্কী অরোইবা খোংচং ওইখ্রগনি। মাহাক্কী থম্মোইদা মাহাক্না চেকশিন্না কোঞ্জবা মবুঙেঙাতনা থংই। মাহাক্কী অরোইবা থুদক্তা মাহাক্ক পামজবা মওং পীবিগদবগী মবুঙেঙানা ঙাইদুনা লৈখি। মরৈবাকপু হুংশিবা অকনবা অথৌবশিংগী মথৌবু ওক্লে মথবাই কাওবা পীদুনা মরৈবাক কনগনি—মথৌ অসি পাংথোকপা ওমত্রবম্বু য়েক্লবদা নমগন উত্তুনা মরৈবাক চোপ্পবদি শিল্লোই। মথৌ অসিগী, পুকচেল অসগী অথৌবা মশক উংকরবগী লালগী শেমশানবা সনা কোম্বুং ওম্লক্লে।

সনা কোম্বুং য়েৌবদা লালগী দমক শেম শাবা লোইরগা পাওনা ব্রজবাসী শ্রীগোবিন্দগী নাক্তা অবোইবা পাওমেনবা চংখ্রে। মবুঙেঙবু খুরুমজরগা অকনবা পাওনানা, অথৌবা ব্রজবাসীনা মবুঙেঙোগী মমাংদা অকনবতনা শক্কদবা বাশক শক্লম্ল।—হন্দক ননাইনা চংচরিবা লাল অসিদা যাই পাকচদুনা য়েক্লববু মাই-থিবা পিদুনা মণিপুরবু কনবা ওম্লগদি হঞ্জবকথিগে, নত্রবদি লালকমদা ননাইগী করিম্বু লৈত্রবা থবাই য়োগী দমক কংংথগে। হন্দক্কী অসন ননাইগী অরোইবা খোংচৎ ওইবা তারবদি অরোইবা ওইনা ননাইনা খুরুমজরি, চরণদা মকম পীনবিয়ু।—অশোনবগী পাংদবগী বাশক নত্তে, মাইথিরগা য়েক্লবনা উশিন্তনা মরৈবাক্লা মীরৈবাক্কী য়োংহিংগী চৈনা থাংদুনা লৈবা য়েংগদবগী শক্লকপুদি শিবনা চামরক হেম্না কৈ থংবা পাওমানি, খুৎত্ত থাং চেৎনা পাইরগা য়েক্লবা হাংনা হাংনা তুখিবনা লিশিংলক কৈ থংবা ব্রজবাসীনি। মাহাককুম্বা অকনবনা পামজববু ওক্লে য়েক্লবা ওমদুনা মাইপাকপা, ওমত্রে লালগী স্বর্গদা য়াহিপ্পুনা মথংগী মপোক্তা মাইপাক্লা চংথবা অসিতনি। ব্রজবাসীগী মতৌ অসি উরগা কুরুক্ষেত্রগী লালকমদা ভীষ্মদবগী বা নিংশিংদবা ওমদে। খুৎলাই পাইরোই বাশকথিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ভীষ্মগী পাঙ্গলনা তত্তনা হেক্তিল্লকপদা শাওনিংবা থাংবা ওমদদুনা দোলাই অতেকপগী কাংথোং পাইদুনা ভীষ্মবু হাৎকে লেং-শিল্লক্লবদা মোমোন নোক্তুনা ভীষ্মনা মবুঙেঙাদা হঙংখি— ইবুঙেঙো নংগী সংহারগী মূর্তি ওইবা শঙ্খ, চক্র, গদা পাইরগা অথেকপা খোলাওনা মরোল অহুম নিকহনবা শককম অত্তুবুতানি ভীষ্মনা নিংজরিবা; লেংশিল্লকউ, ননাইবু হাৎপিররো ননাই মুক্তি ফংজখ্রগে—, অকনবা অথৌবা মীগী লাইনিংদি অসনি। পৃথিবীদা লানবা লৈত্রবা ভীষ্ম লালতনা মাহাক্কী মথৌ ওইবক্তম লৈরম্বা,

মাহাক্না নিংঙরম্বা ঈশ্বরদি অকনবা অথোবগী থবক তৌবা ভগবান অদুবুনি। থোংকম অসিদা লাপ্না ইনথিবা পাওনানি।

শ্রীগোবিন্দগা বা লোইনরম্লগা পাওনা লাল যাত্রা তৌথি। পাওনা অমস্তুং চোংথানা চোংথোক্লকপা মতম অদুদা হাওবম অঙাহলবুস্থ মেজর হাপথি। লোংজাম্ব' স্তুবিদারবুনা পোইলা হাপথি। নোংপোক্কী লাল অসিদা লাঞ্জিংবা ওইনা চৎপনা মাইপাক সনা থাংথৈরাকপগা য়েনথোইবা মেজরগনি। মাথোইনা লাম্নী ১০০ পুদুনা থোবালদা লাল ঙাকপা চৎলি। পাওনাগা চোংথাগা মেজর অনিনা লাম্নী ৪০০ পুদুনা চৎলি। থোবালদা থুংনরবদা থাংথৈ পোইলাবু অহিং নোংয়াইদা ককচিং তাম্না চংনবা লেপ্লে। পোইলাস্থ লাম্নী ৩০ পুদুনা ককচিং তাম্না শানখ্রে। মথংদা পাওনানা থোবালদগী লাল চংশিন্নমদাইদা হায়রকই "মচা ইবুঙেঙা য়াইস্কুল লাকপনা চিংবা লৈপাক অয়াম্বদি থোবান্দা তেঙ্গোল শাদুনা লৈবিও। ইশেন চোংথা মেজোরগা ইবিংঙা মৈতৈ মচা নাকে নাকে হাইবা মৈতৈমচা জামান্দার স্তুবিদার ওই-রকপগা লোইনদুনা নিপা ৪০০ দি পলেন্দা চংগে তোপ অমদি পিয়ো।" পাওনাগী বা তাবদা মজা ইবুঙেঙা থাংথৈরাকপগা য়েনথোইবা মেজরগনা "তোপপু চীংথংবনা পুবদি হৌনদে হাইনা পিদে।" "অদুদি ঐথোইদি ফরবস্থ ফত্রবস্থ অদু মঙাইরে" হায়দুনা মেজর অনি অহিং অদুমক্তদা লাল চংথি।

লালগী পোমিৎ মুম্না উবা পাওনা নিংবা কাইরবস্থ নিংহম্নবদি তৌথিদে। 'নোংমা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনদে' থংবা পাওনানা শিবা তারবস্থ মতিক চাবা মতাংদা মতিক চানা শিবা করিস্থ কিরমদে। ঐথোইনা থাগদবদি মৈতৈগী অমস্তুং মণিপুরগী মরাইবক্কীনি। হন্দকী মথক্কী তোপকী থাকম অসিমক কুম্বাবদা শেংনা ইয়িবমক্ত। তোপ পীদবগী মরমদা থাজাল মেজরবু মাহাক্না পীদবনি হায়না হৌজিকস্থ মৈতৈনা য়াম্না পেমত্রি। চৈথা-রোল কুম্বাবনা ময়েক শেংনা হায়রিবা অসি লালনিংঙাই লৈতে। তোপকী থাকম অসি নোংপোক লালগী মরু ওইবা লাম্নী পৈফমদা ঙাংনবনি। নোংপোক্কী লাম্নী শরুক অসিগী লালকোক চিংলিবা মজা ইবুঙেঙা থাংথৈ-রাকপগা য়েনথোইবা মেজরগনি[২৪]। তোপ লৈরিবস্থ মাথোইগী মথুত্তা লাল

---

২৪। থাঙ্গালগা য়েনথোইবা মেজরগা সুংশিনরমদে। জেনেরেল অসিবু লৈপাক্কী ওইবা পুলিসদগী শিদোকে নিংঙ্কুনা কম্না হোৎনরম্মি হায়বৈ। মাহাক নোংপোক-লোমগী য়াম্না মরু ওইবা লাঞ্জিংবনি। অদুবু চোংথা মিয়াগুম অরাকম কংবা য়াওখিদে। ইংরেজনা পাল্লবা মতমদা লৈপাক্কী মরু ওইবা নিপা অমা ওইদুনা ইংরেজনা পানবদা য়াওরম্মি। বিচারগী মতমদা করথা মওংদা য়াওখিবগে হায়বদি খিদোকফম থংত্রি।

অসিগী পুরক্তুনা লৈরিবনি। অদুনা বাঙালগী বা চংঙকক্নম লৈতে। তোপকী বা মমৈদস্থু লাকখিগনি। মতাং অদুদা নৈনবনা মপুং ফাবা হেনগনি। অস্থুম্না মেজর অনি লাল চংশিনখে। বাংখৈ পোইলাস্থু মাং থানা চংশিনখে। নীংগী তেঙ্গোলনা মরু ওইনা য়েনখোইবনা পুডুনা লৈহৌরে।

নোংপোকলোমগী বানা অস্থুম্না অসোমদা চখনরিভৈদা আসোমদা কোম্থু দা অবাংলোমগী লানবাও লাক্লডুনা লাইশ্রবা মেজর, মাইব্যা তাম্র সুবিদার অমস্থুং লৈক্রুশাবা পোইলা অক্তম্না লাম্মী ৮০০ পুডুনা লাল ভাকপা চৎলে। নোংচুপলোমদগীস্থু "সাহেপ ১০" না চিংডুনা লাম্মী ১০০০ সগোল শামুগা লোইননা মণিপুর তম্না কাখৎলকপগী পাও থুংডুনা মজা ইংলেঙ্গো কালা সগোলহক্সবা, সনা ভাংবা লোক্রুং পুরেল, য়েনখোইবা পোইলা অমস্থুং লোং-আবা পোইলানা মৈতৈ লাম্মী ১০০০ মাইয়োক্লবা শানখিডুনা লাইমতোন চীংথক্তা তেঙ্গোল শাডুনা লৈখি। কোম্থুদনা লৈপাক্কী অঙম অবৌ পূম্নমক তিন্দুনা লৈখি। মাইকৈ অহুম অসিদগী থে চখরক্লিব থোদোক্কী পাও খুদক খুদক অদুদা ফংনবা শিন্দুনা মরোল পূম্নমক চিথদনা থংনবা হোৎনডুনা মথা ভাইডুনা লৈনখি। অসি য়ানংগী হমক লমতুপ লমতুপ কক্লগা সগোল পাও পীখোক পীশন তৌহন্দুনা লাকপা পাওস্থু থাখিবা পাওস্থু থিন্দনবা শিনখি। অস্থুম্না মণিপুর খোইরেল মশা পাইখি।

কোম্থুং মস্থুংদনা নিংথেম্না চাডেন থুমজেন য়েনখি। কোম্না থক্লোকপা য়াদবা লাল ওইডুনা চেকশিনবা য়াবা মখৈ ভুং মাং য়েংডুনা মহারাজনা শিনখিবনি নিংই। ফীবম অদু পন্দুনা য়েংবদা মরেক শেংনা উবা য়াবা মওংনি। পৃথিবী তঙ্খাই অমগী পাঙ্গলগা মণিপুর খুজোক অমগা থেংন-গদৌরিবা লালনি। লাম্মীগী মুৎলাইগী অরাংপা লৈরবা ইংরেজগা খুৎলাই অকক্লবা লাম্মী অকক্লবা মণিপুরগা য়াম্নগ দৌরিবনি। পাক চাওরবা অবা লৈপাকপু মণিপুরনা ইতত্তনা পারক্ক্টই। অবানা মৈতৈবু মণিপুরবু মুথংপা ঙমখিদে। পাক চাওববস্থু মাখেইগীস্থু অবা লৈপাক্কগী লাম্মীনি, মশিং য়াম্নবস্থু অকক্লবা অমনি হায়না লৌনিংঙাই লৈ। ইংরেজগীদি অদু নত্তে; পৃথিবীগী মক্ষম পূম্নমক্কগী পুরক্লিংবা লম্মীগী মশিং ইলাই লাইনা পুরকপা ঙম্মি। চাওরে হায়রবা অবা লৈপাকমক্কদগীস্থু মাখোইগী লাম্মী অবা মশানা পুরকপগুম পুরকপা ঙম্মি। মৈতৈগীদি মণিপুরগী লুরবা মতম অসিদা চীংদগী কাওবা ফংক্নম থোকপ মতে ফংবা ভুদগী আশা য়াম্না বাৎলম্নি। অদুগী

মথক্তা অকক্কবা খুৎলাইনা মৈতৈনা লাল চংগদৌরি, খুৎলাই অসিনা শিজিন্নবা য়ারিবা মতমগী মঙ্গুংদা লালগী অরেপ্পা থংগদবনি—মরমদি খুৎলাইগী মচাক্কা লোইথোকখ্রগা মথং অমুক ফংবগী আশা লৈত্রে। ফীবম অদুনা ওইরক্কবদা অরোইবদদি হক্চাংগা কোয়বা থাং তা-দনা পোল্লোই ওইহৌবা তারকই। অদুদসু থাংগা নোংমৈগা, তাগা বোমগা পাবদি মুংগা য়েক্নমগা কাওনবগুম্বনি। পূন্নমক অসি মুন্না খঙ্কররবদি হন্দক্কী লাল অসি মণিপুরনা শোক্লখিবা লাল পূন্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না লুবা ওমবদা বাবা লালনি। হৌবদগী মীনা অতোংবদা লেপখ্রে।

লালদি শোক্লদ্রিদ্রৈনো নিংথেম্না ওাচেন থুমজেন হান্না য়েন্থোকপসি শোইদনা মাইথিরনি খন্দুনা অমসু য়েক্কবা কিবনা হেন্দুনা চেনবগী থৌরাংনা হান্না তৌদুনা লাল থেংনবগী নাকললোমদদি ইথন খন্দবগুম তৌরে হায়বা য়াই। অনি কোয়রবদি অমনা ভুবা মশানা তাবনি—তোক্লগ্রগা তোক্লখ্রে। মথক্তা হায়খিবগুম অক্ন্বা মরম য়ান্না লৈবনা অঙ্গবসু ফত্তবসু ইথন খঞ্জিন্দবা য়াদে। মহারাজবু কিরদুনা চেনবগী বাত খন্দুনা লৈরে লোবা য়াদবা মওংসু লৈরি। মাহাক্না হায়খিবা বা নিংশিংসি "লৈপাক ঐথোইবু করম তৌশিবনো চেনবদি য়াদরে।" মাইকৈ অহুমদগী অচৌবা জেংজাল অহুম্না মণিপুর উমগদবগী মম্না কাহুনা কোন্নুং তান্না চংশিল্লকপদা লৈপাক্কী ফীবম ফজ্রে হায়বা মীপুম খুদিংনা থংনরে। চুম্নগী তেঙ্গোল নত্তে পৃথিবীনা নামা তাখ্রবসু চীংনবা ওন্নবা ইংরেজ অমসুং ইংরেজ লান্মীগী শরুক্কি। অদুনা লৈপাক অসিদা থোকপা য়াবা ফীবম খন্দবা য়াদবা মতাংনি। মাসিমসু নিংথৌ অমা ওইবগী মথৌ লৈপাক-মচাশিংবু অঙ্গবা মথৈ শোক্তনবা হোৎনবগী শরুক অমনি। মাইথিরগনি হায়বগী অকিবনা পুমকুপ কুপখ্রবা নিংথৌরা হায়সি হায়রবসু মাহাক্কী অকনবা বাকমদি "চেনবদি য়াদরে" নি। মীনা ওমখ্রগনি লাল তোক্লিংলে হায়বা নত্তে—ফীবমদি ফজ্রে অদুবু চেনবদি চ.ম্লাই, অঙবা অরৈবা পাঙ্গলনা য়েক্কবা থেংনানি হায়বনি। অদুমক ওইরবনগুম্বা মহারাজ কুলচন্দ্রগী থবক অমসুং থৌওংনা লানগাই ইশৈ শকপগী বাংক নজ্রবসু মাহাক্কী থম্মোইদা নিংবা কাহবগী ঈচেল অমাদ উবা ফংই। লাক্লিবা থোংচৎনা ফখরক্তগা খুদক অদুদা থেংনবা য়ানবা তৌকম থোকপা তৌবানি নিংই। মণিপুরগী লৈজবা পাঙ্গল অমসুং মচাক্কী মঙ্গুংদা য়াবা মথৈ শিন্দুনা লালগী দমক শেম শারে হায়বা অসিদি ঐথোইনা য়াদবা ওমদে। ফীবম্না অসি মৌরক্কবা

মতাং অসিদা ঐখোইনা চানবা পাও তানিংঙাই লৈরিবা মকমদি খোমজোং-দনি। অদুনা ঐখোইস্তু নোংপোক লান ঙাহাক য়াওরুসি।

পাওনা চোংথা পলেল তান্না লানগী খোং শান্নকপনি অদুবু খোমজোংদা তেজোল শাখি। বাংথৈ পোইলানা লাংঙথেল চীংজিন তান্না চথখিদুনা ইংরেজনা তেজোল শারিবা মকম মাখোইগী ফীবম, তেজোলগী মপাঙল শংদুনা মাহাক্কী তৌকম খোকপা তৌনবা অমস্তুং ককচিংলোমদা ইংরেজনা করিগুম্বা হায়জিল্লক্রবস্তু ঙাক্কনবগী থৌরাং তৌনবা অদোমদা চথখিবনি। মাহাক্কা ককচিং য়ৌরবদা ককচিংগী মীদা ইংরেজ কদাই য়ৌরক্লে তাবগে হংই। ককচিংনা ইংরেজদি মাংগী চীংদা লৈরে হায়না তাকপদা ঙাই-রিরৈদা আহং অমম্বদা ককচিংনা তারিবা য়ুম্নক্তা লোম্না লুমদুনা লৈহল্লম্বা ইংরেজ সিপাইনা বাংথৈগী লান্মীগী মথক্তা খুনশাং অদু শিনবা থুংনা নোংমৈ কাপ-শিল্লক্লে। থংহৌদনা খোক্লকপা খৌদোক অসি বাংথৈনা চিংনরকপা মওং নস্তে। পাওনা চোংথানা লান চৎকদবগী লেপ্লহৌরিবা মকমদি পলেলনি। মাহাক্না থুংঙরিবা ককচিং পলেল য়ৌগদবা মাইল ৩। ৪ বাংলিবা মকমনি। মাহাক্না ইংরেজ পলেল ফাওবা য়ৌরমখিরোই নিংবদা লাম্নিংঙাই লৈস্তে। থংহৌদনা য়েক্লবনা চৈনা পীরকপদা পুক্নিং হন্থখিদুনা, জ্ঞান মাংদুনা লৈখিবা বাংথৈদি নস্তে—পাওনানা মুম্না থংজবা নিপানি। পোইলা মাহাক্কী মী ৩০ গা ইংরেজ লান্মীগা খুৎথেংননা য়ান্নরে। মশামক্তা য়াওনা মী ২০ লান অদুদা তুংখি। অরেম্বনা লুচিংবনা তুখিবদা লানকম থাদোকখি। পাইরক লৌশিং লৈবা পোইলা থকংলুবা য়াওদনা মাহাক্কী মী খুজোক অদুমগা অশিবগা মাইয়োক্লদুনা অরৈবা চৈথেং পুম্না পীদুনা মাই লৈদনা য়াম্নখি। লুচিংবগী মতিকচাবা নিপা ৩০ অদুস্তু লুচিংবগী খোংকমদা লেংদনা লেপখি। খুদোংথিববু থৌশাদবা ঙম্বা বাংথৈ, অথৌবা খুজোক অদুমগনা য়েক্লবদা লাক্কদৌরিবা লানগী মওং মচা থাইনা তাক্লম্মি। অদুবু শকপিনবা শোনবিনবা য়াওদনা ঐখোইগী অথৌবা অসিমদি লানমাং থানা মৈতৈ লান্মীনা খোংকম অসিদা য়ৌরক্লরোইদবা তান্নবা মকমদা মমাগী থৌদা পাংথোকপদা অহানবা য়াহিপকম লৌখি। মতিক চাবা নিপানা মতিক চাবা নিপাগী মতিক চাবা থৌনা উত্তুনা য়েক্লবা হাৎনা হাৎনা হাৎহনখিবা ঐখোইগী চাউখোকচকমনি।

মথংদা ঐখোইনা চংগদবা মকম্না খোমজোংনি। বাংথৈনা থৌদা পাংথোকখিবা উরুরে, হৌজিক পাওনা চোংথা মেজর অনিগী থৌওংগী মতম

য়ৌরক্লে। খোমজোংগী লান পাইখত্রিবৈগী মমাংদা খোমজোংদা পাওনানা লালকম ওইরকবগী মরমদা মা অমা অনিদং থমজুনা য়েংখিনি। ইংরেজগা লান শোক্লনবা পাওনানা খোমজোংদা মৈতৈ তেঙ্গোল শাবা পেম্নদে। পেম্নকমস্তু খোক্তে নিংই। খুবম ফবা চীংথক্তা থুংলাইস্তু লিংবা হেনবা মীস্তু য়াম্বা হেনবা ইংরেজনা তেঙ্গোল শারগা মীস্তু য়ামদবা. থুংলাইস্তু নোপ্পা মৈতৈনা অকোকপা লম্পাক্তা তেঙ্গোল শাবদা লান হৈবগী মওংনি হায়না কনানস্তু লৌনিংঙোই। মৈতৈনা চীংথক্তা তেঙ্গোল শারম্লবদি ফনা লিংখিনা থাংবা য়াররমগনি থরৈ। মৈতৈনা তেঙ্গোল শাবা অসিগী মরমদা হায়নবা মরি অমনা য়েনখোইবা মেজরনা পাওনানা চীংথক্তা তেঙ্গোল শাগে হায়বদা ইকাইবা পীখিস্তু হায়রৈ। ঐখোইনা হৌজিক্তা উথে মাংথৈ পোইলানা চীংজিন য়োরকপদা মথকস্তু মথাস্তু ইংরেজ লান্মীনা থন্দুনা লৈরম্লে। মৈতৈনা যাত্রা তৌরক্লিবৈনা ইংরেজদি চীংথক্তা শেম শাদুনা লৈখ্রবনি। চীংদা কাথত্তুনা তেঙ্গোল শাক্রবা তারবদি লালদি শোক্লদনা চীং কাবা লাক্লবদা মৈতৈ তেঙ্গোল তুম্বা তাই—মরমদি পাওনানা লাঞ্জিংবনি, মাহাক চেনসিদি য়ারোই। মথংনা য়েনখোইবা মেজর লালকম অসিদা লাক্তে। খৌবালদা নীংগী তেঙ্গোল শুদুনা লৈহৌবনি—তোপ পীরক্তবগী মা মথক্তা য়াওখ্রে। খোমজোং তেঙ্গোলদি পাওনানা লানকোক থংলকপনি। খোমজোংদা তেঙ্গোল শাবগী মরমদা য়েনখোইবগী মা অমতা য়াওদে, য়াওনিংঙাইস্তু লৈতে। পলেল তাম্না লাক্পা পাওনাগী তেঙ্গোল ককচিং য়োবা য়াদবা অমস্তুং কায়দবা মরম্না খোমজোংদা তেঙ্গোল শাখি। পলেল য়োক্লবগী কায়বস্তু লৈত্রে। কায়দবতা নত্তনা অকাইবা ওইনিংঙাইনা হেন্নে। লমকৈদা চত্তুনা পলেল য়োখ্রবস্তু পাওনাগী তেঙ্গোল নীং মাং চপখিদুনা হেন্না খুদোংথিবগী মওংদা তারগনি। অদুগা নীংগী তেঙ্গোলগস্তু মরি লৈনররোই। য়েক্লবগা থেংনবা তারবদি খোমজোংদা তেঙ্গোল শাবা তারবনি। য়েক্লদনা চীংথক্তা লৈরবস্তু মাখোইনা কোম্না তৌবা য়ারোইদবা য়েংদুনা তেঙ্গোল পৈরগা য়েক্লবা ঙাক্লবা পাওনানা লাক্লখি। খোমজোং অমস্তুং লাংঙথেল চীং অনিগী ফীরেপ থংবা কনাস্তু খোমজোংদা তেঙ্গোল শাবা পেম্নোই। য়াদবা ফীবমদগী শাবনি থংলবতদা স্বর হস্তনবনি[২৫]।

---

২৫। ঐগী 'মুংশি লৈরাং অকানবা' কৌবা লাইরিক অমা মণিপুর সরকারনা কাউন্সিলগী মতমদা লুপা ৩০০_ পীদুনা কোপি য়াইচ লৈখি। ইং ১৯৪৭-৪৮ গী মসুংদনি। লাইরিক অদু হৌজিক ফাওবা লমদ্রে। সরকারদা তোইনা ইরে অদুবু

অমুম্না ১২নি পানবা অহিংদা থোমজোংদা থুংলগা ১৩নি পানবা মুমিত্তা মৈতৈ অমসুং ইংরেজগী তেঙ্গোল অনি মাইয়োক্লরে, অমনা অমগী অচেংবা য়েংদুনা লৈনরে। থুংলাই কাপশিন্নবদসু তেঙ্গোল অমবু তেঙ্গোল অমনা থুগাইবা ঙম্মদরে। অমুম্না লাইবক চাং য়েংনদুনা লৈনরক্লবা মতম অসিদা থুদোং নোংমৈনা কান্নরক্লবদা মৈতৈ তেঙ্গোল মথক্তা পঞ্জাবী সিপাইনা বমদিয়ার কাপশিল্লক্লে। "তরক কাপথরকপদি য়োদে। থরক ঙবদা তেজোন্দা তাই।" মতাং অসি থোমজোং পর্ব শকপদদি পাওনানা বমদিয়ারগী মৈনা অহুম্রক ককই হায়না শকই। কুম্বাবনা হায়বনা 'য়োদে" হায়। ইংরেজ সিপাইনা কাক্লকপা নোংমৈ অচৌবগী গুলিগী মৈনা পোক থাইত্রিডৈদা লৈপাক তাত্রিবা মতমদা মৈ নাগী শরুক করম্না ককপগে হায়বগী মওংদি কুম্বাবদা পুমথা থারমদে। লালফম অসিদা ইংরেজ তেঙ্গোলনা শিজিন্নখিবা নোংমৈ অচৌবা (ফিল্ড গন) মণিপুরগী লান্মীগীসু লৈরম্মি অমসুং শিজিন্নরম্মি। মবা ইবুঙ্গো চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদসু অসিগুম্বা নোংমৈ ৪ ইংরেজদগী লৌখি। অইবা লাইরিক মতম অতুদা ইরম্বা কুম্বাবনা হায়রম্বা য়োদে হায়বসিগী মতুং ইন্না চথ.র। অমুম্না মরিরক গুবা মক্লনা তেঙ্গোল মরক্তা পোথাইরবদা পাওনা মেজরনা নীংগী তেজোলগী লুচিংবা থাংথৈরাকপা অমসুং য়েনখোইবদা য়েক্লবগী মরু য়োরে, মৈতৈগী মক্লদি য়োবা ঙমদ্রে হায়দুনা ওইরিবা ফীবম তাক্লুনা নীংগী তেঙ্গোল তকশিনবিরক্লে, তোপসু পীরক্লো হায়না পাও অহুম্রক থারে। নীংগী তেঙ্গোল অচৌবসু থোমজিল্লক্লে, তোপসু পীরক্লে। অসোমদনা নাকল অমতগী মক্লনা য়োরব-নিনা নাকল অমতনা ফুবগী ফীবম ওইশিল্লক্লে। মৈতৈগী থৌনানা লাঞ্জিংবগী হৈশিংবনা নোংমৈগী মগুণ মাংহনবা অমসুং মপাঙ্গল হম্থহনবা ঙম্বা হৌনদবনা তকশিল্লকইবা য়েক্লবগী তেঙ্গোল থিংনবা তোপকী মথৌ অমসুং মওং হোং-লকইবা ইংরেজগী লাম্হোং ঙাক্লবা অহেনবা লাম্মী চংলক্লবমক্কি। অসিগুম্বা

হৌজিক ফাওবা মরম থংবা ঙমদ্রে। লাইরিক অদুদা "টিকেন্দ্রজিৎ" হায়বা য়াবেং অমা য়াওখি। লালফম অসিগী দমক পাওনানা তোপ পীয়ু ক্লাযবদা থাঙ্গালনা য়াথিদবগী মরমদা পুক্লিং পেন্থবা কন্না উৎখি। থৌদোক অসিগী মরম থরা মুম্না উরক্লবদা থম্না ঙম্নথরে হাবনা থংলক্লে। থোমজোংদা তেঙ্গোল শাবগা য়েনখোইবগা অমসুং তোপ পীদবগা থাজালগা মরি লৈনদবা কুম্বাবদা ঐথোইনা মিংথিনা উরে। মওং অসিদগী ইশাগী মোং থেন্নবনি।

অরোৌবী খোংকখ অসিদা নীংগী তেজোলগী লালও কনাগীসু পেয়কম ওইদে।

লালকম অসিগী মথা চন্দ্রিউৈদা মথক্তা থরসু পনথুবা তোপকী মরমদা মেজর ( জেনেরেল ) থাঙালগী বা থরদং মফম অসিদা নৈনহৌরসি। তোপকা থাঙালগা থাইদে'ক্লবদ মাহাকপুসু মশক পরত ওইরবসু থংবা চুম্মি নিংই। মণিপুরগী ওইর'ক্লবা ফীবম অসিদা মথং করি হায়না থম্নবদা লেং-থোকপা য়াদনা লৈখ্রবনি। নোংপোক্কী লালতদ' কোক জাওবা নত্তে মাইকৈ অহুম্মক্কী পুন্না থম্নবদা পোথাকম থংদনা কোন্নুংদা লৈবা অৱম্বনি। অদুনা তোপকী বাকমদদি মাহাকপু চিংশিন্নি'ডাই মরম অমতা লৈতে। শম্না হায়রবদা খোমজো'দগী কোন্নুং কাওবা তোপ পীয় হায়দুনা থারকপা অসিথক কনাগুম্বা লাঞ্জিংবা নিপানা তৌগ'নি নিংদে। অহুম্নক্তি লাইরদুনা অমুক্কং চৎপগী পাও কাওনরিউৈদা কারংগী শরুক লোইখোকখিগনি। বাকম অসি য়েৎননিংডাই লৈত্রে। কুম্মাবনা ইয়ম্বা অচুম্বনি। অদুনা থাঙালগী শককম অমুক্কং শাগত্তুনা য়েংসি। —নিপা অসি মবা ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তক্তা সোগাইজাম্বা মেজরগা য়েংকা ওইগা চেৎনা খোগলক্লবনি। সোগাইজাম্বনা তুলিহল লাম্মীগী মেজর অমসুং থাঙালনা তু'লনাহাগী মেজরনি। চেকশিনবা থবক পূম্নমক মাখোই অনিদা শিন্নরম্মি। লালগী বাকম লাক্লবসু লুরক্লবদি মাখোই অমদা নত্রগা অনি পুন্নপ্তা শিগৈ। মাখোই অনিগী মরক্তসু থাঙালদা শিন্নবনা হেন্না উই। সোগাইজাম্বা মেজর শুরচন্দ্র মহারাজগী হাক্তক্তা লৈথিদে। থাঙাল নিংথৌনা চাজি হায়দুনা মেজর হেক্তা ওইথিবা নত্তে। মথং মথং কাখৎলকপনি। নেপ্রা মেজর[২৬]না লৈথিদ্রবা মতুংদা মাহাক মেজর ওইখি। মাহাক লাম্মীতদা মেজর ( জেনেরেল ) ওইরম্বা নত্তে লৈপাক নিংথৌগী ফম্নোমদসু ফমখোল মথং মথং কারম্বা নিপানি।

মরৈবাক মচানসু মীরৈবাক মচানসু মশক মুন্না থংনথম্বা থাঙালনি অমত্তুং মাহাক্কী মগুণ থংবনা মাহাকপু হঙোইনবদা নত্তনা ইকাইখুম্নবসু উৎলম্মি। মণিপুরগী লম্মিং তুম্নিং লাই রক লাইগুগী বাসু মায়া নিংখিনা থংভ'ম্ম। অতোপ্পা লৈপাক্কা লৈপাক্কী ভমথৈগী বা লাক্লবাদ মাহাক্কী মথৌ

২৬। তুলিনাহা তুলিহল হাযবগুত্রদুনা নেপ্রা কম্পনি, চবুং কম্পনি, ম'বাৎ- সৈন্য হায়দুনা লৈরিবা খুলশিং অসিসু মতম অদুগী লাম্মী কাংলুপ কাংলুপকী মমিংনি। নেপ্রা কম্পানি মেজর অসিগী মথাদা মাহাক্তা লুচিংবনি থংনবা খোজথিবনি।

ওইনা তৌরম্মি। অমারোমদা ঙমথৈগী মরমদা থংনবদা থাজাল মেজরনা চংলি। মণিপুরগী সিমানা চখোল্লক্লে হায়বগী বাফমদা কম্ম মেংনরবা মতুংদা থাঙ্গালনা ঙম্লহনা মাহাক্না ইংরেজগী মমাংদা উরোং য়ুংঙম্মি। অমানা হাও ঙাওরে হাও তাইবিরম্মু হায়দুনা থাঙ্গালনা তাইবিরম্মি। অমাংলোমদা ইংরেজগা লমগী ঙমথৈ মুয়বদা শিরোই চীংদগী চেম্ররকপা তুরেল ইংরেজনা অমাংলোমদা চেনখিবনি অমম্লুং তুরেল অসিনা কোনবা মণিপুরগী অমাংগী শরুক অয়াম্বা মাখোইগী ওইরে হায়খি। থাঙ্গালনা লাল্লে তুরেল অদুদি নোংপোক পাংনা চেনখিদুনা অমাদা তাখিবনি অদুনা ইংরেজনা হায়রিবা লম পূম্নমক মণিপুরগী শরুক্নি হায়না কম্না মেংখি। অম্তুম্না লেপ্লবা য়াম্রবদা লাট সাহেবতা ইংরেজনা বা য়ৌরুদুনা মকমদা মেংনরুরো হায়বগী হুকুম পুদুনা লাক্লবদা থাঙ্গালগ' মকম অদু মেংবা চংমিদৈ। তুরেলগী মরু য়ৌর-বদা তুরেলনা নোংপোকলোমদা চেনখিবা উরদুনা থাঙ্গালবু অচৌবা নিপাবা ওইদবা মিনম্বা বা হায় হায়দুনা করেনমরম্বা ইংরেজ ইকাইরদুনা মেজরনা চুম্লে হায়না য়াখি। মাসিনা পেনবা ঙম্বা থাজাল নত্তে। মাহাক্না ইংরেজ অদুমক্তদা মথুংনা যেক্কুনা তুরেল অদুবু অমাংলোমদা চেলহনবা মথুংমক্না মুথংলু হায়দুনা মুথংহনখি। অদুগী মতুংদা মণিপুরগী ঙমথৈ মেংপা য়াদ্রে থংনবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী অমম্লুং মথাদা মাহাক্কী মমিং ইদুনা মুং য়ুংঙম্মি। মতাং অসি কুম্বাবদা য়াম্না শুগাইনা থারম্মি। মরৈবাক মুংশিবদা, লালগী মওং থংবদা; মথোনা ফবদা কনাদগীসু তাবা নিপা নংলমদে। অদুগী মথক্তা থোদোক খুদিংদা য়াওদবা য়াদবা মীশক ওইনা তৌরম্মি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্কী লামাইশিং উক্তগা মতম অদুদা মাহাক নত্তবা অঙম্বা অতৈ য়াওদ্রবসু য়াবগুম তৌই। মাহাক্কী মথোনাদা, মরৌশিংদা মরিংজেন্দা পেল্লবা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মাঙোন্দা মনা পীবদা অথাকপা লৈরমদে। তুংদা লাক্তদৌরিবা মচা মগু কাওগা খুং কোকপিরম্মি। মাহাক্না হেক তৌজরকপা পূম্নমক তোপ্পা লাইরিক্তা পানথংচৌ হায়না য়াথং পীবিখি। মনাদা অমা কংবদ, চাওথোকপা য়ারব খুবোম য়াই, খুদাং য়াই থোঙ্গাই মথক মথা অমম্লুং তাংবল লোই ফাওবা পীরম্মি। অসিগুম্বা নিপা অসিনা লৈপাক নিংথৌগী অকাইবা তৌরমগনি নিংকম লৈত্তে। লৈপাক্কী অরুম্বা পোংলুম পূম্নমক কোকথোংননা য়াথবা নিপা অসিবু মাহাক্কী মরাল মুম্না থংদনা অবেম্বদা চুমদবা বাথলগী খুংলাই থাকম ওইবা থাক্নবা ঐথোইজনা লান-গনি। হন্দক্কী লালগী মতম অসিদদি চহিগী মতাংনা য়ারক্তবদা থাংগী মম্নাই

শোহয়রে, শৌনাগী চৈখেং বাথলরে অদুনা থাংগী, খুৎলাইগী মহুক্তা কোক শিজিন্নখরে হায়বদি থাজবা য়ারে। নিংথৌগী ফগনি, লৈপাক্কী কান্নগনি খনবা থবক থাদোক্তবা থাঙ্গালনি। ইংরেজগী বাখোক অসিদা টিকেন্দ্রজিৎকী মথক্তা কয়া পুথৎলকইবা খোংকম অসিদা তাঙ্গা অমা চাখিদবদগী চিংশিন-খিবগুম খনবা য়াবা নিপা নত্তে। ইংরেজশিংনা নিংথৌমচাশিংগী মরক্তা কোইরেং, অঙ্গদগী মরক্তা কাংগুবা মাখোই অনিসিবুতা শিংথানরম্মি। চন্দ্রকীর্তিগী মতমদগী বা নত্তে, সুরচন্দ্র, কুলচন্দ্রগী হাক্তক্তসু[২৭] মাহাক্কী কীবম করিসু তারব্বা নত্তে। চেকশিনবা থবক্তি হায়দুনা কুইন্টনবু ওকপা অহল ওইরবা থাঙ্গাল মী ১০০ কা থাই। মথারোমদা লাল তানবদসু মরু ওইবা মকমনি হায়দুনা মাহাকপু থাই। যুগ অদুগী মী অমা হায়বা তারবদি মাহাক্তি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। অদুনা থাঙ্গালগী অরানবা শককম অমা উদনবা ঐখোইনা লাক্লকম থোকই।

থাংদা তা-দা খুজুদা খুৎলাইদা, মখৌনাদা মরিংজেন্দা, কনবদা থোৎবদা, বুদ্ধিদা লৌশিংদা মাইকৈ পুন্নমক্তা ইগুগুবা নিপা অমা হায়রবদি মতম অদুগীদি জেনেরেল কাংগুবা থাঙ্গালনি হায়নিংই। মণিপুরবু মীথাপোনবগী শানা উম্মদাই অসিদা থাঙ্গালগী করম্বা ওয়খিবা বাথলদগীনো মণিপুরগী য়োনা ফৎলোইদবা খোদোক্কী মরু ওইবা খুৎলাই ওইনা য়েক্লি। মহাক মতোমতগী মপুকখোক ওইরবদা ইংরেজনা কাইমনবগী শাওরবা, অরিবা বাথল চংলক্নুনা মতম অদুগী ইংরেজগী পাঙ্গল কাওখিবরা নত্রগা করম্বা ঐখোইনা থংবা ভুমদ্রবা অকবা অমা ওইনি খনবনরা খোকহল্লিংদবা, খোক-তনবা থিংকম থোকপা খোদোক অসিগী থোক্লনবা মরু ওইথি। মতমনা উমথবদা মীওইবনা লিখোকপা ভুমদে হায়বদু অসি ওইবা তাই। অদুসু মশাগী মরনাইগী লম্মন খুম্বগী বানি হায়নদি লৌনিংভাই লৈতে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মাহাক্কা করি তৌরম্বা, করিগী দমক করি পাইখৎলম্বা

---

২৭। চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা নোংগাখিবা মতুংদগী থাঙ্গাল মেজর লৈপাক নিংথৌগী থবক্তা চহিনগা য়ামশিল্লকপগা পোথাদুনা লৈবগুম লৈখ্রবনি। মাহাক্কা টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিগা কথা য়ানদবা মওং ওইনা তৌবা মরম্না সেনাপতিনা মাহাকপু মপান্দা মরনাই লৈখিবা পামদদুনা সুরচন্দ্র মহারাজগী হাক্তক্তা কৌখৎতুনা থবক অমুক পুহনবনি হায়বা স্যার জেম্‌স্ জোন্‌স্টোন্‌না মাহাক্কী লাইরিক্তা ইরম্মি। টিকেন্দ্রজিৎ মতম অদুদা সেনা-পতিদি অমসুং থাঙ্গালগী চহিদা লাল খোঙ্গপগী চহি অদুদা ৭৪ শুবে।

কনাগী দমক কদাই কাওবা তৌরম্বা অসিনচিংবা থিজিন্দুনা মাহাক্কী মশক মুম্না থংনবা, মাহাক্কী থাক্লা মণিপুরগী ইতিহাসতা কয়া বাংবা থিজিনবগী মতম য়ায়া হোৌখ্রবনি। ইরৈবাক মচাশিংবু ঐখোইনা কাওদনবা মাগী মাগী মতিক চাবা কন্দম পীনবা হোৎনদনা ঐখোইনা লৈথোকপা লালবনি। নোংপোক লালগী তোপকা মাহাক্কগী ৱারি অসিদি ঐখোই কাওখোক্লসি।

য়েনখোইবগী অনিংবা অমদগী তোপস্থু পীরক্ত্রে, তেঙ্গোলস্থু থৌজিল-লক্ত্রে। লালদি অরুবা ফীবম য়ৌশিল্লক্লে। চৌংদগী তোপচাও পাইবা কাংবুনা মৈতৈ তেঙ্গোল ফাহুনা থম্বগুম লৈরক্লবা মতাং অসিদা তেঙ্গোল অনি নকশিলনরক্লে। ইংরেজগী সগোল তোংবা লান্মীনা মাইকৈ অনিদা চাইখোক্তুনা মৈতৈ তেঙ্গোল কোইশিনগদবগী থৌরাং তৌরক্লে। অসিগুম্বা ফত্রবা থুবম অসিনা পুক্লিং হম্বহনবা ঙম্বা পাওনাদি নত্তে। য়েক্লবনা মাংদা মণিপুরবু উমগদবগী মম্বা কানা চংলকই, নীংদনা মীচংনা মীচং ওইবগী থৌৌ তৌথিত্রে। অদুবু নীংহম্লবা ব্রজবাসীদি নত্তে। মবুঙেড়া শ্রীগোবিন্দদা বাশক-লম্লবনি, মরৈবাক্কী দমক মথৱাই কৎখ্রবনি—ঙমলে য়েক্লববু মাইথিবা পীবা, ঙমত্রে থৌদা অদু পাংখোক্লগা লাক্লবদা মথৱাই কৎপা। হৌজিক্তি লাল-থোং শিনবগী, থৌদাবগী মতম নত্রে—থুদম উৎপগী, মাহাক্কী মীগী পুক্লিং থৌ-গৎপগী, মরৈবাক্কগী হেনব। করিস্থু লৈতে তাকপগী অয়ৌবা মতম লাক্লে। চিংশল চিশিল্লক্লগা থোইনহুম থৌবা হেনগৎলকপা পাওনানি। অসিগুম্বা চিরবা মতাং অসিদা মাহাক্কী তেঙ্গোলগী ময়াইদা থাং শত্তুনা কোইনা চৎলগা ব্রজবাসীনা হায়রকই "লৈপাক মচাশা মাখোইগী মরুনদি য়ৌরে চেন্দুনা শিবদি ফত্তে ইবাই য়েনখোইবা মেঞ্জোরনা পুকচেল ফত্তবা নিংলবোই। ঐখোই পুম্নমাক্ত হিংলরোই। মাইস্থু ওল্লরোঃ" হায়না হায়না য়েৎথাং ওইথাং থুহুম চেৎনা পাইহুনা নোংশাগী লাল্লাওগা লোইননা য়েক্লবা তম্বা চেনশিনথ্রে। শজিবুগী ১৪ নি পানবা শগোলসেন স্থুমিংকী নোংঙাল্লকপদগী হাকথেংনবা লাল থেংনবা হৌথি। স্থুংথিল স্থুমিৎ চাইথরকপা মতমদা মৈতৈ তেঙ্গোল ইংরেজগী শগোল তোংবা লান্মীনা কোইশিনথি। তেঙ্গোম্না অপিকপা ওইবনা মাংস্থ, য়েৎস্থু, ওইস্থু কুইনা থিংহুনা থম্বা ওইখোক্লমদে। পাওনা চোংথা মেজর অনি অমস্থুং সরদার অতৈস্থু মাগী মাগী মপা মপা চোংশিন্নহুনা য়ান্নরে। য়েৎনা ফংবনা য়েৎথাংনা ওইনা ফংবনা ওইথাংনা অফং অফং থাংদা হৈবা ব্রজবাসী শোইরক্লে। মাহাক্কী থাংম্নান অসিবু ইশৈদা মৈতৈনা এন্দেম

থরাম শোইবগুম হায়না থাই। মৈতৈ লান্মী পুন্নমক থক থা নাইদনা কনাদা করি থোকথবগে য়েংবা শংদনা মাগী মাগী মমাংদা লৈবা মপানগী হেন্না উথিব্রে। অতৎপা লৈত্রবা য়েক্লবগী গুন্দিদা মৈতৈ তেঙ্গোলগী মাংগী শরুক মুৎশিল্লক্রে। করি থোকইবনো কাওথবা ব্রজবাসী য়েক্লবা য়ানবা লেপ্পা লৈথিব্রে। ওইদা লৈই ওইথাংনা য়াল্লাম্ম য়েত্তা লৈই য়েৎথাংনা কক্লম্মি—অঙকপা লালগী চৈথেংনি, গুলিগী মরক্তা থাংগী অঙকপা কুম্মৈনি। অডোবা লান্মীনা মাং থারক্লনা অতৎপা লৈতনা ইংরেজ ফুজিল্লক্রে। হাৎপদা লোইবা ওন্বা বাকম ওইরক্তে। ইংরেজগীসু মাংগী শরুক্তি য়াম্না শোক্লে। খুংলাইদসু বাৎপা মীশিংদসু য়ামদবা মৈতৈ তেঙ্গোল ইংরেজ লান্মীনা নীংঙ্মৌনা কোই-শিনখে। কীবম্না অসি য়োরক্লবা ফাওবা অসিদা মৈতৈ কনানসু য়ামবা তোকত্রি। অদুবু অসুম্না মীওইবা শি হায়বা কাওথোক্তুনা শোক্লরকপা লাল সুমিৎনা চাইথথবা মতমদা হাৎমন্দুনা হাৎপা হঙ্গোইরকপগী মতৌগুম পাওনা ব্রজবাসী মৈতৈগী, মণিপুর অতিয়াগী, নিংথা তম্বগী অরোইবা সুমিৎ থোমজোং তীর্থ মপান্দা থাংলেন অনি খুজুম চেৎনা পাইদুনা যমা লৈমগী তম্পাক্তা অথোবা য়াহিপ হিপথি।

ব্রজবাসীনা য়াতাথিবদগী মণিপুরগী দমক লেপ্পিনবা কনা লৈথিদবগুম তৌথে। পাওনাগী শাগোয়থিবা অকনবা ৪০০ গী মসুংদা চোংথা মেজরগা অশোক অনা য়াওনা মী ১০০ রোম হিংথি। অঙকপা থৌনানি—অকিবা লালফমনি। মৈতৈগী, পাওনাগী চৈথেং উবদা ইংরেজ তুজুংদবা ওমথিদে। মথংদা অসিগুম্বা কয়া লৈরমথিগদগে থন্দবা ওমথিদে। ইংরেজ তেঙ্গোলনা পাওনানা তুবগা লেমংৌবা লান্মী থরা অদুবু তায়বা লাক্লরমদনা চীংগী চীংথক্তা চীংগী মতেং লোনবা থুনা হক্তিনথিবগী মরম অমদি পাওনাগী অঙকপা চৈথেং অসি ওইগনি। পাওনা অান মরিদং থেংনরবদি কোম্বুং য়ৌবগী অাশা অসোমগী ইংরেজ লান্মীগী লৈরংদে। মীশিং অমসুং খুৎলাই মায়না শোক্লরল্লবদা অমদি খুবম মায়রল্লবদা ইংরেজনা পাওনাদগী লিৎশিনথিনি অমসুং মথবাই পুদুনা লাইনা হনথিনি হায়বগী বাথল লাম্বা থরা মবাই। পাওনাবু ঐথোইগী হোরেসস্‌নিবু কৌগদ্রা নাইতোম চেনথিবা নিপানিবু হায়গদ্রা লাম্বা থিবা বানা থোকই। হোরেসস্‌না টাইবর তুরেলগী থোংথোংদা মথুৎ চাবা খুৎলাই পাইদুনা মরৈবাক্তী দমক মথবাইবু নাপিগুম থনথি অমসুং মরৈবাক্তা য়ৈথাই থিজাইবা থোক্লরোই থংলবতদা মশাগী থনথি। ঐথোইগী পাওনাদি

খোমজোং লম্পাক্তা লালঙমগী খোঙ ডাকপদা মথবাই ঙাওবা কংখি। হোরেসন্‌কী তুংদা লেপ্পা মরৈবাক্কী তেঙ্গোলনা মাহাক্কপু খৌয়াংনা মথবাই থানা ডাইখি। মাহাক্কী মর্থৌনানা মরৈবাক কনবগী তৌবিমল থংবা উংখি। ঐখোইগী পাওনাগীদি তুংগী তেঙ্গোলনা মাহাক্কা তৌরিবা মথৌ, মাহাক্কী থৌনা অমম্তুং মরৈবাক্কী দমক মথবাই কংপদা নাচুংবিখিদে। ঐখোইগী ইরাইবক থিমনা ঐখোইগী হোরেসন্‌তি-লাজঙম কিয়াল পুরক্তুনা মৈতৈ অতিয়া পক্কা হাইরবা ঙমখিদ্রে।

নত্রগা খোমজোংগী লালবু বালাক্লাভাদা লাইট্‌ ব্রিগেড্‌কী লালগা চাংদমদুনা অমুক য়েংসি। ইংরেজগী লাইট্‌ ব্রিগেড্‌ শগোল তোংবা লান্মী ৬০০ না শাবনি। ঐখোইগী লাইট্‌ ব্রিগেড্‌তি খোংলান্মী ৪০০ না শাবনি। অরানবা অমদগী অশোইবা হুকুম অমা ফংবদগী ইংরেজ লাইট্‌ ব্রিগেড্‌ অশিবগী থয়াংতা চোংশিনখি। পাওনাগী লান্মী ৪০০ গী লাইট্‌ ব্রিগেড্‌ অশিবগী থয়াং শেগাইগে খন্দুনা য়েক্লবা লান্মীগী সমত্র নৈথাইবা চোংশিনখি। চংশিল্লিবা খোংফমশিং অশিবগী থয়াংনি হায়বা ব্রিগেড্‌ অনিমক থংই— অদুবু মাখোইগী মথৌদি মমা লৈপাক্কী খৌদা পাংথোকপা নত্রগা মথবাই থাখিবা অসিতনি। রুশকী তোপ মমাংদা থৌজিনখিবা ইংরেজ লাইট্‌ ব্রিগেড্‌নি—ইংরেজগী তোপ মমাংদা ইংরেজ শগোল লান্মীদা চেনশিনখিবা মৈতৈ লাইট্‌ ব্রিগেড্‌নি—থুংলাইনা থাং অমম্তুং পাওনাগী অঙকপা থৌনা। পাওনাগী লাইট্‌ ব্রিগেড্‌তগী ফংখিবা চৈনানা ইংরেজগী নোংপোক তেঙ্গোল কোম্মুং হায়া পাইবা ঙমখিদে। অমগী লম্বীদা মাইল ২০ মুক্তা ডাইরবা নোং-পোক্কী তেঙ্গোলবু চীং লান্দুনা লাকপা নোংচুপকী তেঙ্গোলনা হানখি। খোংকাপ থুদিং, লমতুপ থুদিং পাওনা অমা খোরকখিদ্রা কীবনা অসোমগী ইংরেজনা খোংকাপ মশিং থিদুনা লাকপদা কোম্মুং ঙম্মা থুংডবা ঙমখিদে হায়নিংই। অদুগী মথক্তা ঐখোইনা উরকখিগনি নোংচুপ অমম্তুং অবাংগী ইংরেজ তেঙ্গোলশিংদি থুংলাই শিজন্নবগী মতাং ফাওবা থেংনখিদে। নোংপোক্কী তেঙ্গোলম্তু খোমজোংদ। কুইনা লৈরম্বাদি নত্তে।

অমতা ডাইবা মৈবিক্তুম্বা পাওনা অয়োইবা মথৌ পাংথোকথে, ইংরেজনা খুকউ শেনাখ্। অওইবা থোকইবনা পাওনা তুবদা নোংপোক্কী লাল লোইখে। নীংগী তেঙ্গোল খোমজিল্লক্তে, লেপহৌবা মফমদা লেপকে হায়না ফাওবা থনখিদ্রে। অদুবু অমুকন্তু হায়নিংই—ব.ল ক্লাভাগী লালঙমদা

লাইট ব্রিগেড্‌কী খোংকমগা খোমজোংগী লাইট ব্রিগেড্‌কী খোংকমগা করিমতা খেনস্ত্রে, লেনবা হায়নবু মীশীনা মখৌ পাংথোক্লরগা পাওজিনবা হল্লকপা, ঐখোইগীনা অরোইবা খোংকমনি উৎলগা, মীগীনা হুকুম পাং-থোকপদা অশি-থোংদা চোংশিনবা, ঐখোইগীনা অশি-থোং শিদোক্কে হোৎনবদা খৌইনশিন কাওবা কংদবা ; মীগীনা থাক কাথৎখিবা ঐখোইগীনা য়োৎহিং কংহৌবা – অসিমখৈনি। অওইবমক্তি পাওনামক লৈরমত্রবদি নত্রগা মাবু কাওথোক্লয়বদি ঐখোইগী লাইট ব্রিগেড্‌কী থৌনা তৌবা ভবা উবা কংলমগনি নিংদে। অসুম্না মৈতৈ তেঙ্গোলনা মাইথিরক্লনা অশিবা অশোকপা নত্তবা কনা লালকমদা লৈহৌত্রবদা ইংরেজ লুচিংবনা ইউনিয়ন জেকনা কুপ্ত্‌না লালকোকচিংবা নিপা অমদা উৎকম থোকপা ইকাই খুম্নবা পাওনাদা উত্তুনা সনামী পীরম্মি হায়না বারী লিনৈ। অদুবু কদাই কাওবা অচুম্বনো হায়রবদি হায়বা ভমত্রে। ইংরেজশুবা জাতিগী লুচিংবদগী ওইরদা য়াবা মওংদি মাল্লি। লালকমদদি য়াম্রিবা মথৈ য়েক্লবনি, খুৎলাই থাখ্রবা, তুথবা মীদি য়েক্লবা ওইদ্রে ; অশিবা অশোকপবু মাইকৈ অনিমক্কা চপ মান্নবা থল্লি, মীচং য়েক্লবগী বাখল থম্লদে। ইংরেজ লুচিংবনা স্বর্গগী লমী তানখবা মৈতৈ অথৌবমু ইকাই খুম্নবা অসিমক পীবিরম্লবদি মাহাকপু ঐখোইগী থাগৎনকম্মি।

নীংগী তেঙ্গোল মজাইবুঙেঙা বাংখৈরাকপগা য়েনখোইবগনা পুহৌবা পাওনা তুবগী পাও কংবগা তোপকা লোইননা কোম্নংলোমদা চেনখৎখি। চেনখৎপা অসিদা তোপ য়াওই য়াওদগী বাদি কুম্বাবনা পল্লমত্রে। হুন্দোক্লম্মি হায়বস্থু য়াওদে ; অদুনা পুরুক্ষম থোকই হায়দুনা 'লোইননা' চেনখি হায়রুবত্তনি। পুদুনা চেনবদা কনা খোংলৌরমগনি নিংই। ইংরেজ তেঙ্গোলনা চৌংদা মাখোইগী কোরদা মুমিৎ তারমদাইদা হজিনখিবগী মরম লৈবা মাল্লি। মাথোইনা লাঙ্গাবা, তাম্নবা করিমতা তৌথরমদবগী মরম করি ওইবা য়াবগে য়েংসি। নীংদা লৈহৌরিবা তেঙ্গোলনা ফুজিল্লক্লবদি চোকথরবা মতম অদুদা মাথোইগী খুদোংখিবা ওইনিংঙাই লৈ। অকোকপা তম্পাক্লনা মাথোইগী অমুক্কা হেন্না খুদোং খিনিংঙাইনি। অত্তেম্বা মকমদা থেংনত্রবদি মাথোইদা ঙাকথোকপা লাইনা থোকনি। লাল লাক্লগা অমুক লাইনা গুলি অমা কাওবা কাপ্লমদনা নীংগী তেঙ্গোল কাইখিগনি খংলম্লবদি শগোল ভোংবা' জাম্মী ১০।৩০ দং থারক্লনা থমকা তৌরক্লবদি নীংগী তেঙ্গোল মাখোই

মশেল নেংখাইনদুনা শিবা নাবা কাওবা থোক্লবা য়াই। শিজিন্নকম খংদনা লৈরম্নবা মৈতৈগী তোপপু লোক্লমগনি। থোদোক অসিবু থরা পুক্রিং চংনা য়েংশিনবা থুদিংনা শোইদনা উরবা অমম্তুং থনগদবা মওংনি।

লানবা ওইরকইবা কীবম করম্না ওইখিবনো অমম্তুং করম্না মওং অসি য়েখিবনো হায়বগী মরম ওইবা য়াবা থন্না নৈনদুনা য়েংসি। ইংরেজনা মাইকৈ অচুম্বদগী লান তারকপা তেঙ্গোলশিংগী মরক্তা নোংপোক্কীনা থাইদগী অরুবা মাইকৈনি। তেঙ্গোল অসিনা মণিপুর থরম্তু নক্লে, লম্বী-থোংম্তু ক্বা হেল্লি, লাম্মী থুনা কংবগী মথক্তা শেম শাবম্তু অসোম্না হানখি। অদুনা অচৌবা তেঙ্গোল অমা থুংলৈ থুনা পুশিনবা ওম্বগী থুদোংচাবা হেল্লি। অদুগী মথক্তা অসোমদা লান ইলেপ লেপ্লক্তি হায়বা য়াই। কাছাড়রোমদা চেনখিবা ইরেজ কাংবুনা থ খিদ্রৈভৈদগী হৌনা য়াম্নবা হৌরবনি। অম্তুম্না চেকশিম্না লিংনা মথং মথং থোমজিন্দুনা লাক্লিবা তেঙ্গোল অসবু পাওনা ব্রজাবাসীনা মী ৪০০ পুদুনা মাইয়োক্লখিবা ঐথোইনা থেংনখে। নীংগী তেঙ্গোলনা কম্না চাওবা নোংপোক্কী তেঙ্গোলনো মপাঙ্গল কম্না চাওনা লাকপনো হায়বগী মওং মতৌ থংনবা লম্বী খিখিদে, খিনবম্তু লাক্লখিদে। ইংরেজ তেঙ্গোল চীংদা পৈবনি। মৈতৈ তেঙ্গোলনা থুদ্রিভৈগী মমাংদা শেমশাবা লোইরম্নবা ইংরেজনি। মিংনা উদুনা তেঙ্গোল অসিগী মওং লাক্লবগী উপায় লৈরমদে। অহানবগী অথোকপমগী তেঙ্গোলনা মতিকচাবা লানগী হৌনবা মওং কাইহন্দনা য়েক্লববু মরু ফুক্লুনা মাংহম্নবা হোৎনরম্নবদি মৈতৈনা পলেল তাম্না চত্তুনা চীংথক্তা ইংরেজ ভাইবা ওম্নমগনি; অদুগা করিগুম্বা মাথোইনা কৈদোক্লুনা ককচিং তাখিনবা হোৎনরম্নবম্তু পাংথোকপা ওমদনবা শিনবা লাইরমগনি। মাসিগী থুদোংচাবা, মৈতৈগী থুবম ক্বা য়াবা অসিমা অরেম্বদা মাংহনখি। তোপ্তুদা, থুংলাইতদা, মশিংতদা মৈতৈদগী হেনবা নত্তে শগোল লাম্মী মপুংকানা য়াওরকপগী থুদমম্তু লৈ। কুম্বাবগী মরোল পারগা ঐথোইনা থংবা ওম্মি—"১৪ নি শগোলশেন্দা নোংভাল্লক-পদগী হৌনা শোকনববু কুমিদাং য়ুথক্কী মতম য়োক্লবদা সাহেবনা চিনথংনা শগোনতোংবা মম্নাম্না মৈতৈবু কোইরে।" অসিগুম্বা লানওং অমম্তুং উজোম নীংগী তেঙ্গোলনা থংনবা হোৎনখিদ্রবনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তগী হৌরদুনা অচৌবা, অকনবা লান কৌবা য়াবা লান মৈতৈ সরদারসিংনা উখিদ্রে। চহি ৪০ রোম ইংনা পাম্নবা মতুংদা পৃথিবীগী নাইতোম পাজালনা

লম্মন থুম্বগী অকনবা পুক্নিংগা লোইননা তকশিল্লকইবা মওং বাথলনদি লাম্বা ফংঙমগনি নিংদে। চীংগী লাল থরা, নিংথৌ ওইনিংবগী লাল থরা উথিবা অদুদি 'লালগুম্ব' হায়বা অদুনি। নীংগী তেঙ্গোলনা অসিগুম্বা লাল মচাশিং অসিদগী থরা চাওববু নোংপোক্কী তেঙ্গোল অদুনি থন্দুনা অথয়বা নিপা ৪০০ পুথিবা পাওনাদা অরুবা ওইগনি হায়বা থাজরমদবনু য়াই—তোপ অমসুং লান্মী থোমজিনবা ওইজনিংঙাই লৈতে নিংঙম্ব য়াই; মাসি অকবারোমদা থন্দোকপগী বানি। থবক্কুদি অদোমদা উংথিদে। পাওনাগী মতেং পীথিদ্রে, মাহাক ভুখ্রে তেঙ্গোল মুংথরে, মাথোইনা অমুক থিংগে হায়থিদে। অমরোমদা অমুক থল্লগা পাওনাগী পাওদগী থংলিবা লাল মওং অদুদা তোপ পীথ্রগা মীনা লোকথিনবা অমসুং লান্মী থোমজিল্লরগা থোইনা হেন্না শোক্রবা ওইনবনি থন্দুনা য়েনথোইবনা অমতা য়াথিদবা ওইরবদা নীংগী তেঙ্গোলদি লাল শোক্লবা লাকপা নত্তবা পাও তাবা ভাবোক ওইবা লাকপগী মওং ওইগদৌরি। পূম্নমক অসি ইনৎনজ্রগা য়েনথোইবনা পাওনাবু চিংনজুনা মাহাক্না হায়বা য়ারক্তবা ওইরবসু য়াই—মাসিগী মরমদা মতাংচাবা মফমদা নৈনরকথিনি।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লাল অদু ঙম্নবা শোক্লগে, অরৈবা অঙম্বা পাঙ্গলনা থিংগে থল্লম্নবদি পাওনানা হায়রকপা ঙাইগদবা নত্তে, মতিক চাবা নিপা নত্রগা মশামক চত্তুনা লালগী হৌজিক হৌজিক ওইরক্লিবা মওং খাতুনা, লালকমদা পাওনাগা তান্নহুনা থুদক থুদক অদুদা থেংননবা থিংননবা লাক্লরমগদবনি। মথক্তাই ফাওবা শিংনজুনা লেপ্লিবা পাওনাবু অরেম্বদা চিংনজুনা, অরেম্বদা মতম মাংহনথিবা অমসুং লালকমদা য়েক্লবগা মাইয়োক্লরবা নিপাদা পুক্লিং হুঙাইতবা পীবা, পুক্লিং হন্থনবা শাজং চৎপা লাল-কোকচিংবা নিপাগী মতিক চাদে। তোপকী মগুণনা মৈতৈনা পাম্বা মওংদা চথবা বারক্লবদা ইংরেজ লান্মীনা মথং মথং চীংদগী শংগোল লান্মীনা মাং থাজুনা নোংমৈগী গুলিনা নোং চুবগুম হৈথরক্লবা, সমত্রনা ঈহৌরকপদা ঈথক্ল মপৈ মপৈ লাকপগুম ইংরেজ লান্মীন ঈথক হোরক্লাদা মপুক্লিংদা চৈনা ফংলবা পাওনানা মিৎচি ফাওবা লৈরমদনা চোংশিনথিজুন ঈথক মথং মথং থুগাইরকপদা মমৈদা ঈথক্লা য়াম্মন্দুনা ঈরাক্লথ্রবতদা লাক্লিবা লাল অদুগী মশক নীংগী তেঙ্গোলনা থংথি। কুম্বাবগী লোল নিংশিংসি—নোং ঙাল্লকপদগী হুমিৎ চাইথরবা ফাওবা লেপ্তনা য়ামথিবা লালনি, ঙাহাক্তগী বা নত্তে। পাওনানা হোৎনরম্ব, লালগী মওং অমসুং ইংরেজ তেঙ্গোলগী মপাঙ্গল নীংগী তেঙ্গোলনা থংলক্লবতদা পোৎ য়োম্বা নত্তনা অতৈ অমা তোগে থল্লমদ্রে। পাওনাগী মবা তাজুনা অপুনবা

থুৎচিংনা অরৈবা পুন্নমক চুরন্নবদি লালকম অসিমগীদি লাইবক য়েংনবা মান্না লৈরম্মি নিংই। অদুবু অথেনবা অমস্তুং ওন্নবা বাথলনা খুত্তগী নাম্থোকখি। মণিপুরগী অৱাবা ওইহৌরিবনা থোমজোংগী তেঙ্গোলনা মরাই হেক চাইথ-খিবগা ইংরেজ খিংননবা অমস্তুং থেংননবা মৈতৈগী মথৌনাস্থ মরাই চাইথখি —চাইথখিবতা নত্তনা মৈতৈগী মথৌনাগী মিহুল পাওনানা পুখিবগুম লেপক-দবগী মওং হৌখি। নীংগী তেঙ্গোলনা চেনথংলিবদা মাইকৈ অতৈগী তেঙ্গোল-শিংদা, কোন্নুংদা লালগী দরবার তৌরিবা কাংবুদা নিংবা কাইবগী, নীংহন্নবগী, আশা মাংখিবগী অকনবা বাথল অমা পীখি। চগ্রিং অমনা চেক্কোক অমা মাংথোকখ্রে—শিংগাইশাক অমনা হি লাকখ্রে। মণিপুরগী মরাইবক থিবনি।

নোংপোক্কী লালদা মৈতৈনা ইংরেজগা হাকথেংনদুনা থৌবালদা ককচিংদা, থোমজোংদা মৈতৈ থুজোক অমমম্না ইংরেজদা শক তাক্লম্লে। অসোমগী লাল অসি নত্তনা মাইকৈ অতৈদা, কোন্নুং মমাদা নত্রগা করিগুম্বা মকম অমদা ইংরেজগা মৈতৈগা লাল অমা থেংনখিবগী বা চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লমদ্রে। মীগী লাইরিক্তি থম্মদুনা ঐথোইগী লাইরিকমক্তা পল্লমদবা অমা অমুক পেক্লখিবনা পল্লমদবনি। নত্রবদি পাওনাগী, বাংথৈগী, মাইস্কুল লাক-পগীস্থ পল্লক্ষম থোক্কে। অদুনা থুংথোক্লখিব লাল নোংপোক্কদনি। নোংচুপ অমস্তুং অৱাংদা মতম অদুদা শিংথানরিবা, লৈপাক্ল, নিংথৌনা মুন্না থংবা নিপাশিংনা লাঞ্জিংখি। পাওনাগুম চোংথাগুম ঙরাংদা লাল ঙকমাদা নমহাপ হাপ্পা মেজর নত্তে। বাংথৈগুম্বা পোইলা নত্তে। অদুবু মতম্না ম্রাখিদবনা, মৈতৈনা অমস্তুং মণিপুরনা মরাইবক থিবনা মাথোইগী থাংহাই, মথৌনাগী কুম্মৈ উবা ফংখিদ্রে। মতাং অসিদা কনা কনাগুম্বগী পুক্লিংদা মণিপুরগী খৃঃ ১৮৯১ গী লাল চান্নমক লাল ওইনা শোক্লখিবরা হায়বগী বাহং অমা হেক হেক থোক্লকই। মণিপুরদা থোকখিবা লাল অসিগী মরমদা মুন্না য়েংশিনবদা লৈপাক অমগা লৈপাক অমগা, তেঙ্গোলগা তেঙ্গোলগা অঙবা পুন্নমক হেংনদুনা থেংনখিবা মওংদি নত্তে হাধবা তাই। নাকল অমতনা ফুবা, নাকল অমতনা ফুজিল্লকপা, অৱাই অথুম ইধাও মাওদবা ফীবম লানা উই। অদুদা ঐথোইনা নিংশিংদবদি পৃথিবী তম্মাই অমদগীস্থ শিংনা পাল্লবা ইংরেজ পাঙ্গলগা মণিপুর থুজোক অমগা থেংনখিবা লালনি। কুপ্পা হায়রবদা মণিপুর থুজোক অমগী লাম্মী থুজোক অমগা থেংনখিবনি। অপিকপা অশোনবা লৈপাক্তি হায়দুনা ইংরেজনা উশিত্তদুনা কারল কম্না চনশিল্লক্লবদা

শিরবসু অদু মতাইরে হায়তুনা চোংথোক্লকপা মণিপুরনি। মৈতৈনা ইংরেজ পাববু শোইদনা ওমগনি থন্দুনা পাবা হৌনদে মাসি হাপ্রবসু য়ারবা বাফম্নি। জাতিগী, মরৈবাক্কী ইকাই খুম্নবা ওাক্লবগী দমক ওমজবা কৎসি থৌরাংলম্নতনি। মৈতৈ ৪০০ তনা পাওনাগী শিদোকপা য়াত্রবা মথৌনানা, পাঙ্গল চাওরবা ইংরেজ তেঙ্গোলগা হাকথেংননা শাংলবা তুমিৎ অমগী চাওরবা শরুক অমা মমাই ফাওবা নৈদনা ওাক্লম্বা ইতিহাসতা অতাংবনি। মাহাক্কুম তৌখিবা হায়রগা লিওনিদাস্কী থারমোপলি নিংশিংদগবা মডাইরে। অদুমক্কদসু লিওনিদাস্তি অথুবা চীংলক চন্দ্রীদা য়েক্লববু থিংবনি, পাক চাওরবা য়েক্লবা লাম্নীগা অথুবা মচিন্দা থাংগা তা-গনা য়ান্নবনি। পাওনাদি পাক্লবা লমজাওদা নোংমৈ চিন্দোনগী মমাংদা সমত্র পম্লিংবা লাক্লখিবনি।

( ৫ )

ঐথোইনা ইহান হানবদা নিংশিংগদবাদ হন্দক্কী লাল অসি ওাকথোকপগী লালনি। পৃথিবীগী নাইতোম পাঙ্গল ইংরেজবু ওাকপা নত্তনা মৈতৈনা তুম্না মাংহনবা ওম্বগী বাফমদি ঐথোইনা থল্লুকম থোক্কে। থাঙ্গৈশেংবমকসু মণিপুরনা লাল ওমবগী বাদি নিংথৌদগী থোংমী ফাওবা থাজনিংডাই নৈতে। ইংরেজবু লাল তৌদনা হনথিনবা কম্না হোৎনখিবা মথক্তা থেংনখ্রে। লাল তানবা মত্তমদসু মথারোমদা যুবরাজনা ইংরেজনা চৎচখ্রবাদ মাথোইগী অমাং অতা থোক্লবা তৌগন্নু, কাছাড় তাজখিসন্নু; মাথোইনা লাল য়াম্ননিংলবতদা য়াম্ন-গদবনি হায়বসু থেংনখ্রে। নিংথৌমক্লা "সাহেপকী লাল অসি তোকখিগবরা হাইববু" হায়খিবা নিংশিংসি। চেনবাদ য়াদরে হায়থি হায়ববু লাল ওম্ফম থোক্কে হায়বগী বাথলগী ঈচেল অমাদ ঐথোইনা উবা ফংই। মাথোইনা চান্নবা লাল লাক্লবদা মণিপুরগী ফীবম ফৎলোই থংবা ওাক্তনি। থোকহান্নংদবা, থোকপদা ফত্তবা থৌদোক থোক্কোকখ্রে মাতুদগী লাকপা অচৌবা কোকথোং পাও হেক তাবগা ছন্দোক্লসিদি হায়নখিদে। অদুদা লালগী লালওং, মাই-য়োক য়ানবা চথখিবা থবক্কী মওং উরগা পেংগদবা মীশিং য়াম্না তাংই। মরমদি হন্দক্কী লাল অসি মগুণ চাওখবা, মনম চৎখবা লালনি। ভারত

পুম্বনা ইংরেজগী য়োংহিংগী অকনবা মৈশা থাংদুনা লৈথখ্রবা কয়া অমসুং কয়থা মতমদা ক'রি উপায়না য়োংহিং অদু থদংকদগে হায়বগী ৱাখলদা পুক্নিং চ'নরিবা মতম অদুদা ভারতকী নাইজোম লেপচহৌবী মণিপুরনা অমসুং মাগী তাবদা হয়াও তুম্জুংলবা মচাশিংনা অকনবা চাংয়েংবা তুম্মিং অদুদা মৈতৈনা করি তৌরক্কদগে হায়না লাংতক্লনা অমসুং কয়থা লুংঙাইবা পাওনা মাখোইগী মনা ফাওয়গদগে হায়বগী আশানা মনা থাজংনবা মতমনি। মৈতৈগী লুংঙাইবদা মাখোইসু লুংঙাইজগে, পেঙ্গগে নিংজবদা নিংবা ফাইবা পীখি। লাল ঙম্বতগী ৱা নত্তে, মাইথিবদসু চাওখোক্লিংঙাই লৈ। অদুবু অনিমক্কী অমতনসু আশাগী মঙোল চোংহনখিদে। ইংরেজগী ৱাখলদা নিংহম্বা পীখিদে। মতাং অসিদা মতম অদুদা ভারতকী নিংথৌ পাল্লিবনি হায়রিবা লমশিংগী ৱাসু অমুক্তং নিংশিংদুনা য়েংস। মাখোই অয়াম্বা ইংরেজগী থুং-শেম ঙাক্তনি। থরা নত্তনা অয়াম্বদি ইংরেজ পাঙ্গলদগী থোরকপনি[২৮]। মাখোইশিং অসি সবসিডিয়ারী এলায়েন্সগী থোরিনা চেৎনা চেৎনা পুলহন-বদা ইংরেজগী গুলি কয়া চংখিবগে? মণিপুরদদি থুংলাই মাখোইদগী ফংহন্দুনা মাখোইগী লৈপাক্কা ব্রহ্মাগী মরক্তা অমসুং নাগা হিলস্নচিংবা চীংগী লমগা তাইনবা ওইদুনা মাখোইগী চুঙ্গোই ওইনা মরুমদা থুপ্পবা লৈপাক্কি চায়দুনা মরুপ লৈপাক ওইদুনা লৈমিন্নরকপনি। স্যার জেমস্ জোন্‌ষ্টোন্‌গী মতমদা ব্রহ্মাদা অমসুং নাগা হিলস্‌দা থোকখিবা থৌদোক হৌজিকসু লানা লৈরি। ব্রহ্মাদগী অকাইবা লাক্লরোই থল্লবা অমসুং চীংগী লমলোমদা ফীবম চাবক্লবদদা মণিপুরগী ফীবম ইংরেজনা কাও-খিবনি। মথক্তসু 'ষ্টেটস্' গী ৱা মৈনদা পনখে। অদুনা ঙম্মবসু ঙমদ্রবসু লৈপাক অমগী তৌনবা মরৈবাক ঙাকপা মরৈবাক্কী ইজ্জৎ মাংদনবা হোৎনবদা অশোইবা য়াওথবসু য়াওদ্রবসু তৌদবা য়াদবনি। চেল্লগা, ফিরগা ইংরেজনা শোইদনা ঙাকপিগনি কনগিগনি কনানসু থনবা নত্তে—ঙাকসু ঙাকপিখিদে, কনসু কনবিখিদে। অৱা থুক্তাকপগী ৱারনা মনা থম্মা লৈরবা মৈতৈনা য়েক্লবনা ঙাকপিবা কনবিবগী ৱারি কনানসু থল্লুবা নত্তে। নাকল অসোমদা অমুক থল্লুববদি থুজন মমাইগুম্বা মণিপুরনা ব্রিটিশ সরকারবু মিপাইহনখিবা, অচৌবা ইং অমা ভারত পুম্বদা পীখিবা থজিক্কগী ৱা নত্তে। ভারত মচা থুদিংদা হৈনিংবগী মীহুন শোইদনা হুনকম থোকই।

২৮। লামাই ৰ২গী ১২ শুবা যুলোয়েংঙ।

হন্দকী লান অসিগী মমক ইংরেজনা লাংখিবা[২৯] অমসুং লান চহুকলৌরিবা মীশিংনা মিপাইনখিবা অঙকপনি হায়নৈ। ওইকসু থোকই। লান হোৎলকপগী মথোং মেংলুরবদি শিবা তারবসু ঐথোই পুম্নমক শিদোক-লসি; ইরবদা মীথুং শিংজিল্লকপা মথুং ককথংলসি হায়বগী মওংদা হোৎলে। অদু মত্রবদবু করিগুম্বা লৈত্রবা থোদোক অমা থোকপগী মমক টিকেন্দ্রজিৎকী মমিং ভারত মচাগী নিংশিং-লামাইদা মতম অসি য়োনা কুইনা লৈগনি? মাইথিবা থিদবগী বা নত্তে, মাইপাকপা পাক্তবগী মরোল নত্তে—মীথা-পোনবগী য়োৎহিং মণিপুরদা চংহল্লোই. ইংরেজগী নাপল য়ৈথোক্কে লাক্লরবা শিংজেল অদুগী মমক খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী লান অমুপ মতিক চাওরিবনি, মমিং অস্তুক থাংলিবনি। মহাত্মা গান্ধি গুলি অমতম্ম কাপখিদে, মীগী চৈরাক অমসুং চৈ পুম্নমক থাংখি। অদুবু মাহাকী কলবা লান অদুগী মমক ভারত মচা কনানা মাহাকপু কাওবা ঙম্মগে! ইংরেজবু মৈতৈনা মাই-থিবা পীরবতদা পেনগে, মুংঙাইগে থনবদি মুমিৎনা নোংচুপ্তা থোরকপা হায়বগুম্বনি। মাসিদা লৈরিবা হায়বদু মণিপুরনা শোক্লখিবা লানগী লানওং শোক্লকম থোকই নিংবা শোক্লখিদবা; তৌরককম থোকপা মীদগী তৌরক্তবা অসিতনি নিংই। লানকমতদা নত্তনা লান থংনা লানগী মওং উনা লান চথনবা শিনবা ঙম্বা লুচিংবা থাৎলি নিংই। অকংবা মকমদা, অয়াবা মকমদা, লৈরবা মকমদা য়েক্লবা পিংদুনা য়েক্লবদা থুবি মকৈ অমগী লম পীথোকখিবগী মহুত্তা মথবাই কৎপনা কৈ থলহনবা ঙম্বা, কংকদবানি হায়নবা অমসুং থুদম উৎনবা লুচিংবা ঐথোইনা লানকমদা উথিবা থরা অদুগী মথংদদি উথিদ্রে। লাননা চায়রক্লবা, কনশিল্লক্লবা অমসুং ফথরক্লবা মতাং অদু-থাইদগী নিংথোগী বা, নিংথৌনা শিনবা অমসুং নিংথৌনা তৌবা কুম্বাব্দা থেংনৈ, মৈতৈ অঙম্বা, অকনবা, অতৈগী টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল ফাওবগী বা ইথেং থেংনখিদ্রে। লাননা ওইরকইবা মওং অদুদা লৈতুম হম্মবগী কায়দ্রে, থোক্লক ঙাইহুনা লৈরসি হায়নাখিবগুম উরে।

অমসু অমুক য়েংসি—মাইকৈ অহুমদগী অচৌ অচৌবা ইংরেজ তেঙ্গোল[৩০] খুৎলাই অফব মতিক চানা চানা পুহনা মণিপুর কোম্মুং তম্মা কারকপা

---

২৯। আসামদা সিফাইগী সরকার ফাওবা শেমখি। মফম অরাম্বদগী সিপাই থোমগত্তুনা মফম চানা চানা পৈখি।

৩০। মাইকৈ অহুমদগী ইংরেজ লান্মী মণিপুর কোম্মুং তমশিল্লকপা লান্মী ৯০০০ অমমক্লা শাখনি। মোংপোক্কী মৈতৈগা হাকথেংনখিবা তেঙ্গোল ব্রিগেডিয়ার

থেংনববগী মমক কুম্বাবগী লোনদা হাম্নরবদি কনা নিংথি নিংথিনা থাই। মীগা মীগা পাম্নবদা ইংরেজ লান্মীনা য়াম্না হেন্না লিংই হান্নবা য়াই নিংদে, মরমদি নোংপোক্তা ঐথোইনা থরদি উথ্রে। অসিগুম মওং অসিদা লাল ইথেং থেংনদনা নোংচুপ অমসুং অৱাংগী ইংরেজ তেঙ্গোলনা করম্না থুবাক কাওবা থুরক্তনা মণিপুর কোন্নুংদা থুংলবনো? হংকম খোকপমক্লি। মওং অসি উবতদা হায়নিংকম খোকপদি মাইকৈ অনি অসোমদা চৎপা তেঙ্গোলনা ইংরেজ থিংঙুগে, কাম্নংরুগে, য়ান্নরুগে চৎপা নত্তে। মাইকৈ অমতদা লাকপা ইংরেজ তেঙ্গোলনা মণিপুরগী লৈজবা লান্মী পুন্নগী তেঙ্গোলগা থেংনবদা মাখোইনা নোংপ্রোই হায়দুনা খুমদুনা য়েংলে হান্নরবসু য়েক্লবা থেংনগে লাকইবনি, মরৈবাক ডাককে লাকপনি—মীনা লিংখ্রবসু, খুৎলাই হেনথ্রবসু অরৈবা লৈতুমতদি হুন্নকম খোকই, লাল য়ান্নরগা মীনা কীবম ফখিদুনা ঙম্বদি ঙমজখিসনু। মী ৪০০ না পাওনা চোংথা, মী ৩০ না বাংথৈ পোইনা অমসুং মী ৫০ মুক্না য়াইফুল লাকপা লাল থেংনখি, মথন্নাই থাবা কাওবা শোক্লখি। ইংরেজনা লাল ঙমথবনি মৈতৈনা মাইথিরবনি হান্নবা তমথিরবা বাথল অসিনা মৈতৈগী থৌনা মাংহনখিবগী মওং মাল্লে। নোংপোক তেঙ্গোল কাইরকপা অমসুং চেনখৎলকপা, পাওনা তুথিবা অমসুং মাহাক্কী লান্মী অম্নাম্বা মাহাক্কী মতুং ইনাখিবা পাওশিং তাবদা আশা পুম্নমক থাদোকখিবা অমসুং লাল লোইখৎবা ওইনা থনবা ওইকম খোক্লি ই। শগোল পাও থাদুনা, পুরক্তুনা মাইকৈ থুদিংদা অমসুং থুদিংদগী পাও চখোক চৎশিনগী বা মথক্তা থেংনখে। ঙাহাক্কী মতুংদা পাও কাওনবা ঙাক্তনে। মৈতৈগী খুৎলাই ইংরেজদগী কংবনি মরমদি মাখোইদগী লৈদনা, লৌদনা খুৎলাই কংকম লৈতে। অনৌ অনৌবা অক অকবা খুৎলাইনা মাখোইগী ওইরগা লিরবা, চৎনরক্তুবা খুৎলাইনা পীখোক্লম্বা, মোন্থোক্লম্বা মশানা তারবনি। অনৌবা অকবা থন্না য়াওহল্লবসু ব্রিটিশ সরকার মুথৎনবা মৈতৈদা খুৎলাই কংহল্লম্বগী বাদি থন্নুনিংঙাই লৈতে। খুৎলাই নোপ্পনা মরম ওইহনসি হান্নরবসু উপু উনদনা কাপসু কাপ্পদনা মীগী খুলাইনা হেনগৎ হাংদুনা তেঙ্গোল হন্দোক্লবমদ থোক্তে। নোংপোক্তী

জেনেরেল টিঃ গ্রাহাম্না লুচিংলকই। পলেলদা নীং তেঙ্গোলগী মফম ওইদুনা মাহাক্না লাল শিনখি। থৌবালদা য়েনখোইবগা বাংথৈরাকপগমা তৌথিবগুম্বাল। (অদুনা পাওলামা পলেল য়োবগী রাফম মশানা লৈত্রে)। অদুনা নোংচুপ অমসুং অবাং-লোমগীসু কর্ণেল আর, ঐইচ. এফ রেনিক অমসুং মেজর জেনেরেল কোলেট্না চিংলকই। অমৌবা পোলিটিকল এজেন্ট মেজর মেক্সুয়েলনা য়াওরকপা নোংচুপকী তেঙ্গোলদনি।

তেঙ্গোলনা মুংথ্রবদা নোংপোকলোমদগী লাকপা ইংরেজ তেঙ্গোলগী লশ্মী শেংলে, অনৌবা অমা অমুক থোমজিনবগী বাকম দৈথিদ্রে। মাথোইনা নীংদগী চপ শল্লকপা নত্রগা কোম্লং পাইখিদ্রুনা লৈপাক নিংথৌ লোইশিন-থিবনা হানবা য়াবা কীবমদা লৈখে। নিংথৌ লৈখিদ্রবদি লৈপাক লৈদ্রে, লৈপাক লৈদ্রবদি লানসু লৈক্কম লৈদ্রে। নিংথৌনা লৈপাক্কী, নিংথা তম্বগী ফিরালনি। নিংথৌ অমত্তুং কোম্লং ঙাকপা হন্দোক্লকপনি থনগদবা মঙাইরে।

লানগী থৌশিল অমস্তুং লান চংপগী মচৎ উরগা পুাক্লংদা পোকপা বাথলদি য়েক্লবা খেংনবা তেঙ্গোল থানবা শিন্দুনা থাখরে অমস্তুং চংখিব্রা তেঙ্গোলনা লান শোক্লনিংলে শোক্লক্লবা, শোক্লনিংদ্রে শোক্লদবা, হঙ্গৎনিংলে হঙ্গৎলকপগী মওংনি। ময়াই ওইবা অশুম্বা থুপ্ল অমনা লানগী মশোক্লা লেপ্লগা অকক্লবা খংনবা লানথোংগী মতুংইন্না লান শোক্লনবা, লান লেপ্লবগী মতৌ অমতা উবা ফংদে। ফীবম্না, লানগী মওংনা লানফমদা মতম মতমগী তৌদবা য়াদবা ওল্লকপা থোংচৎ থিংনবা হোৎনবা নত্তুনা চংখিবা কাংবুনা মানা মানা পাম্বা মওংদা তৌনিংঙগা তৌবা তৌনিংদ্রগা তোকপা তৌদ্রুনা অপুম্নবা মথৌ অমতা য়াওদনা উৎলি। য়েক্লবগা খেংনরগা মীনা ফীবম ফরকতুনা তকথোক্লকপগী বা নত্তে, য়েক্লবগা খেংনরক্তবগী বানি। লিচিং মায়না চিংমিন্নবা ওইনা তৌথিদে। মাগী মাগী মরনাই বাথলদা হায়বদি শোক্লনিংলগা শোক্লবা, চেনখৎনিংলগা চেনখৎলকপা, চেনখৎলকপগী দমক কনাদগীসু চৈরাক ফংনিংঙাই লৈতবা মওং অসি উৎলি। পুম্নমক অসি ওইরবমক্তদা নোংপোক্কী নীংগী তেঙ্গোলনা হোদোকত্তুনা চেনখৎলকপা অসিনা লানগী ফীবম পুমথোং হোংখি হায়না থাজবা অসিদি কোকপা ঙমদ্রে। অসিগুম্বা মতাং অসিদা টিকেন্দ্রজিৎকী থাংহাই উবা ফংহৌদবা, লানগী থোল্লাও লানথোংগী অরেম্বা থোংচৎ উহৌদবা ঐথোংগী ইরাইবক থিবনি। মাইকৈ অহমগী তেঙ্গোল কোম্লংলোমদা হনগৎলক্লবা মতুংদা কোম্লগী অকোইবা থাঙ্গপাৎ পল্লদগী য়েসি-ডেন্সিদা কাপশিনখিবগুম্নবু ওইরবস্তু, লমথোং থোংফম চাবদবু ওইরবসু মৈতৈ তেঙ্গোল অযগা অমগা নক্লবা য়ারবা, অমনা অমগী নীং ঙাকপা য়ারবা মফমদা মৈতৈগী অমতা ওইবা থোঞ্জেলনা, থাংয়াম্না যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎকী মফমদা পাওনাগুম, চোংথাগুম, বাংথৈগুম, য়াইস্কল লাকপগুম মৈতৈগী অয়োবা চৈথেং শীরম্নবদি টিকেন্দ্রজিৎকী ওইরিবা মমিংদা, মৈতৈগী মকত্রবা থোনাদা, মরৈবাক হুংশিবদা মথা তানবা বা লৈরম্লোইদবনি। ঐথোইনা অমুকসু হেন্না

লেপ্লরমগদবদি মাইকৈ খুদিংগী পাওনা অমমম্না ইংরেজ তেঙ্গোল অহুম্বক অহকপা চৈনা পীরম্লগা মৈতৈ তেঙ্গোল নকশিল্লবা মারবা মকমদা অরোইবা মঙহাক মায়রবদি পৃথিবী অপুম্বনা অমস্তুং ইংরেজমক্তা অঙকপা পুম্নমক্কী অঙকপনি হায়না শিংখানবা অদুবুনি। মমিংতদা মিলাইনখিবা টিকেন্দ্রজিৎকী, মরাঙদা খোরাংনখিবা কোইরেংগী পাম্বোমগী শককম অমস্তুং পাঙ্গল হন্দক্কী অরোইবা লান অমিদা উহৌদবা ইতিহাসকী, মীওইবগী মরাইবকখিবনি। ইতিহাসকী লামাই কাকত্তুনা য়েংসি—গরীবনিবাজগী মথক্তা অবাগা তখেলগনা মতম অমতদা মাইকৈ অনিদগী লাল তারকখি। অদুবু মৈতৈনা গরীবনিবাজগী লালওংনা, খোনানা, খোইনাশন্না য়েক্লবা অনিমক মাইথিবা পীখি। মতম হোংখ্রে খুৎলাই খেম্নরে। অমনা তরা পাবা খুৎলাইনা পুরে হায়রবস্থ মারে। অদুবু লাল শোক্কদনা তোকাখবগী পাওখুম খিবাদ অক্লবা ওইরে। হন্দক্কী লাল অসিদদি য়েক্লবনা মাংদস্থ তুংদস্থ লৈখিদনবা খোংচৎ অসি মৈতৈ লালকোকচিংবশিংনা চত্তবা য়াদত্তুনা চৎখ্রবা খোংচৎনি হায়দুনা পুক্নিংগী মলোম ফাজনগদবদা মঙাইরে। অদুনা ঐখোইগী অখোবা অতৌদ লৈতুম অমা ফাওবা হুম্নমদ্রে হায়না তেংথাজবদনি।

মতম অদুগী মক্ক ওইবা খুৎলাই নোংমৈ অমস্তুং মচাক মৈতৈনা ইংরেজদগী ফংলগা শিজিন্নরম্বনি। বাকম অসি ইতত্তত্তনা পলবা অমনি। হৌজিক হৌজিক খুত্ত লৈরিবা লোইখ্রগা মমাংগী মতৌঙ্গুম য়েনশিন্নবা য়েক্লবা ইংরেজদগী মৈতৈনা ফংনিংঙাই লৈত্রে। কুইখ কুইখরক্লগা, শাজন শিজিন্নখ্রগা মৈতৈনা লেপ্পা বাবা হেনগৎলকপা শোইদ্রবনি। অরাগী মতমদাদ মাখোইনা লাকচখ্রবস্থ চীংদা, কাছাড়দা, ত্রিপুরাদা, আসামদা থৈদোকত্তুনা পাঙ্গল শেমগৎপা মারাম্ন, হন্দক্কী অসিদদি অদুস্থ লৈখিদ্রে। মৈতৈ খুজোক অমগী খুৎলাই খুজোক অমগী মচাক খুজোক অমনা লোইখ্রবদা মথা চখনবা উপায় লাম-বা বারবনি অদুনা তাঙ্গা চাবা, মফম চাবা য়েংদুনা লৈজারিবা খুৎলাইগী পাঙ্গল শিজিন্নফম থোকই। অরেখদা কাম্নবদা খুৎলাই শিজিন্নবা অশিংবগী লাল হৈবগী থৌরম নত্তে তাঙ্গনা লাক্লবদি, মফম্ন চারক্লবদ খুৎলাইনা য়ামদ্রবস্থ অরৈবাশিং মখোদাদ শিজিন্নরমফম থোকপনি। অদুবু তত্তেব, মনিপুর কম্নবা অরোইবা খুৎলাই শিজিন্নহৌদত্তুনা মৈনা চাকপনা চাকতুনা মাথাখ, ইংরেজনা থুদেকত্তুনা মাংহন্নখিবনা মাংহনম্নি। শিজিন্নবিনিংঙাই লৈত্রবা তোপ্পচিংবা চীংদা শাৎপা ইঙেনলৈ তাখি। অারত থুংনা উম্নক্লবা, অবা য়োৎখবা ইংরেজ রাজনা মরক্তা লৈবা মণিপুরবু কয়া কুইনা

পম্নিংডবকম থোকপগে। ঐখোইনা নিংবত্তা পাম্বদা ওইগদবা নত্তে—মীনা নিংজবনা অমা লাইনা শিনবনা অমা তত্তনা থোক্লিবনি। অদু ওইদুনস্তু ঐখোইগী লেমহৌবা মপুং ফারিবা অকন অশৌশিংনা নৈজবা থুৎলাই ফাওবা শিজিন্নরগদনা অমস্তুং য়েক্লবা মাইওক্লন্নবদনা কোম্নুং অমস্তুং অরোইবা লানকম থাদোকখিবা থল্লুরবদি কনানস্তু পেনবা ঙম্মাই লানদবু মী থরতগী মরনাই ওইরগা অস্তুম্ন তেনশিন্নগদবা ওইরম্নবদি লানগী হৌনবা তৌদবা য়াদবা লিশিং নৈদুনস্তু হায়দগী কাইরোই-দব লম্বীদা চত্তুনা অকনবগী অনিংবদা কম্না য়েৎনমদনা চৎন্নবদি মৈতৈগী নিংথা তম্বা থরতা ওইরবস্তু লেংদনা থম্বা য়ারমগনি নিংই। ডাহাক্কী ইরাংবা, ডাহাক্কী বাথলনা থম্বা তারোইদবা নৈরবদি মৈতৈবু নৈথা তাবগী লময়োরবা মকমদ। থনমদুনা লংনবা পোৎথক অদুবু ইতিহাসতগী মুথংলম্বনি থনবদ। হলাল্লু-নিংঙাই নৈতে।

মতাং অসিদা অমুকস্তু হায়দবা ঙমদ্রে, অমুকস্তু নিংশিংদবা ঙমদ্রে নোংপোক্কী ঐখোইগী লান। মৈতৈ নৈপাক অপুম্বগী দমক্তা, মৈতৈ জাতিগী দমক্তা মণিপুরগী দমক্তা মৈতৈ ৫০০[৩১] অদুনা য়াদবা মতাংদগী য়েক্লবা থিংথিবনি হায়না ইলাই লাইনা থনবা য়াবা নত্তে। মৈতৈগী খোমজোংনা মৈতৈগী উজোম্না খোংলোই ওইদুনা অদুক অঙনবদা নিংশি বদা মতিক চারবা নিপা ৫০০ মবেবাক কম্নবগী, জাতিগী ইকাই খুম্নবা ঙক্লবগী মথবাই কৎখিবা চাযঙানি। অকনবশং অচুদা, পাওনাদা, চোংথাদা, বাংথৈদা, য়াইস্কুল লাকপদা ঐখোইগী করিস্তু নৈজদ্রবা মমল য়াওদ্রবা লাইজগী তর্পনতা ওইরবস্তু তত্তনা কৎচকমনি। য়েক্লবনা উশিত্তবা ঙরগা থাংদুনা, য়েংদুনা নৈবা ঙমদব মথু য়াইস্কুল লাকপা কোমদা লুম্ব ইংরেজ লাম্নী থাংনা তাম্হেক্লবনি। তান-থোকপা অদুদা মথবাইস্তু কৎথ। অথৌবা নিপানা থাংদুনা নৈব ঙমদবা, য়েংদুনা নৈবা বাবা ফীবম্ন ক্ল। মাসিদা মৈতৈগী চৈথেং ইংরেজনা মহাও তংবা হৌথে। মথংদা বাংথৈ পোইলাগী লাংঙথেল চীংজিনগী লান—ইংরেজ তেঙ্গোসগী কোম্বোংমক্তদা য়ান্নবা বাংথৈনি। চেল্লকপা বাংথৈ নত্তে—শোইদুনা খুদি থিক্লরবস্তু খুদি থিক্লকম ওইরিবা পোৎশক ফুংক্তাক্কে লাক্লবদা অথৌ-য়াহিপ হিপথি। হৌবদগী লান শোক্লগে থনবা বাংথৈনি। চোং-থাঙ্গম পাওনাঙ্গম চেলহাপ হাপখিবা পোইলানি অদুবু মতিক চাদবা নিপাদি

---

৩১। খোমজোংগী, লাংঙথেল চীংজিনগী অমস্তুং থৌবালদা য়াইস্কুল লাকপগী পুন্না থারগা ৫৫০ হায়না লৌবনি।

নত্তে। থংহৌদনা য়েক্লবনা লেংচনখে, থা লৌথে মাহুদা নাচুংজুবা লৈতনা অঙম্বা মথৈ য়ান্দুনা হাংদল্লগা মমাই লৈদনা তুখিবা পোইদানি। পাওনানা মশক মুম্না থংনা থনখিবা নিপানি। অকনবনা অকনববু থংবা, অথৌবনা অথৌববু থংবা মীওইবগী হৌনশানি। মাহাক্না মথংদা মৈতৈবু অমুক তাক্লম্মে। চাম্নরক্লবদি মৈতৈ থৌশাদবা য়াদে থংহৌরে। মথংদা পাওনাগী লাইট্ ব্রিগেড্, লাম্মী চামরিগী ব্রিগেড্ — শঙকপা চৈথেংনা ইংরেজ থেঙ্গোল মরু গাওনা হুংক্লে লাক্লখি। টেনিসন্না ইংরেজ লাইট্ ব্রিগেড্পু অতিয়া য়ৌনা থাগৎখি। ঐথোইগী লাইট্ ব্রিগ্রেড্পুদি অতিয়াদগী হেন্না বাংনা থাগৎফম থোকপনি। অদুবু হৌজিক কাওবা থোকতুনতা ভোকলি। মথা করি, মথং কনা থল্লকপা ইংরেজ, ঐথোইগী লাইবক থিবনা, অহাংবা লম্বীত থেংনাথি। পাওনাগী থোম জোং-লাইট্-ব্রিগেড্না মণিপুরগী অরোইবা লাননি। ময়ুমদগী, কোন্নুংদগী, শ্রীগোবিন্দগী মাংদগী ইংরেজ য়াম্নক্লগে লাকপা পাওনানি, অসুম্ন থল্লকপা চোংথানি। মেজর অনিগী থেন্নখিবা হায়ববু অমনা শিত্রিবা কাওবা শোক্লতুনা অঙম্বা মথৈ হাংলম্মি, অমনা শোক্লবগী উপায় লৈরিবা মথৈ শোক্লতুনা য়াত্রবা মতাং য়োরক্লবদা লানদগী হন্দোক্লকই।

লানগী বানা লোইশিলক্লবা মতাং অসিদা শিজিন্নদনা অমসুং শিজিন্নফম থংদনা মাংখিবা থুৎলাই তোপকী মরমদা ঙাংনখিবা, থানখিবা থোল অমসুং থম্নখিবা রাথল পুথোকতুনা কদাইয়ৌবা রাকয়ে অমুত্তংগা য়েংথিসি। নোংপোক্কী নীংগী তেঙ্গোল য়েংথোইবনা পুবানি। অদুতা নত্তনা থোংফম অসিগী তেঙ্গোল য়েনথোইবগী মথাদনি। নত্রশদি পাওনানা মী অসুক পুগে, অসিগুম্বা মীতা পুগে অমসুং তোপ পীয়ু হায়ফম থোক্তে। মমিংদা রাংথৈরাকপা নিংথৌগী মচা ওইতুনা পুম্নমক্কী মকোক্লি থল্লবসু য়েনথোইবনা মরু ওইবা নিপানি হায়বদা অরানবা লৈরোই। পাওনানা লান চংলগে তোপ পীবে হায়বদা চিনথংবনা তোপ পুবা হৌনদে হায়তুনা পীখিদে। ইশম শম্না হায়রবদা নংনা পীয়ু হায়ব তোপ পীরোই হায়বনি। হায়বতা নত্তনা মাসিনা অমগসু কাংদোক্লিবদি পাওনানা লান হৈততুনা তোপ শিজিন্নফম থংদতুনা লান চৎলবনিনা পুগে হায়বগুম থোকহল্লে। অদুদি মাংদা তোপ য়াওবা হৌনবরা য়েংসি — য়াইস্কুল লাকপা তুবা থোংফমদা তোমজিংদা তোপ চিংথত্তুনা কাপ্পে। লান অসিদা নীংগী থেঙ্গোল লৈতে। লাম্মাংমক য়ৌনা তোপ পুতুনা শিজিন্নখি। তোপ্পা অমসুং থুদোংনা য়ারকত্তুনা য়াইস্কুল লাকপগী থাং চংখিবনি। হন্দক্কী মতাং অসিদা য়েক্লবনা থৌবাল য়োরবনা হাল্লবদি লানমাং মত্তদা তোপ পুশিন্দবা য়াদ্রে। পুশিন্দুনা থেংনবা